


# NAOHONG

(A collection of fifteen short stories in Manipuri)
By Sanatombi
Published by : Siroi Publications
Thoubal- 795 138, Manipur
Price : Rs. 95/-

অহানবা ফোঙবা ঃ এপ্রিল ৩০, ২০০৬
কপী মশীং ঃ ১০০০
অফোঙবা ঃ সিরোই পব্লিকেসন্স
থৌবাল, মণিপুর।
ফোন নং ঃ (০৩৮৪৮) ২২২৭৪৭

মখুম য়েকপা ঃ সুধীর নাওবোইবম
মমল ঃ লুপা ৯৫/-



নম্ফম ঃ সিরোই ওফসেট প্রিন্টর্স, থৌবাল, মণিপুর।

# অফোঙবগী ৱারোল

অহানবমক্তদা মণিপুরী সাহিত্যগী পাক্লবা তাইবংসিদা, থোইদোক্না সাহিত্যকার পূন্নমক্কী মফমদা সিরোই পব্লিকেসন্স, থৌবালনা ইকোক নোঙ্গরি। অইবা-অইবী মশীং থীঙমদনা লৈরিবা অমদি অনৌবা কযাসু লেপ্পা লৈতনা চোংথোরক্লিবা মণিপুরদা অইবা-অইবীশিংগী পোথোকশিংবু পুথোকপীনবা পব্লিশর ইরৈমক লৈতবদি নত্তে অদুবু খূৎ থেক্নুনা পাবা য়ারি। অমরোমদা, লৈবিবা পব্লিশব খরা অদুসু অয়াম্বনা ইম্ফাল ময়োলদনি অমদি ইম্ফালদগী খজীক্তং হাইদোকখিবা মতমদা লাইরিক ফোঙবীনবা, মরূওইনা সাহিত্যগী পোথোকশিং লন্নাই ওইনা ফোঙদোকপীনবা পব্লিশব হৌজিক ফাওবদা ইথোক থোক্লরক্তবগী অৱাংপা অমা ঐগী পূক্নিংদা কন্না ফাওরকই। হৌখিবা চহী খরা অসিদা অইবা অমদি সাহিত্যগী লূপ খরগা শম্নবগী খুদোংচাবা ফংজরুবা অসিনা ঐঙোন্দা অচৌবা ঈথিল অমা পীবক্নুনা সাহিত্যগী তাইবংসিদা কলমমক পায়দুনা চঙশিল্লুদ্রবসু সাহিত্য তৌজরিবশিংবু অমদি মখোয়গী খূৎই/পোথোকশিংবু ফোঙদোক্নুনা ঐনা ঙস্না থাক অমদা সাহিত্যগী সেবা তৌজগে খঞ্জখি। মদুনা লমজীং ওইদুনা 'সিরোই পব্লিকেসন্স' হায়বা অসিগী মিংদা মমাঙদা লাইরিক ১১ পুথোকখ্রবা মতুংদা "নাউহোং" হায়বা ৱারীমচা ১৫ গী খোমজিনবা লাইরিক অসি ফোঙনবগী থৌদাং অদু লৌজরুবনি।

কুনশুবা চহীচাগী ময়ায় চল্লকপদা মপূং-মরৈ ফাবা হৌগৎলকখিবা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী খোঙচৎতা থৌবাল মায়কৈগী লময়ানবা অইবা লৈতাঙ্গেম রাম সিংহগী **"জাৎ ওনবা"** হায়বা উপন্যাস অদুনা মণিপুরী সাহিত্যদা অচৌবা ঈথক-ঈপোম অমা হৌহনখিবরা হায়না খল্লি। মসিগী মতুংদা কুনশুবা চহীচাসিগী লোইশিল্লকপা মতম অমদি কুনমাথোইশুবা চহীচা অসিদা থৌবাল লমদমগী অইবা/অইবী অমদি মখোয়গী পোথোকশিংনা মণিপুরী সাহিত্যগী ঈপাক্তা ঈথক-ঈপোম হৌহনবা লেপত্রি, হৌহন্দুনা লাক্লি হায়না খঞ্জে। চহী তাঙ্কক অসিদা অইবা/অইবীশিং চোম্লপ থোরকখ্রবসু অমদি মখোয়গী পোথোকশিং সাহিত্যগী তাইবংদা ঈচেল নাইনা চেনশিল্লকখ্রবসু অইবা/অইবীশিংগী পোথোক কয়া লাইরিক ওইনা ফোঙদোক্লবা হোৎনবদা অৱাবা থেংনবগী ৱারী কয়া ঐগী নাকোংদা য়ৌরকখি। অদুনা ঐগী ৱাখলদা 'অইবশিংদি ইজসনু, সাহিত্য পামজবা ঐখোয়সু মখোয়গী পোথোকশিং ফোঙদোক্লবগী পোৎলূম খরমখৈদি পুবা য়াইনা' হায়বগী ৱাখলদা অইবা/অইবীশিংগী থোঙজিলদা চঙদুনা মখোযগী খূৎই ওইনা লৈরিবশিংদু ফোঙদোকচগে হায়জরুবনি। ঐনা হায়জরুবদা লাইরিকসিগী অইবী অসিনা মহাক্কী হান্না ইদুনা লৈরবা ৱারীমচা খরা অমদি অথুবা মতমগী মনুংদা ৱারীমচা খরগা

ইরল্লুগা লাইবিক ওইনা শাগত্তুনা ফোঙবদা অয়াবা পীবীরকপগীদমক অইবী অসিগী মফমদা তৌবীমল খঙবা উৎচরি।

লাইবিক অসিগী মখূম য়েকপীনবা হায়জরুবদা তামো সুধির নাউরোইবম্না তেল্লবা মতমগী মনুংদা মশাগী অচীনবা কয়া কাইথোকপীদুনা মখূম য়েকপীরকপগীদমকসু ঐহাক্না থম্মোয় শেংনা তৌবীমল খঙবা উৎচরি। ঐগী নুংশিজরবা ইনাওশিং এ এস মৈতৈ অমসুং ইমোজীৎ নিংথোম্বম অনীনা বানানগী অশোয় অঙাম য়েংশিনখিবগীদমক্তসু তৌবীমল খঙবা উৎচরি।

অরোইবদা লাইরিক অসিবু নম্বগী থৌদাং লৌবীরিবা ইনাওশিংবু থাগৎচরি।

তাং ৩০/০৪/২০০৬ — শরৎচন্দ্র নিংথোম্বম

কালেন তৃতিয়া, নোংমাইজিং

# অইবীগী ৱারোল

পুন্সিগী থৌদাংনদি য়াম্বনা ঐগী অহানবা ৱারীমচাগী লাইরিক "কেক্টস মানবী" ফোঙগ্রবা তুংদা মতম কুইনা ঐ কলম পায়রুদ্রে। নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা সিরোই পব্লিকেসন্সগী প্রোপাইটর ডা শরৎচন্দ্র নিংঙোম্বম লাক্লুনা ঐগী অনীশুবা লাইরিক অমা ফোঙদোক্লবগী ৱাফম হৌদোক্লে। নুমিৎ অদুগী অহীংদগী তেল্লবা পুংজা খরদং কাইথোকচরগা মতৎ-মতৎ শাগৎচখিবা ঐগী মতীক চাদ্রবা লাইরিক্কি "নাউহোং"।

ঐগী খ্বাইদগী লাইবক ফবা অমনা, ঐগী ইপূরোইবগী মরূপ 'পেনা ফিল্ম'গী ডিরেক্টর শ্রী বিদ্য শর্ম্মগী মনাক নকপা ফংজখিবদুনি। শ্রী শর্ম্মনা ঐঙোন্দা থৌনা কয়া হাপ্লীদুনা অহীংগী তূম্মিংবা ফাওহনখিদে। মদুতসু নত্তনা নুমিৎ কয়ানি ফম্মিন্নদুনা ঐনা খঙদবা উদবা কয়া তাথোক-তাশিন তৌমিন্নবগী খুদোংচাবসু পীবীখি। মসিগীদমক শ্রী শর্ম্মগী মফমদা পুন্সিগী শিংবা ঙম্লরোইদবা লমন অমা তোনশিঞ্জরে।

লাইরিক্কী মিংথোল ওইরিবা ৱারীমচা অসিগীদমক ঐগী ইপূরোইবা ক্ষেত্রিময়ুম নোবেল সিংহনা ৱারী অসিগী লংলা-লংজিন পীবিদুনা চাউরবা মতেং পাংবিখি। লাইরিক অসিদা য়াওরিবা মরিংগী লোল অমদি ঈশৈগীদমক নারুম ভিলেজগী ওঝা কপিসুইনা মতেং পীবিরকপগীদমক্তসু থাগৎচরি।

লাইরিক অসিবু মীয়ামদা য়ৌহন্নবা মাঙবা-তোংবা থিদনা সাহিত্যগী লাইরিকশিং ফোঙদোক্কনি হায়বা পান্দম অমগা লোয়ননা থৌনা ফনা চোংথোরক্লিবা সিরোই পব্লিকেসন্সকী ডা শরৎচন্দ্র নিংঙোম্বমগী মপাল নাইদ্রবা থৌনাবু পূক্লিংদা চাউথোকচবগা লোয়ননা পুন্সিসিনা হিংলিবমখৈ কাউবা ঙম্লরোইদবা লমন অমা তোনশিঞ্জরে। ডা শরৎচন্দ্র নিংঙোম্বম্মা থম্মোয় শেংনা তৌবীরিবা সাহিত্যগী সেবা অসি মতম পূম্বদা মখা তানা তৌবা ঙম্নবগী থৌনাদু ঈশ্বরনা পীনবীবা ওইসনু হায়না থম্মোয় শেংনা নিজরি।

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ৱারীমচা অহুম — স্বর্গদা ঐ, অনৌবা পলেম অমসুং মমা, লাইরিকসিদা য়াওরিবা মওং অসিদগী খরা শেমদোক্লগা লৈকোলগী নাচোম, মণিপুরী পাউচে মতমগী য়াকাইরোল অমসুং মণিপুর সাহিত্য সমিতিগী সাহিত্যগী চেফোঙ য়েন্নীং দা ফোঙদোকচগ্রে। অমুক নৌহৌননা ফোঙদোক্লবগী অয়াবা পীবিবগীদমক মরী লৈনবশিংবু থাগৎচরি।

য়াম্লা তেল্লবা মতম খরগী মনুংদা ইজখিবা ৱারীমচাশিংনা অয়াম্বা ওইবনা অশোয়বা-অরানবা কয়া শোয়দনা য়াওরমগনি। পাক-চাউরবা সাহিত্যগী তাইবং অসিদা

তিঞ্জনিংবদগী চঙজরকপীনি খনবীদুনা পাবীরিবা খ্বায়না ঐবু ঙাকপীয়ু অমসুং পীবিরকপা পাউতাক পূম্বা তরাম্না ওকচগনি।

ঐগুম্বী অমনা লাইরিক অসি পুথোকচনবগী থৌনা লৈজবা নত্তে। পূম্নমক্না থম্মোয় শেংনা মতেং পীবিদুনা লাইরিক অসি মীয়ামগী খুৎতা য়ৌবা ঙম্লিবনি। লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা ৱাখলগী অমদি পুক্লিংগী থৌনা পীবীরকখিবা পূম্নমকপু ঐহাক্না তৌবীমল খঙবা উৎচরি অমদি পূম্নমক ঈশ্বরনা পুক্সি নুংশাংবা পীনবীবা ওইসনু।

*<u>তাং ৩০/০৪/২০০৬</u>*
*কালেন তৃতিয়া*

— *সনাতোম্বী*

দদা,

নাত্রা ওইরিবৈঙে নঙগী নঙ্গলদা
ইমানা শাবীবা নাউহোঙ মনুংদগী
উজরকখি সংসার অসিবু
মদুগী লমন শিংবা ঙমজহৌদ্রে।
ঙসি,
মঙাও থীবী নচলনা
খঙদ-হৈত শাগৎচখিবা—
নুংশিরবা খূৎশাদুমক্লা চেনাশিং ফাক্কুনা
মোমোন নোক্লা পাবা ফংজখিদ্রবা
লংলা শুদ্রবা নচলগী
"নাউহোং"
কচ্চরি খূয়া থম্বালদা
মীৎকী পিগা লোয়ননা
লৌশিনবীয়ুকো লৎনদনা
নোক্লগা অদুবৈঙেগী চীংলেম্বা মীনোক।

— সনাতোম্বী

# য়াওফম

## মথঙ য়াওশঙ থাবলদা

লিজরবসু পাখঙ মিংথোল কোক্ত্রিবনা থাবল পৃংখোল তাবদদি পূক্লিংসে চরাঙ-খোয়রাঙনৈ। ঐবু চৎসিরা, চৎকুমসিরা খঞ্জান্নরিঙৈ অরীবা সঙ্গু'মা হেক্তা থুংলে। তপ্পা-ঈংনা ঙাঙবা হৈজদবা শরৎনা শুমাঙ হেক লানশিল্লকপদগী লাউরকই, "থোরকও ইতাও ইবুংঙো! মমাঙগী ফাইরেল-লমতাদা চীখ-নাম্থহৌবা অরীবীগা য়াও-লাকপ্রা য়েংলুসি।"

থোঙনাওদগী বসন্তনা, "পম্থরনু ইতাও! চৈরাওবা মশীং য়ামশিল্লক্লনি। চিরাই শন্নাংনা বিদায় পীখ্রনিকো।"

করম্বা লৈশাবী পায়সিগে খল্লগা ঙাইহাক থাবল চোংবদু য়েংলিঙৈ, অমগী জেকেট, অমগীনা জর্সী, অমন'মুক কোট খৃদাংদা য়ানশিনবীরমদুনা হেক্তা হোৎচিন্নখি। লেপ্লগা ফূরিৎ ময়ামদু শেন্নবা ঙমদ্রে। নীংথিনা ফমথরগা জ্ঞান তানা হেক ময়েংলগে।

পাখঙ অরীবা ঐখোয়সি, নৌদ-নৌরিবী লৈশাবী য়াম্না পামগল্লি হায়নৈ। অদুবু ইশামক্কী ওইনদি, ঐগা চহী লেঙ্গামক নৎত্রবসু খীত্তং লিশিনবদি পাস্মী। মদুগী মরমসু লৈ। মমাঙ চহীগী থাবল চোংবদা মশক ফজে হায়দুনা পায়রুবদা য়াম্না হৈনদবা মওঙদা কপ্লিং-কপ্লিং তৌনা লৈশাবী মচাদুনা হায়রকখি, "কাকা নঙ লৈহৌরোবা।"

হন্দক্তি মদুমক্তি থোকহন্নিংদে।

লৈরে, য়াওরে; ঐগী পামজবীদুমক। শাওং-শাদা, কুচু-কুমেন করি'মত্তা ব্রাত্তে।

শরৎলা, বসন্তরা অমা হেক থোরকপদা ফূরিৎ ময়ামসি লংশিল্লম্লগা হেক্তমক পায়রুরগে। করিনো ঙসাই থাবল চোংবা হেক হৌ'দৈ চোংলকপবু মখোয়'মত্তসু থোরক্তেসে। মশাশিংদুবু মরীল চৎত্রি'জাৎলা? থোক্তা থোকমল্লক্তবদুদদি শাউনিংলক্তুনা শরৎ কৌথোক্লগা ফূরিৎ ময়ামদু লংশিল্লম্লগা ঐ পন্থুদে চঙশিল্লে, য়াম্না লেম্না।

"মিং করি?"

মমীৎনা নোক্লকই। ওহ্! ঐ পঙদি পঙথদ্রিকো?

"মিং করি কৌবিবগে?"

"অঙ্গৈংবী।"

কনামক্লা থোনবীরম্লিবা মিংনো? ওন্থোক্লা চূনখ্রে। ঈংই তশেঙনা ঈংই, মায়থোঙদো, মীনোক্তো। শোয়রোই ঐ মহাকথক্তা শিবা।

"করি ক্লাস তম্লিগে?"

"বি এ ফাইনেল।"

"কদায়দা?"

"জোনষ্টোন হায়র সেকেণ্ডরী স্কুলদা।"

হৌরক্লে দনা। ইতপ-তপচবী মতৌদুগা ফাগীনে'গা খুমদোরক্লি বদু ওন্থোক্লা পকচখ্রে।

"ইমা, বাবাদি করি সর্ভিস তৌই?"

"ইমানা আই আর বি; বাবানা নর্স।"

ঐঙোন্দা পূরা হেক্তা শান্নশিল্লকএদনা 'সিদি। ফৈ! শান্নসনু; য়ারিবা ঐনা য়াই।

"থেঙলে ইতাও! চৎলসি থোরকও।"

বসন্তগী খোঞ্জাউদুদা হন্না অমুক্তং য়েংথোকলুই। অরীবা খরদি শরূ-শয়াং হীকথরমাল্লে, লম্পাক্তা ফজনা লেকথরল্লে।

"ফাগীসু ফাগীনি। মিংদুতংদি অশেঙবা হায়বীরম্মু। চৎলগে মরূপশিংনা ঙাইরে।"

"ঐগীরো? অশেঙবমক্কী অঙ্গৈংবীনে'মি।"

থাদোক্লিংদ্রবা খূজেংদুদা অমুক্তং পেন্না শীক্লম্লগা থোরক্লে।

"অয়ো," হায়না শুগৎপদো অমুক্তং য়েংনীংবনি। অদুবু তুংদা খূজেং পালোইনরিবা ইতাওদুনা খঞ্জিনখ্রে।

ফনা থেঙলবা ফাওবা ঐ তূম্বা য়াখিদে। অঙ্গৈংবী নহাক নহানমখে কদায়দা

লোৎলুবগে। পুন্সি বসন্ত লোইরমদাইসিদা নংহৌররোই মতাগুম করিগীনো অনৌবা য়েন্নীংথা অমগী আশা হাপ্পরিবা।

নোং হেক ঙানবগা শরৎলা বসন্তরা অমা হৌরগা অঈংবীগী খোঙ্গুল লীরুগে লেপ্লে। লুরিবদি মনীং লৈকায়দৈরা, অৱাং লৈকায়দৈরা? মদুমদি তাংদাংবা খঙলক্লে। ফরে খঙদসনু। ঐনা থিগদৌরি'সি খূত্তা মৈরা পায়দুনা নত্তে, ট্যুব লাইট থানগত্তুনা থিগনি।

ঙরাংগী থাবল চোংফমদুগা ইরাপ লাপ্পদনা ফম্বী পান দুকানগী ইতৈমা অমদগী শুমহৎপীদুগী মরী-মখোঙ হংলে। মানা তাক্লকপা থোঙ্গালদুমক চুমদ্রিং চঙশিল্লি, শরৎ ঐখোয়'নী।

"য়ূমসিবু কনা'মত্তা লৈত্রো?"

"কনানো থোরক্লগে।"

"ইস! খোঞ্জেলসিদি পৌখ্রেদা।" ঙরাংগী খোইথুম্নবী খোঞ্জেলদুগদি পুরা ওন্ন-তৈনবনি। ঙরাংসু মানা ঐবু শুমহৎপা য়াবমখৈ শুমহৎহন্দুনা শান্নবীখি। ঙসিনা অমুক খোঞ্জেলগী মশান্না হৌরক্কদৌবি'জাৎলা? মিহুনসে খপচোং চোংলকই। উননীংবনসু মীকূপ্তো ঙাইঙমদে।

"অঙাংশা! নোয়বু করি হায়নীং'গে?"

শুগৎলগা কয়াদা ফীভম কায়না হংলক্লিবা। লোইরে, লোইরে; ঐ পুরা লোইরে। মসিদি অঈংবী মতা'মনি। ওয়থঙবা মখূত্তা চপ্লিবা বেড়িদু মুখ্রবা মচীন্দু তুমথোক্কুনা চিংলি। ইমুংদগী মখোঙদু কাংলি-কাংলি থোরক্লিবদু খূনিংদু কায়মন্দুনা ওইরম্বা য়াই। কুচুদো পুরা কয়লানি। মখয়াৎ অদু নাকোং ময়াদগী পাল্লকপগুমই। মশমদু লৈশিন-লৈশিন খোই উরু-উরু। শেৎলিবা ফনেক্কু অতোপ্পা মচু অমনা কেম্পীস থারে। মপাগীরা কনাগীনো খূউ য়ৌনা চোনবা ফুল শর্ট'মা লীৎলি।

শরৎ মমায় লৈথোক্লগা মখূৎ অনীনা মচীন মেন্দুনা নোক্লিংবা খাঙলি।

"সোমগী মিংবু করি?" ঐনা লৎকক তৌনা হংখিবনি।

"অঈংবী কৌই। করি হায়নিং'গে?"

"মী'মা সুম থিজরকপা।"

তাঞ্জাসিদা শরৎকী ফাজিন্দুনা থল্লিবা নোক্লীংবদু শাফ্ কন্না পাইথোরকই। নুপীদু শাউরংননা, "মহা চন্দালশিংসিদি," হায়রম্লগা ইমুংদা চঙখ্রে।

"ইতাও ইবুংঙো! লোইরেহে নঙগী অঈংবীসিদি। চহেরাগাদি পুরা ভয়ানকনি।"

মানা ঐবু মখা তানা শান্ননবগীদমক য়োং হনুবী মানবীদুগী মিং শীজিন্নখিব্রা নৎত্রগা মিংমান্নবী ওইরমদ্রা?

নিংথমথা লোইদ্রিঙৈদা ইশা পূন্বা হুমাং অনপ্পী কারকই। শরৎকী মমাঙদসু ঐ ইকায়বনা চঙশি শিরবনি। ঐনা মঙোন্দা শৈথাখিবা মগুণ ময়ামদুগা, ওহ! ওইরম্লিবা শকফম, মওং মতৌ; ঐ শিরে, পুরা শিরে।

য়ূম য়ৌরফাও শরৎকী নোকপগী চাং করিমত্তা হস্থদ্রি। লৈহৌরিবা ফীভম, বেড়ি খৃৎচিং, শুগৎলগা ঙাঙলকপা মওং মতৌ পূম্নমক মথন্তা তম্ল-তম্লদুনা শিথ-শিথ নোক্লি। মরক মরক্তা ঐসু নোক্লুই অদুবু মীনোক্কুদি খেন্নে।

হৌদোংনা ঊচি লুম্বা, ঙারাকপীনা ঙা লুম্বা, মখোয় অমত্তনা ঐগী রেকোর্ড থুগাযবা ঙম্বা নত্তে। লৈকায়দুগী খুন্থক-খুনখা, খা-ৱাং পূম্নমক নোংমদা কোয়থুং থুংই। অয়ূক-নুংথিল, নুমিদাং মাতবু লুম্বদা পুন্সিগী থৌদাংফাও' কাউথোক্লবনি। অদুবু থেংনবগী পূংজাদুদি থুংলখিদ্রে। অদুবু, ঐ আশা বীন্দু'মফাও হস্থবীবা জাৎ নত্তে। থিখিনি ঐ অঈংবীবু, ঐগী মৈ ঈক্লবা থম্মোয়বু ঈংহন্দ্রিফাও।

হন্দক মরকসি লৈকায়দুদা মোংবা তোয়মন্দুনা, পান দুকান ফম্বী, হোটেল ফম্বী মৌনহা ফনা য়াম্না খঙনরে। নোংমদি তৌফম খঙমন্দ্রদুনা ইহান হান্না অঈংবীগী য়ূম তাক্লকখিবী ইতৈমদুদগী ৱাসি ফনা ফজনা চারে। মহাওগাদি খঙনা চাবা নত্তে; উংলগা শায়বনি। ইতৌদুদা চিংনরপ ইতৈমনা,

"নত্তে, নঙবু ঙসি কৈদৌরগে?"

"ইতৈমা ঐ মী'মা থিবনি অদো ফংদ্রে।"

ৱারী পূন্বা মকোক্তগী লোইবা ফাওবা হেক্তা খপথবনি। ৱাঙাঙ-শাঙাঙ, মাংয়েং-নায়েং, শাওং-শাদা, মশমগী অশাংবা, অমত্তা চীথদ্রে।

ইতৈমনা পূক্লি নাবমখৈ নোক্লুরগা হায়রকই, "নঙগীসি শোয়দনা প্রেমাবতি ওইবম'নি। মোল্লি-মোল্লি য়াম' কদর কূংবনি। নঙদি মানা ঙস্তানা শান্নবিরেদনা। অঈংবী হায়'দুদি আ... ৱার মমাঙগী লৈশাবীনি।"

"অদো ইতৈমা, মাগা অমুক্তা উনহনবীয়ু।"

"হেরা! ঙাইহাক লৈরগা অঙাং চরোং'মগা থোরক্লনি।"

ঐ কোকচাউবী কাখি।

"কৈনো ইতৈমা, মচা লৈরব্রো?"

"হেরা! নঙসিসু ওম্থোক-ওম্থোকপা।"

ইতৈমা লাপতক্লা মীৎফম থমখি।

"লাকপু লাকএ তু।"

মনঙ্গলদা অঙাং'মা পোই। অমনা পম্মী। মতুংদা পূংকক চাউবা অহুম ইন্নরি। অঙাংশিং'দুগা ব্বারী শা-শাদুনা লাকপনা নকশিল্লক্লে। ঐবু উবদা নোক্লকই। ইশকফাও'দি কাউদ্রিমাল্লে। ঐনা ইকায়রপ, "করি লৈদোইনো?"

"কৈসু লৈরোই।"

ইতৈমদা ওনশিনখি, "অঙাংগী চানবগা, ইমাগী বেড়িগা লৌগে।"

ইতৈমনা মরৌ লৈবা মীৎচিগী তেন অমা ফৎ কাপখি।

"হৈমা! কৈনো প্রেমা অদুখক্তা লৈদোইরো? থম্মোয় য়োল্লি'সি কুইরে, খিৎ লৈবীখ্রো কৈনো।"

"য়াম' লৈদি লৈনিংবা অদুদা থম্ফম লৈতবদো। কনাদনো য়োম্থোকখ্রো ইনম্মা।"

ঐগী থম্মোয়দা চেল্লম্বা ঈগী ঈচেল ঙাইহাক হোংখিমাল্লে, মায়থোঙদা অশাবা ফাওরকই। মদু ইতৈমনা উখি।

"তৌনুদা ইবেম্মা, লমদমসি নুপা তাঙলবনিকো। হৌজিক থম্ফম চন্দবদো, হয়েং পূমহাঙ হাঙজহৌনি।"

"অদুদি য়াম ফবৈ ব্বানি।"

অঙাং ময়ামদু হোইরগা চৎখ্রে। তুংয়াম্দু য়েংহৌবা নত্তনা উপায় লৈখিদে।

নুমিৎ খূদিংগী চৎলি, ইতৈমগী দুকান্দা। ব্বাহৈ'মফাও হায়রুদ্রবসু মায়থোঙদুতং উজবদা ঐগীদি নুমিত্তুমা মহৈ য়াল্লবনি। মরক মরক্তা থম্মোয়নুংগী ওইবা ব্বাহৈ মচা'মত্তং থেৎচিঞ্জহৌবা মদুদা মানা পীক্তক তৌবা চীনবান্দুনা মোমোন্নরগা খুল্লকপা পাউখুম, ব্বাহ! ঐ ঙাওবনি তশেঙনা ঙাওবনি।

ইতৈমনা তোয়না হায়বা ব্বাফম অমত্তং মঙোন্দা হংগে খল্লকপসি কুইববনি। মদুনা করিগুম্বা অচুম্বা ওইরবা করিনো ঐগী পুঙ্গিনা ওইহৌগদবা। ঐনা ঐগী নুংশিববু পুঙ্গি চূপ্লা থম্মোয়নুংদা থম্বদু পামদে। ইনাক্তসু থম্লিংই লেঙদনা।

নুমিত্তু চাকঙন চারগা মাবু ঙাইরে। লীপৎ-লীপৎ, হঙ্গৎ-হন্দা চৎপদা অউবশিংনা ঐবু করিনো খন্নখি। মাগী মায়কৈদা য়েংবদা মীৎলি'সি তৎখিদৌরবনি। কয়াম ব্বাখি,

কয়াম ইকায়খি। অদুবু অঙানবা কোরৌনা সংসারবু বিদায় পীখ্রগা মমশিল্লক্লবা মতমদা ঐগী থম্মোয়বু ঙালহনবী মহাক্তুনা ঙাল্লরবদা পূম্নমক কাউখি, পূমকাউ কাউখি।

"ইনম্মা! হৱাইরা, আলুরা'মা পীরকউ। থুবিরো ইমা চাক লাম্মে হায়হৌরে।"

তাঞ্জাদু মাঙহনখিদে ঐ,

"কৈনো য়াম' থুরব্রো? ৱা'মত্তা হংহৌখিগেদনা।"

মীৎচিনা হাইফেৎ য়েংলগা মোমোন নোক্লকই।

"কৈনো হায়রো।"

"ইতৈমদা য়ূম পাল্লরোইদা হায় হায়বিসি চুম্লা?"

"উম! চুম্মী।"

"করিগীনো?"

"অদুবুবো, তল্লবদো।"

"লৈশাবী মরূ লৌনি হায়'দো মানি ইবুংঙো."

ইতৈমনা ফল্লাদা হৱাই ওন্ন-ওন্না হায়রকপনি। ঐখোয় অহুম্মক নোকখি।

"হয়েং লাক্কেরা? নুমিৎ খূদিংগী নঙনা ঐবু ঙাইদনা, হয়েংদি ঐনা ঙাইরম্লগনি। শোয়বা য়াদেকো।"

ঘড়ীগী খোঙচৎসি নুমিত্তুদি ওম্থোক্লা তপখ্রে। পূক্রিংদদি খনবনি— মপূম থীৎপমখৈ ঐবু ঙাইহনগে মদুতদা ঐনা মাবু ঙাইজবগী অৱাবশিংদু খঙগনি। অদুবু থেঙথবা ঙমখিদে, থম্মোয়সি মনাক য়ৌখি।

মহাক লৈরম্মী, ঐবু ঙাইরদুনা। মতৌদু কয়ামদি নুংশিখি।

"ঙসিদি ওম্থোক্লা কেরেদা, নহাল'খৈগা মান্নদে।"

"য়াম' নুঙাইরবদো।"

খজীক্তংগা মনাক নকশিল্লুই।

"করিগীনো লৈশাবী মরূ লৌদৌরিবো? নঙনা অদুম্লগা তৌরবা ঐসু মহৈ য়ালহল্লে খঙঙু।"

"লৈশাবী মরূ, পাখঙ মহৈ; অস! য়াম মওং তাদৌ মাল্লি।"

মীকূপমুক ঐখোয়নী নোকমিন্নখি। অদুবু ঐগী মীনোক লোইদ্রিঙৈ নোক্লগতা পকচবী মায়থোঙ থম্বালদো লাংশিনখি।

"ঐ ঙসিদি ৱারী'মা লীগে। ঙসিদগী চহী অনীগী মমাঙদা ঐখোয় তামো লৈখিদ্রে।

ইচম চমজবা, শূব-নোম্বগী ৱাখল নত্তনা ৱাখল লম্ফে অমত্তা খঞ্জদবা তামো, থবক শৃরুবগা ৱানা হল্লকপদা সিক্যুরিটিগী কাঙবু অমনা তমথীনা ওৎ-নৈরগা হাত্তোকপিখি। লালহৌবগী মিংথোল পীশিনবীখি। তামোগী ৱাখলদা ইমা হিংনা-হিংনা মৈনূংদা মচাগী মৈচাক খাঙলি।

"ঐখোয়গী চাকখাউগী লম্বী তৎখ্রে। হিংবগী লানফমদা, লাইবক্তা অমুবা চন্দন থিন্দুনা ইনম্মা থোকখ্রে; অফং-অফংবা থবক শৃদুনা। অয়ূক চাকঙন চারগা চৎখি; নুমিদাংৱাই হল্লকই। অঙাং অহুমগী পীজ-পীথকপা, স্কুলদা থিনবা, লৌবা চৎপা পূম্নমক ঐগী ইথৌনি। মখোয় অহুম্মা ঐগী আশাগী পীক্লবা মৈরানি। ঐ খনখি নোংফাদোক— য়ূম পানবগী ৱাখল। মথঙদা উরকই, কাং-খোং চাইরবা ইমুং অমা, তামোগী চেক শাবগী চেকখায়রবা খূৎ-শাশিং।"

লূরবা মীৎস্না থম্বালদু পিরাংনা কূপশিনখ্রে। ঐনা উরকই— হান্নদগী হেন্না ফজরবা মাগী অশেঙবা অনৌবা শক্তম অমা। থোৎ-নৌরবী মাগী খূৎশাশিংদু য়েংলুরি, পাম্মুজনা। উরকই— পোৎলূমশিংদু মথঙ-মথঙ।

মাগী খূৎশাশিং ঐগী খূবামনুংদা লৈখি। মীকূপমুক্তনি। পিরাং মরক্তা ইকায়জবগী ঙাঙলবা মায়থোঙ লূকথরগা নোকফেৎ তৌনা শুমহৎনা হায়রকই,

"হৈ! ঙসিদি থাবল চোংবসু নত্তনা।"

ঐনা মাগী মায়থোঙবু য়েংই, নুংশিনা পাম্মুজনা অদুগা খুম্মী,

"ঐগী থম্মোয়দি নুমিৎ খূদিংগী নঙগী নুংশিবগী পূংলোন্দা থাবল চোংলি।"

মায়থোঙদো হেন্না লাংশিনখ্রে।

"ঙসি উনরি'সিনা অরোয়বা ওইরসিকো। হিংবগী লানফমসিদা ইনীং তমজনবা।"

"ঐসু লানফমদুদা য়াওবদি?"

"মদু ওইথোক্লোই, তোঙান তোঙাল্লক্কনি। কায়নরসি।"

চৎখিগে তৌই, ঐনা খাম্মী, "ঙাইখো! কৈনো'মত্তা হায়খিগে।"

"হায়রো।"

ঐগী মীৎকী পি খাম্বা য়ারকখিদে। মাগী খূজেং পায়রুই অমুকসু, কনাবুসু কিখিদে।

"নঙগী আশা, নঙবু নুংশিবা, হায়য়ু মসিদা ঐ লানখিব্রা?"

"লানখিদে।"

"অদুদি করিগীনো অদুক তয়াংনা কায়নরসি হায়রিবা?"

"ঐনা নত্তে; লমদমসিগী মীওৎ-মীনৈগী চৈনাদুননি।"

হান্নগুম চঙশিন্দুনা ইনাক্তা ফম্লখি।

"হায়নিংবা লৈরিব্রা?"

"নঙগী অশেঙবা মিংদো?"

"প্রেমাবতি! য়ারেকো।"

"ওহ্! প্রেমাবতি, য়াম ফজে। অদুবু নঙ অঈংবী অদুম কৌরগেকো অঈংবী। নঙদি নশকসু ঈংই, ৱাখলসু ঈংই। নঙনা ঈংহন্দবদি ঐগী থম্মোযতনি।"

"ঐবু ঙাকপীয়ু। চৎলগে ইবুংঙোমচাদু হৌরম্লনি।"

"কৈনো'মত্তংগা হায়জহৌগে।"

"হায়রো।"

"ওল্লকপা চহীগী য়াওশঙ থাবল চোংবদা ঐ নঙগী খূজেংতবু ঙাইজরমগে, মদুখক্তদি য়াবীয়ুদনা।"

হন্দকমুক্তি লৌথুপ-লৌকোয় লৈতনা নোক্লকই।

"অদুফাও' পাখঙ ওইখিদোইবা?"

"চহী খূদিংগী অমুক্তং নঙগী খূজেং পায়বা ফংগনি হায়রদি পুন্সি চূপ্লা ঐ পাখঙ ওইবা ঙমগনি। সত্য, ঐ ৱাশক্লি'সিনি।"

"ৱাশক্তো কনমল্লি। মথঙ য়াওশঙ থাবলদা নঙগী ৱাশক্তো কোকচরো। নঙগী অঈংবীনা অরোয়বা ওইনা নুমিৎ অদুতবু ঈংনা চীক্লা ঙাইজরমগে।"

লূমথরবা খোঙসি হৈনিংদনা থাংদোরকই। ঙসাইতা লংনা পোলিশ তৌখিবা খোঙউপ্তু উরকই। তাইনফম খঙদনা ফরক তানা লম্বীগী মতাইদা লৈরম্বা নূংদুম মচাদু খোঙসিনা কাওথোকখি, ফৎ। ❑

# অনৌবা পলেম

"পপ্পা, বুংবুংসে তৃম্মিংলমাল্লে উইরে।"

"বুং, পপ্পা চাক থিরগে, তৃমগনু, চেচেদা ব্বারী লীহল্লু।"

মৌপ্পাবু তৃমদনবা থোইনা হায়রকই, "বুংবুং, মম্মানা লীবিবা শনদ্রেম্বী চাইশ্রাগী ব্বারীদু লীবিগে।

উইরুম-উইরুল্লবা মমীত্তু খংশিং-শিংলকই। ব্বারীগী মহাওদি মমানা ফজনা খঙহল্লল্লবনি। ইথা থাজদনা থোইনা ব্বারীদু ফনবু মরীক চূম্না লীরকই। মমাদো কয়াদি মাল্লুরে। ব্বারী লোইবদা কপ্লীং কপ্লীং তৌরদুনা মৌপ্পাদা হংই, "নঙদি মমা অতোম্বী কিজদ্রা বুংবুং?"

"কিজৈ।"

"পপ্পানা মমা অতোম্বী পুরকঅদি ঐদি বোবোকহোয়দা চৎখিনি।"

"ঐসু।"

"মমা অতোম্বী লাকঅদি ইবানী চাক্কা অমত্তা পীজরোইদবা, স্কুলসু কাহল্লোইদোইনি।"

"ঐখোয় মম্মাদি পীজৈকো, অচাপোৎসু লৈবীকো।"

"অদো, মম্মাদি শিখ্রেদনা।"

"চেচে, মম্মাদো কৈদৌবৈ শিরিনো? পপ্পানা হায়রিদি হয়েং অচাপোৎ ময়াম পুরগা অমুক লাক্কনি হায়না।"

"নঙ কপ্পুনবা পপ্পানা তৌশিন্নবদো। মৈ থাদোকখ্রদুদি।"

অশিবা হায়বসি করিনো খঙদ্রিবা বুংবুংনি। অদুবু মচেগী অকোনবগী ৱাহৈদুদি মহাক খাঙবা ঙমদে। মমাঙদসু কয়ারক্নি, ৱাফম অসিগীদমক মহাক্না থেন্বা য়াদনা কপখিবা। নুমিত্তুসু বুংবুং কপখি, য়াম্না মপূক্লিং নুংশিনা, মমাবু হঞ্জিন-হঞ্জিন কৌদুনা। থোইসু কপথোরক্লে।

"পপ্পানা চাক লোইরে। করিগী কপ্লিনো? পপ্পা লৈরিসিদি লাকও, চাক চারসি। ঙসিদি ৱারীসু নুংঙাইবা লীবিনি।"

ফনা কুইনা থেম-নৌদুনা হোৎনরগা চাক পীজথোক্লে। বুংবুংবু পোদুনা তূমহনখ্রে। চাকখূমদা চাইরিবশিংদু চাউখোম খোমজিল্লগা ফমুংদা চঙলে। থোই তূম্লমদ্রি। মমীৎ অনীদু ঈরা চেন্না মচীনবান থক-খা চিংলদুনা কপ্লিংবা খাঙলম্লি।

"থোই, তূম্মো, হয়েং য়াহৌ থেঙলনি।"

পীক্লবা লাইবক্তুদা নাল্লদুনা ইচাবু থেমজিনবীরুই। মখূৎ মচা অনীদু ঐগী ঙকশমদা চেৎনা কোল্লদুনা খোঞ্জেল থোক্না কপ্লগা হায়রকই, "পপ্পা, মমা অতোম্বী পুরক্কনুকো।"

"হোয়নে হোয়নে! অদুগীবু কপ্পী হায়ব্রো?"

মমানা নাউশুম্বীদ্রবা ইচা অনীমক ইশি-শিনা তূমথখ্রে। ঐগী মেমি ৱাখলগী মীৎমাঙদা লেপ্লে।

"থেঙলে তূম্নবা তৌরসি।"

"হৌজিক নুংঙাইনা তূমথোক্লুনি। হয়েং-হংচিত্তি, মরূপকী মপাঙগী, অঙাংগী স্কুলগী ফী, গাড়ি ভাড়া, পরেং-পরেং লেংলরনি।"

"নশাদো শোক্লনি হায়বনিদা।"

"শিগেসু শিজরেদনা, ইরায়বক্কীনি।

শেল থোক্তবা, শূফম-নোম্ফম খঙদ্রবা ঐবু ৱারৌরিবনি। ঐ খঙই। অদুবু করি উপায়দি লৈরি? তম্লুরবা ইহৈ অসিগীদমক থবক্কী মন্তীক্লনবা শেলসু লৈতে। কারবার মচা-মচা তৌদুনা য়েংই, মাঙদুনতা তোকই। মাগী খূৎ অনীগী মতেং নত্তনা ঐগী হিংনবা লম্বী ককশিল্লকখি।

নুমিৎ খূদিং মাগী ফিশাকোনগী খোঞ্জেলনা ঐবু নাউশুম্বী। নোংঙাল্লগসু খোঞ্জেল অদুমক্না ঐবু হৌদোকপীদুনা অনৌবা অয়ূক্কী তাইবং শিন্থা পাঙথোকহল্লি। ঙসিদি ঐগী মেমি চৎখ্রে, খোঞ্জেলদুসু তামখ্রে। ঐগী পুন্সিগী পূংজা তাক্লদ্রে।

নাকন্দগী হাঙলবা মোন্দু য়েংলুই। অহীংগী ৱারীদু চেনা হাংদোরকখি, "থেঙলেসে তূন্নসি, খীৎ ঈরাং তৌরনু।"

"থেঙলে খঙলদি ঙসাইনা লাকপা য়াদ্রা?"

"ঐসু ঙসাইদৈ শান্ন' লৈরুবদি নত্তেদনা।"

"অদুনবু হৌজিক শান্নসি হায়বনি।"

"চহী য়ান্ন-য়ান্নগা চোপখৎলকঅদৌনি।"

তাইবংদা তাবা থম্মোয়গী মমিদু মঙলান-তাইবঙ শম্নদুনা ইচাগী চীনবান্দগী থোরকপনি।

"মম্মা, কাঙ চীকএ।"

"ইচা তোম্বা, পপ্পানে।"

মচাবু মথাদা কোন্দুনা নীংঙাইদনা য়াতারম্বী মাবু নীংশিং-নীংশিং বুংবুংবু চেৎনা কোন্দুনা থম্মোয়গী মৈচাকসে মৃখুৎনবা হোৎনরুই। মদুসু অরেম্বনি, নীংশি মৈরীদি হেন্নদুম মৈচাক ফগৎলকখি।

তূমদনা নোং ঙানখিবা অহীংদু হৌখি। অয়ূক পৃথ্রিদা কোন ফেঙলুরগা চঙলকপদা বুংবুংগা ইনেমবেম্মগা ৱারী শানরল্লি, "বোবোক, নোয়দা মম্মা লৈহৌব্রা?"

"লৈহৌই লৈহৌই! ইশৃগী মম্মা লৈহৌই।"

"কৈদৌবৈ পুরক্ত্রিবা?"

"নঙদি করিগী নমানা থবক শূবদা নিঙাই তৌরি?

"ঐ কপ্পরোই। হয়েং পুরকউকো বোবোক।"

"হোয়নে হোয়! সে! অচাপোৎসি নচেগা চামীন্নরুরো। নমানা পীরকপনি।"

পিনা থূমহৎলবা ইনেমগী মনাক্তা লেপ্পুই, ইতূক-তূকথনা, "বোয়াই, ইশৃশিংসিবু কমদৌনা থম্বীগে হায়রীবনো? ঐদি মখোয়গীদমক মমা অমা পুরক্কে হায়না লেপখ্রে। নুপী য়াওদনা, মমা য়াওদনা পানবা য়ূম্বাল ৱাইয়োং চারোই, নচাশিং শেম্বা ঙম্লোই। তরেৎ-তরা থোক্সা খল্লুনে ইবুংঙো।"

"ইমা।"

"ঐসু ইচাদু নুংশি। ইচাগী মকাদা কনাসু য়েৎহন্নিংদে। অদুবু ইচানা কুইনা নাউকোল্লমদ্রবা ইশৃশিংগীদমক খনবা য়াখৈ খল্লগা ৱাফমসি নঙোন্দা কাঙথোকপনি। য়েংঙোই! লাক্লিবা পূর্ণিমা নুমিৎসিদা নুপীমচাদু লৌরুরসি। মহালক্ষ্মীনি ইচাদু। মরায়বক

থীবদগী মচা ফংদ্রদুনা খাইনবীরকপনি। মমানা নাউকোনবীদ্রবা ইশূশিংবু নাউকোন্নবা লৈত্রবা মানা নাউকোঞ্জদনা কনানা নাউকোনবীগনি?

ফনা কুইনা ঐগী পাউখুম ঙাইরম্লগা ইনেমবেম্মা চৎখ্রে। খল্লকই— হৌজিকপু অতোপ্পা নুপী অমগা য়ূম্বানমিন্নবা? ঐ ঙম্লোই, মদু ওইথোক্লোই। মেমিগী মফমদা থমখিবা ঐগী সংসারগী নুংশিবা পূম্বা অতোপ্পা কনাদা অমুক খাইদোক্লুবা ঙম্নরোই।

করিগুম্বা ইনেমগী ৱাফমদু য়ারুবদা মরায়বক-ইরায়বক্লা তম্লমদুনা অতোপ্পা ইচা অমগসু ফংজরবা মতমদা ঐগী মীৎকী মণি-মতূম অনীসিবু থৌওইবীরক্রুবদি? মদুনা অমুক্কা হেন্না খাঙঙমদবা চৈনা অমা হাপকৎলকপসু য়াই। ঐগী শোকচিল্লবা য়ূম্বাল পুন্সিসি উরকই। নোংমগী চঙদবা য়াদবা ঙাচেৎ-থুমচেৎ, অঙাংগী থাগী স্কুল ফী, লৈকাইগী পোৎয়েং-চায়েং; মীগী মরলনসু খ্বাঙ কোয়রে। অঙাং অনীসিবু হুন্দোক্লমদুনা, থোঙ্গাল ৱাংমা লান্না নুপা থোকপা ইথৌদাং অমত্তসু পাঙথোকপা ঙমদ্রে। থোইখক্তং লাইরিক তমহনবদা অসি য়ৌনা ফীভম চাদ্রবসিদা মথঙ চহীদদি বুংবুংসু স্কুলদা থাদবা য়াররোই। ঐ কৈদৌবা তাই?

ডোক্তর উনরুরগা হল্লকপদু ফনা থেঙলে। থোইগা বুংবুংগনা ঐবু থোঙ্গালদা ঙাইরম্মী। লাপ্পা ঐনা লাকপদু উবদা বুংবুং মখূৎ নাম্মনা প্লাষ্টিক মরীল চৎলবা হায়বা ইন্দ্রবা খোঙগ্রাওদু পায়দুনা ইনাক তম্না চেনশিল্লকই। মশাদু লৈওল্লুবা ইরোইদু মঙায়রে। য়াম্নসু কপখ্রমাল্লে, মখজাই অনীদু পি তাখিবগী কংশিল্লবা মফম মরী-মরী লৈরি। অয়ুক চূপ্লদুমা মনীং তম্লুরবা মনাতোন্দুদি পনবু পন্নীংদ্রে; অকংবা, অচোৎপা মচেৎ অমত্তবু হাঙদ্রে। বুংবুংগী মওঙদুমক নৎত্রবসু থোইগী ফীভমসু ওম্থোকপা মওঙ অমনি। সেন্দলদি তোংই হায়ববু মখোঙদু কয়াদি ৱাউরমখ্রে। হল্লক্লগা চাক থোংবা নংলরোই খনবদগী হোবে-হোবে চৎনবা হোৎনবদা হাৎপীরমদ্রবা শাংলবা মশমদু মমায় নাকল নাকন্দা ইফা-ফানা তারল্লি। মশমসিতা ককথৎপীগে খনবনি, মমানা লুনা তৌজরম্বদুদা ইখূৎসিনা হেক ককথৎলগে হায়বসি ঙমদবনি। অদুক হাক্লা মথৌ চিনবীমক ওইদুনসু ইচাশিংগী অসিগুম্বা ফীভম, মেমিনা নোংমতসু মীৎমাঙদা উৎলমদ্রি।

ইচা অনীনা ঐগী খূদাং নাম-নামা পায়খি। মতৌদু কয়াদি নুংশিরুরে।

"পপ্পা, বুংবুংসে চাক লাম্মেনা কপুনা ঙসাইদৈ শুমাঙদা ওল্লিনি। ঐনা পপ্পা লাকঅগা চাসি থিবা হৈতে হায়বা অদুদা মানা শাউরিবা।"

"চাক্তি কনানা থোংলিবা?"

"ঐনা থোংঙে। অরাংগী নেনেদা গ্যাস থাহল্লিবা।"

ফি হোংদনা চাকখূমদা অদুম চঙলে। লাম্লুবনরা করিনো মওঙ চাদ্রবা থোইগী এঙ্খাংদু ফনবু হাউরুরে। থোইনা চাউথোকচৈ, "পপ্পা, ঐনা থোংবসে হাউব্রা?"

"হাউই! ইচা য়াম হৈরে।"

পীকখ্রবা ইচাগী মখূৎনা থোংবা চাক চারবা? ঈহৌরক্কে তৌরিবা মীৎকী পিদু খামজিল্লি— মীৎকী পি নঙ মকা ফোংলক্কনু, নৌরিবা ইচাগী থোৎলবা থম্মোয় নঙনা ময়ি চৎহনগনু।

অঙাং অনীমক ঈরুজবীরগা তূমহনখ্রবা মতুং, ফমুংদা চঙদুনা ঙাইহাক পোত্থানবা হোৎনরুই। খল্লকই— কুইদ্রে পূর্ণিমা। ৱাফমসিতং খল্লুবদা থম্মোয়সি নৌথোরকখি। চহী কয়া মাগীখক্তং ওইরম্বা ঐ, মশুং-মমান্নবী কনানো অমনা মুনখ্রগনি। মখা শমথবা য়াররোইদবা মা-ঐগীতা ওইবা ৱারীদু থূপচিনখ্রগা অতোপ্পা ইতিহাস অমা শাগৎকে খন্না লৌখিবা ফিরেপ্তি নত্তে। ঐনা পীখিবা, মানসু হরাওনা লৌদুনা তাইবং ফাওহল্লম্লবা মখোয়বু মোমোন মীনোক তমহন্নবনি।

কপ্লে, থম্মোয়সি পেন্না কপ্লে। নুপাগী থম্মোয়দসু নুংশিবগীদমক লোইনাইদবা পি তূংশিন্দুনা লৈ হায়বসি মতম অমদা মঙোন্দা ঊৎচবা ফংলম্লবা ঙসি পূক্লিংবু নৈথেক্তুনা তারক্লিবা পি অসি কয়াদা মমল লৈরমগনি। লেপ্তুবা পৃথিবীগী খোঙচৎনা ঋতু অমদগী ঋতু অমা লাক্কনি। মাগী নুংশি খূদোলশিংসিসু শারেপ ফারক্কনি। কপখিগনি লোন্না ঐ, মখোয়বু য়েংলগা মাবু নীংশিং-নীংশিং।

"বোয়াই।"

ইনেমবেম্মা থুংলৈ। ঐগী পিদু উখ্রমাল্লে, লোন্না পি তৈথোকখি।

"সুমদৌসি ইবুংঙো, ঐখোয় খরা চৎলগা মখোয় অসোমগী অহল-লমন খরদা ভক্তি মতেক অমা তৌরগা হেক্তা লোইশিল্লসি।"

নুমিত্তু গাড়িদগী হেক কূমথবগা বুংবুংদু চেনশিল্লকই। ঐগী ফৈজোম মচীদা মখূত্তু য়াল্লদুনা হংই, "পপ্পা, মম্মাদি?"

পাউখুমদু ইনেমবেম্মনা ওকখি, "বুংবুং, নমা সিদা লৈরে।"

গাড়ি মনূংদগী তপ্পা কূমথরক্লিবী অনৌবী মমাগী মনাক্তা বুংবুং চেনশিনখি। ঐ খঙলে, ইচানা মমাগী মায়থোঙ কাউখ্রে। মানা নীংশিংলিবদি মমাগী মিনুংশি অদুখক ওইরমাল্লে।

লাইনিংথৌ খুরুম্লুরগা ইনফিনা মকোক হাইফেৎ খুম্লদুনা কাদা চঙলকই। মমাগী ফিজি য়ান্দুনা বুংবুং মতুং ইল্লকই। বুংবুংবু পমখত্তুনা ফমুংদা ফমথখি। অনৌবা মমাগী খদাং পায়দুনা পীল্লবা চীনবান্দুদগী মমা কায়নবগী পেন্দবা ৱাকৎ কয়া থোরক্লি, "নঙ কদায় চৎলুই মম্মা?"

"নঙগী অচাপোৎ লৈরুবনি।"

"চেচেনদি নঙ শিখ্রে হায়রিবা।"

"চেচেনা ফাগী তৌবা ওইরিনি।"

"নঙদি কৈদৌবৈ কুইনা হল্লক্ত্রি?"

মমীৎ অনীদু থামন্বা অহীংগী থৱানমিচাক্লম কুফেৎ-কাফেৎ খপ্পল্লগা ৱারৌনা হীক-হীক কপ্পকই। মতম কুইনা মমীত্তা মচা উরক্রুবা মমাদুনা খাওত্থক্কী নৌনা ফংজবা মচাবু চেৎনা কোল্লদুনা থেল্লি, "তোকওসে! মম্মাগী নুংশিবা, ঐ লাক্লবসিদি।"

পিরাং মরক্তা মোমোন নোক্লদুনা ঐখোয়বু মঙ্গল অশীর্ব্বাদ পীরম্লগা ইনেমবেম্মা হনখ্রে।

থোই নীংশিলকই। লোন্না থিরুই, খা-ৱাং, মনীং-মমাঙ। কাইনথংদা উরকই মনীংগী য়েনগোন মখোঙদুদা ঙাদুনা কপ্পম্মী, মথম্মোয় খমথেংনা শোকপমখৈ। বুংবুংগী মোমোন মীনোক তমজবা নুমিৎসিদা মানা পিরাং শীন্থবগী মরম ঐতনা খঙই। মমাবু নীংশিংলকপা, ঐবু ৱারৌবা, অনৌবা মমানা ওৎ-নৈবীগনি কিজবা, মরম অহুম্না শীন্থহল্লিবা পিদু তৈথোকপিরদুনা ইচাগী থম্মোয়বু ফাজিনবীখি, "পপ্পাগী নুংশিথোইবী, ইচাগীদমক্তনিনে পপ্পানা শীল্লিবসে। মম্মানা হিংলিঙৈদা নঙোন্দা শ্রীকৃষ্ণগী ৱারী তোয়না লীবিখিবদাই। শ্রীকৃষ্ণদু কনানা পোকপনো, কনানা য়োকপীখি? মহাক্লা য়োকচবী মমাবু মীরায়খিব্রা? যশোদানা মচাবু অপোকপা নত্তে খন্না ওৎপীখিব্রা? নঙনা অসুম্না কপ্তুনা লৈরদি মহাক ইকায়দুনা ময়ূমদা হনখ্রনি। নঙনা নমা লৈতবগী ৱাবা অদুগুম্না মাসু মচা লৈতবগী ৱারিবনি। ইচাদি মরম ওকপীনি; লাকও, 'মম্মা' কৌদুনা নমাবু খুরুম্মু।"

তারম্বা মপিদু মখূৎ অনীনা শৎ তৈথোক্লগা তপ্প-তপ্পা ঐগী তুং ইল্লক্তুনা মমাবু খুকল্লগা কৌখি, "মম্মা।"

অনৌবীনা থোইবু কোনখৎপি।

"মম্মা, নঙ চৎখিনুকো।"

"ইচাশিংবু থাদোক্তুনা ঐদি কদায়দা চত্তোইবা? অঙাওবী, সে! অচাপোৎসি বুংবুংগা চামিন্নরুরো অদুগা নঙনা লাইরিক পারোকো।"

ঐনা অনৌবীদা হাইফেৎ য়েংলুই। মীৎচান্নে। ইকায়না লূকথরগা তপ্লপ হায়রকই, "পূক্লিংগী অপাম্বা'মত্তং তাকপীয়ুদনা।"

"ঐগী ইচা অনীদা পুক্সি চূপ্পা মমাগী মিনুংশিদুতং পীবিয়ু।"

"যূম্বানবগী খীরবা মহাওদু অমুক তংলুগে লাকপা নৎচদে। ইচাশিংবু ইথাদা কোঞ্জগে লাকপনি। নঙগী থম্মোয়না ঐগী চঙজফম পীবীদ্রবসু ইচা অনীবু নাউকোঞ্জনবগী অধিকারদুতং পীবীয়ু। মদুদগী হেন্না ঐগী অতোপ্পা অপাম্বা লৈজদে।"

বুংবুংবু পোরগা চাক থোঙ্গৎখ্রে। মমাগী নঙ্গলদা ইচানা হরাওনা ঈশৈ শক্লি, মতৎ-মতৎ সুর চাদনা। মনাক্তা ফক থাদুনা থোইবু লাইরিক পাহল্লি। মেমিনা তৌরম্বা অদুমক্লি।

মহৌশাগী লৈপূং ফম্বদু নীংশিংলকই।

ৱাচোপ-ৱারেমদগী হৌদুনা পৃথিবী পূম্বগী ৱারী লোইরগা য়ূমদা হল্লকপদদি ফনা থেঙলে। থিদোক্তুনা থনম্বা চাক্তু চাথোক্লগা কাঙখল হাইদোক্তুনা য়েংলুই। অনৌবী পলেম মমাদুনা ইচা অনীবু মখূৎ য়েৎ-ওয়না চেৎনা কোল্লদুনা নাউশুম্বীদুনা নুংঙাইনা য়াতারম্লি। ❑

# সতি ইন্টরভিউ

ইমাইপেম্মা! ঐবু করিনো হায়রি' ৱাসিবো? হৌজিকপু ঐবু ষ্টেজগাদু কাবা ঙমখিগদ্রনে? লৈবাক্লা শকখঙলবী নুপী ঙাক্তনিনে তিল্লমদৌরিদো। চফ্-উয়াল, ৱাইশিং-লমশেংগী মরমদা ঙাঙউ হায়র'দি ঐসু লত্তনা হেক ব্রং-ব্রং ঙাঙথগদবা।

"ইমা, কৈনো নথন্তা মুরুম-মুরুম শোল্লিদুবো?"

"হৈ! নঙসু চগৎ-চগৎ ঙাঙদৌ শরূক থবক-ইনখাং লোইশিল্লু। নপা লাক্লগা চাক-ঈশিংগাদো থোংমিল্লৌ। অরুবা থবক অমা নল্লিবনিকো ঐ।"

"করি থবক্লো ইমা?"

"হংচিৎ মার্চকী তাং ৮, 'ইন্টরনেশনল রুমেন্স ডে'-নিদনা, ঐ সেমিনার পেপর অমা পুথোক্কনা পারুদৌরি।"

তাঞ্জাসিদা ঐখোয় মপা ইবুংঙো লেঙশিল্লকই। মপা-মচা জু-জু তৌনরগা হাইফেৎ নোকখি। ঐগী মরমদা শোয়দনা ওইরমগনি।

চে-কলম পুথোকই। করি হায়না হান্না হৌসিগে। হুম! ঙাইখো, তহা-তহারুবা যাদ্রি। ইগদবশিংদো কোক্তা মথঙ-মনাও নাইনা অমুক্তা শাগৎখিগে।

"ইমা, এঞ্জাংসিবু ইরোনগদ্রা, থোংগদ্রা?"

"নঙসিসু হাইফেৎ কোথৈহে ইবেম্মা। থোংব্রা লোনব্রা নোয়' থোক' তৌ।"

অহৌবা পরেংদু লৈরম্লবনি; মাঙখ্রে। মীৎ উইশিল্লগা অমুক ধ্যান তৌই। উম! লৈরে। অসুম হায়না হৌরগা হেন্না মওঙ তাগদবমাল্লে। ইরগে।






"করি টোপিক্লো নঙনা পারুগদৌবিবো?"

"হিন্দু ধর্ম্মগী অরীবা ৱারী লাইরিকশিংদা নুপীগী অধিকার হায়বসিদনি।"

শাগৎলম্বা পরেংশিংদু অমুক চেনখ্রে। মখোয় মপা-মচাসি ওম্ফোক্লা হৈনরোইদৌরি। নীংশিংনবা হোৎনৈ, ঙমদ্রে। ৱারোইশিন ওইনা হান্না ইথোক্লগে।

"ইমা চাক চারসে।"

ৱাহৈ অমত্তা ইদ্রিবা চেবাংদুদা কলমদুতক থাদরম্মী।

চাকচা তোক্লগা হান্নগী ফমফমদা ফম্লে। কাউথোকখ্রবা ৱাহৌদোক্তু নীংশিংনবা হোৎনৈ।

"হন্দক্তি নুংঙাইদৌরিহে! পাম্ফোই, চাকখূমদগী হেন্দবী নমাসি নুপীগী অধিকারগা য়াম তাল্লুদৌরি।"

মপা ইবুংঙোগী ৱাঙাঙদু খিত্তং নুংঙাইখিদে।

"তৌনুদা! চাকখূমদগী হেন্দবী কয়ানা অধিকার পীয়ু হায়না চাকখূম-চাকখূমদগী লাউনরক্ল'দি লৈবাকসি পূম্নিন নিন্নিদা।"

"ইমা, নঙবু বানান চুম্না নমিং ইবা ঙম্লিব্রো? চোপচনিকো ইমা নঙ।"

মখোয় মপা-মচানা ঐবু ওম্ফোক্লা উশিংখিদ্রেদা। ঐসু বি এ ওনর্সনে ওনর্স, পোলিটিকেল সাইন্স ওনর্স। ফৈ। অধিকার তানবসি ঐখোয় ইমুংদগী হেক্তা হৌরগে, হয়েংমক।

ঐবু করেম্নবা য়া'খৈ করেম্নরম্লগা মপা-মচা মাগী মাগী ফমুংদা চঙখ্রে। হৌজিক্তি ঐবু কনানসু ওৎলরোই। অচীকপসিদা জ্ঞান তানা শাগৎপা হৌরগে। ৱাখল ইথোক-থোক্তবদি নত্তে অদুবু ইথোকপসি ইঙম্মক ঙমদ্রে। মখোয় মপা-ইবুংঙো হৌদোক্লগা তান্নরসিরা? হুম! নুপীগী অধিকারগী মতাঙদবো? তান্নবোই, নুপাগা শুক্তা তান্নরোই।

হকাম অনী অহুম্লক লাকখি। তূম্বগা য়াপোৎতেদা মতমসি নকশিল্লক্লে, হংচিৎনি।

ঐখোয় লৈকায়' মৈরা পায়বীগী সেক্রেটবি ইনে শখি, প্রসিদেন্ট ইচে মনিতোম্বী ঐখোয় য়ূমদা ঙল্লপ থুংলৈ। ঐনা বার্ত্তন কৎচখিবী ইবেম্মশিংদু থুংলরগা লেঙশিন্নবা, নহাগী অহলগী খায়না নীংথিনা শেম-শাবে।

থাজখিবা পূংফমদগী সেকেণ্ড'মা চোন্থদনা স্বর্গদগী সনাগী কৈরাক অমা য়ুংনা হেক্তা ঐখোয় শুমাঙ তম্না কাপথরকই। অথোইবা অতিথিশিংদু মথঙ-মথঙ

মশেক-মণ্ডালগা লোয়ননা পৃথিবীদা কুমথরকই। ইনে শখিগা ইচে মনিতোম্বীগা ঐখোয় অহুম চেম্লোক্লগা ওক্লুরে। ওখাক ফজবজাৎনিহে ইবেম্মা সিতানগা ফজবসিদি, ঈংনা চীক্লা। পঞ্চ-পাণ্ডবকী মবেম্মা দ্রৌপতি ঈরাং-শক হাইফেৎ চঙনা ফজে। ইনেমতোন কুন্তি, ময়াং কংলপ রাশি চরোং য়াম্থে মায়থোঙদু। বৃন্দাবনগী বাঁশিধারিগী মবেম্মা রাজেশ্বরী, মরোল অহুম শুমহৎনা ফজে।

অতিথিশিং মাগী মাগী ফমফম্লাংদা লেঙশিন্নখ্রে। ইনেমহল গন্ধারীগী ফমফম হাঙলম্বদু উবদা ঐনা ইনেমতোন্দা, "কৈদৌরে ইনেমহলদি, নিমন্ত্রন ফংদ্র'জাৎলা?"

"মমীত্তু চৎপা নুংঙাইতে'না লৈহৌরে।"

"ও... হো... চুম্মীনে।"

ঐ খূত্তা মাইক্রোফোন পায়খৎলে; লাউথোক্লে, "ঙসি স্বর্গ মালেম অনীমক্তা অথোইবীনি হায়না পূজা তৌনরিবী ইচে ইনেমশিংবু ঐনা কৌজরিবসি, 'হিন্দু ধর্ম্মগী অরীবা ৱারী লাইরিকশিংদা নুপীগী অধিকার' হায়বসিগী মতাঙদা ময়ামদগী মোৎ খণ্ডজনিংদুনা কৌজবনি। অহানবা ওইনা ইচে'বেম্মা সিতাদগী মোৎ লৌজগে। ইচে'বেম্মা স্বয়ম্বর তৌরগা মদুগী প্রাইজ ওইনা নুপীবু শকখণ্ডদবা পাখণ্ড অমদা শিন্নথোকপগী চৎনবীসিদা ইচে'বেম্মগী মোৎ করি লৈবিবগে?"

থংননা ফম্মিন্নরিবা ইচেম্মা দ্রৌপতিগা, সিতাগা মীৎচি খৎনখি। ঐনা মাইক্রোফোন্দু ইচেম্মা সিতাগী চীনবান মপা চপ-চানা থম্মী। অমুক্তং রাশি লৈনা খৌদেম্লম্লগা ইচেম্মনা ঈংনা, "ঐগী মোৎতা মমা-মপা ওইবশিংনা মচাবু খ্বাইদগী মীথোই-মীহেনবা মীদা থাজবা অদুগা মচাশিংনসু মমা-মপাগী অপাম্ববু ইকায়-খুম্নবগী ফজখ্রবা চৎনবী অমনি হায়জনীংই।"

"করিগুম্বা স্বয়ম্বরদু লঙ্কাপতি রাবন্না ঙম্লম্বা থোক্ল'দি?"

ইচেম্মা ঙাইহাক লকক তৌখি।

"মপাগী অপাম্বা থুংহনবনা মচা ওইবশিংগী ধর্ম্মনি।"

"মতমদুগী মপা ওইবশিংনা মচানুপীশিংদা মশাগী অপাম্বা মপূরোইবা খঞ্জনবগী অধিকার পীবিদে অদুগা নুপীশিংনসু মশাগী হক তান্দে হায়বসি য়াবীনিংব্রা?"

ইচেম্মা সিতানা পাউখুম ওইনা ৱাহৈনা পীরকখিদে; মঙক্তং নোম্লগা তোকখি।

"য়াম নুংঙায়জে। অরোইবা ওইনা ৱাহং'মত্তংগা...।"

"অদুঙৈ ইবুংঙো শ্রীরামচন্দ্রনা ইচেম্মবু হন্ন-হন্না মৈ ঈকপদু নুপী ওইবীগী হিংবগী

*অধিকাবদা শীংনবনি হায়না খনবীখিদব্রা?"*

"ধর্ম্ম কায়খিদবনা মদুদা ঐ কবিমত্তা চিংনখিদে।"

ইস! কয়া কিপ্পবা পাউখুম্নো? হৌজিক মতমদগা ওইবদি নিংথৌসু চাকখূম অচৌবা, সতিসু পূমকা। ঐগী ৱাখলনি।

মথঙগী পালিসি ইনেমতোন কুন্তিগী তারে। ঐনা ইনেমতোনগী মপাদা মাইক্রোফোন থমই।

"নুমিৎ কৌবা দেবতাদা ইনেমতোন্না অধিকার অমত্তা তানখিদ্রিবা করিগীনো?"

ইনেমতোন কুন্তি মমায ঈচপমুক ঙাঙখি। মযাম পূম্বা ঐঙোন্দা য়েংলকই। ইনে শখি শৎ হাইজিল্লক্কুনা নাকোংদা চীরোল তৌরম্মী, "কৈনো মীগী ইজ্জৎ শোকপা ৱাদু হায়বিদুবো? শিনবা তাবেমি নঙবো।" ঐসু কবিনুংগীনো খল্লকই।

অদুবু জ্ঞানদা, লৌশিংদা, শক্তা-চুদা ৱাত্তবী ইনেমতোন্না মপূক্লিংবু নীংথিনা ফাথবগা খুল্লকই, "ঐগী ইফমদা মহাক অদুমক দেবতানি। কবিগুম্বা নুমিত্তা ইপূরোইবনি হায়না খনখিবা লৈতে।"

"য়াম নুংঙাইজে, ইনেমতোনবু থাগৎচরি।"

ইনেমতোন কুন্তিদা হংজহৌগে খনবদি যামখ্রপোৎনি। অদুবু অহানবা ৱাহংদুদগী মখা তাবা ৱাহং চত্থগদবদু কিবে। মমৌ ইবেম্মা পঞ্চালিনীদা ওইনা হংবা য়াবা খবা হংহৌরগে।

"ইচেম্মা, করিগুম্বা কর্ণগা ইচেম্মগা থম্মোয়গী অচেৎপা মরী লৈনরম্লবা, আৰ্জুন্না স্বয়ম্বর ঙমদুনা মঙাগী লোয়নবী ওইখিবদু য়াবীনিংগদ্রা?"

ইচেম্মনা কুইনা খল্লগা চীং-লেম্না পাউখুম পীরকই, "ইশাগী অপাম্বদগী ইপা ইবুংঙোগী অপাম্বা থুংহনবনা ঐগী ধর্ম্মনি। থম্মোয়গী য়ানিংদবদু ফাথবা তাই।"

"অদুঙৈ পাপী দুষাশন্না সভা মমাঙদা ইচেম্মবু ঈকায়বা পীখিবদু, নুপীশিংদা মশাগী ইজ্জৎ কঞ্জনবগী অধিকার লৈ হায়বসি ইচেম্মনা পাড়া তক্সীখিদ্রিবা করিগীনো?"

"ধর্ম্ম-শাস্ত্র মশক খঙদবা মীদা ইজ্জৎকী পাড়া তক্সীবসি লুই।"

"য়াম নুংঙাইজে; ইচেম্মগী মোৎ তাজবসি।"

তাল্লকসিদা ইমা ইবেম্মা রাধিকাগী মোবাইল ফোন্দু হেন্ড ব্যোগ মনুংদগী সিগনেল পীরকই, তিৎ-তিৎ-তিৎ...। ইবুংঙো মদন মুহোন্দগী লাকপা ফোন ওইরমাল্লে। "কৈসু চিংননিঙাই লৈতে, ইবেম্মা দুর্গা য়াওরি।" "করি হায়র'ক্লিনো?" ইনেমতোন্না

হংই। "মফমদু অমুবা শাসন, অমুবা আইন, অমুবা মীনা নুপীগী ইজ্জৎপু করিসু লৈতনা খনবনি পন্থরক্নু" হায়বনি হায়না ইবেম্মনা তম্মী।

ইস! মতমসি নংহৌদবা তারে খল্লগা, মতম পূম্বদা খৃত্তা বীনা পায়দুনা তাইবংদা লৌশিং-জ্ঞান য়েল্লিবী ইমা ইবেম্মা সরস্বতিদা হেক্তা ওনশিল্লে, "ইমা ইবেম্মা, মতমসিগী নুপীশিংগী অধিকারগা মরী লৈনবা লাইরিক অমগা ইবগী আশা লৈবিব্রা?"

ইমা ইবেম্মনা য়াম্না চীং-লেম্না মোমোন্নরগা খুন্নকই, "রাইটস ফোর রুমেন্স ইন টেন্টি ফর্স্ট সেঞ্চুরি" কৌবা লাইরিক অমা ইবা লোইখ্রে। হৌজিক হৌজিক শ্রীবিশ্বকর্ম্ম পির্ন্টিং প্রেসতা লৈরি।"

"নুপীশিংগী অধিকারগী মতাঙদা ইমা ইবেম্মনা লৌবীরিবা থৌদাংসিগীদমক থাগৎচরি।"

ইমা ইবেম্মা রাধিকাগী পালি য়ৌরক্লে। জগৎকী মবেম্মনি, নাতৈ চাদবা ৱাহংগা হংলুবা য়াপোৎ'তে।

"ইমা ইবেম্মা, নুংশিবা হায়বসি ইথন্তগী ওইজনিংই। নুপাশিংনা নুপীগী পাম্মুনা থমজবা নুংশিববু মচেৎ-মচেৎ শেগায়দুনা য়েম্থোকপিবসিদা ইমাগী মোৎ অমত্তং।"

"ইবেম্মা মসি তশেঙনা থম্মোয় কায়নিংঙাইনি। ঐসু অদুঙৈ মহাকথক্তা অৱাবা কোঙ্গায়নি খাঙখ্রিবা। নোংমদি চন্দ্রাবলি কুঞ্জদা কোক হেক থেংনরুরে ইবুংঙোদো। বিষ্ণু বিষ্ণু! লাইবক্তা থেৎপা ৱাহোং চুরাদো ঐ'ইবুংঙোগী লৃখমদা লৈরম্লে। খ্বাঙদা শেৎপা সনা ফিগেনা ঙক্তা য়েৎলম্মে। কপচবতদা ইপুম থীৎখ্রবনি। ঐ'ইবুংঙোবু শুমহত্তবা মরোল অহুমসিদা কনা লৈতে। কাইনথংদা খঙলকই, মানা জগৎসিদা নুংশিবা য়েনবীবনি, মানা মানা নীংজরিবদু ইবুংঙোনা থুংহনবীবনি।"

"য়াম নুংঙাইজে, ইমা ইবেম্মবু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচরি।"

ঐগী অঙাওবা ৱাখলদু কদোমদগীনো ফৎ লীৎশিল্লকই, "ইস! হৌজিক্তগা মদুগী মিনুংশি খুয়েনদু য়েল্লুরবদি, নুপী ফনা য়াম্নদি মরূ কোক্লগা কৈন্যা কৎনরনি।"

মথঙদা থৌনা ফনা পাউখুম কয়া তাবা ফংগনি হায়না ঐনা আশা চাউনা থল্লিবা দুর্গা ইমাদা মাইক্রোফোন লানশিল্লি।

"ইমা ইবেম্মা, ইপা ইবুংঙো শিবশঙ্করনা নুমিৎ চূপ্পা কাঙমৈতা খুদুনা লৈবীবদু হৈনবীব্রা? ঐসে মাগী লোয়নবীনি, মাগী মফমদা ঐগী অপাম-পামদা ফোঙদোকচনবগী হক লৈ খনবীরগা নোংমতা থিংবিখিদব্রা?"

"কদায়দৈ ৱানো ইবেম্মা, মতমদুদদি ঐখোয়সি হৈনবা-হৈনদবা হায়বদু অমত্তা লৈত্রবজাৎনি। নোয়গী হক-নুং, অধিকার-নুংধিকার হায়বদুগাসু তাজপোৎ'তেদো থিংঙুবা ঙম্বদি হায়রুনু মঙাওনগা থীরে, মানা খরগা শাউবা নুমিত্তদি খূদোংতা শেম্বদা খূৎ চোকথরিবনি।"

তিল্লম্বা ময়ামদু নোকফেৎ তৌনখি। ঐনা মথঙগী ৱাহং চথরকই, "য়েলহৌঙৈদগী নুপীশিংনা মশাগী অধিকাব ফংদে অমসুং তান্দে হায়বসি য়াবীনিংব্রা?

"মদুদৈ হেন্না চুম্বা ৱাফম লৈত্রবনি ইবেম্মা। মদুগীনি ঐনা ইখূৎ তরা পান্দুনা খূত্তা খূৎলায় পায়বিবা।"

"ইমাগী থৌনা ফবা পাউখুমসি তাবদা ওম্থোক্লা পেঙখ্রে। অবোয়বা ওইনা মতমসিগী নুপীশিংদা পাউজেল অমত্তং পীবিবম্মু।"

"লৈগুম্না থোৎ-নৌই হায়রগা ঐখোয মোমোন নোক্তুনা তূকথবগা লৈবা মতম নত্তে। ইশাগী ইজ্জৎ অমসুং অধিকারগীদমক খূত্তা অনৌ-অনৌবা খূৎলায় পায়দুনা লাম্থেংনগদবনি।"

লাইবম্লেনগী সতি মযামগী ইন্টবভিয়ু লোইবদা ঐগী কোক্তা অনৌবা অঙ্ক অমা হূত্তুনা ফাওজিল্লকই। মীরম্লেনগী সতি অমগী মোৎ তাসিরা? নুমিৎ খূদিংগী অহীং চূপ্পা খূত্তা মৈবা পায়দুনা মচা-মপূরোইবগী, নুপীশিংগী ইজ্জৎকীদমক হিংচাবশিংগা লাম্থেংনরিবা ইনে শখিসু সতিনিনা মখোয়দগী কবিমত্তা নোপ্তে খল্লগা ঐনা সভাদগী অয়াবা লৌই। ময়াম্না, "য়াইনে য়াইনে" খুম্মী। ঐনা ইনে শখিদা, "ইনে, ইনেগী মোৎ অমত্তং।"

"ইমাইপেম্মা! ঐবু কবি ঙাঙদোইনোনে" হায়রগা ইল্লিবা ফিদুনা খ্বাঙচেৎ ফৎ শেৎচিনখিদুনা ফূক হৌগৎলি। মাইক্রোফোন্দু পাযরগা অমুক্তং খৌদেম্লম্মী অদুগা হেক্তা খপথরকপনি, "অহম' ঐখোয়সু ৱারী লাইবিকসি ফনা যাম্না তাবে। মমাঙঙৈদা নুপীশিংনা অধিকার শুকফং হেক ফংজবমদে। লাইশিংনা ফাওবা কোক নোল্লিবা ধর্ম্মরাজ মশামক য়াওনা ইবেম্মা দ্রৌপতিবু চৌববদা থাদোকপসিবু হৌনব্রো? নত্তে নুপীবু পোৎলা হায়ৱানি?"

ইচেম্মা দ্রৌপতিদু ইনে শখিদা শংত্রিক যেংলম্মি অদুদগী মরূ অদুম লূকথখ্রে। ইনেগী ভাষন লেপ্তে, "সতি ধর্ম্ম ঙাক্লবনি হায়দুনা নুপীবু মৈনূংদা নমদুনা লংশিনবা, এ! শখি ঐ নৎলমদা তৌনি, ওইবম্লদবু মখূত্তা মৈনম্না চূবোইদ্রা?"

ইচেম্মা সিতা নত্তনা ময়ামদু ইনে শখিদা ময়া কাবমখৈ য়েংনৈ। তাঞ্জাসিদা ইনেনা, "লোইজরে" হায়রগা ফমথখি।

মীরম্লেন-লাইরম্লেন অনীমক্কী সতি ইন্টরভিয়ু লোইরবদা ঐনা ৱারোইশিন লাউথোকই, "ঙসি ময়ামগী মোৎ মথঙ-মথঙ লৌজরবা তুংদা থমজনিংলিবা ৱাফমদি, "হিন্দুগী অরীবা ৱারী লাইরিকশিংদা নুপীশিংগী অধিকারগী ৱাফম য়াওদে" হায়বসিনি। মসিদা ময়াম য়াবীনিংব্রা?"

ইমা দুর্গাগা ইনে শখিগা খক্তং থৌনা ফনা, "য়াওদে" খুম্মী। অতৈদি অমনা অমদা য়েংনদুনা লৈখ্রে। ঐনা পাউখুম ঙাইরি।

"ইবেম্মুংশি, ইবেম্মুংশি করিনো কলমদু য়ুংশিল্লগা নতিনগা তাবমখৈ তৌরিদুবো। কাঙনা থাংদৌরে হৌগৎলু।"

ঐখোয় মপা ইবুংঙোনা হৌদোরকখি। খল্লি-- মিনিট মঙাদং চোম্থরগা হৌদোকপীরম্লবদি ঐগী সেমিনার পেপরসি শোয়দনা মহৈ য়াল্লমগনি।

"কদায়, কয়াম ইরে য়েংগে।"

"অমত্তা ইদ্রিদা।"

"খঙঙে খঙঙে তূম্মুরো।"

"ঐ ঙসিদি তূম্লরোই। কেন্দলগা মৈখেৎকাদু' সিদা থম্বীরম্মু। হয়েংদি নোংঙানবগা সেমিনাব পেপরদু অমুক্তা নমথোকপীরুচো।" ❑

# চৈনা

মপানগী পোলাংখোক্তা ফৌরিবা ফিশিংদু লৌশিল্লুবগা চঙলকপদা বল্লুদু কাদা লৈবমদ্রে। মনীংগী থোঙদু হাংদোক্লম্মী। খঙলে, মীকৃপমুক্কী তুংদা লাঞ্জাও অমদি শোযববোই। ঙসাইমখৈ মমান্নবা মযাম লৈবক্তা শান্নবিবদু থোঙনাওদা যেংলগা ঐঙোন্দা ৱাহং কযা হংলম্বনি। কাউথোকখিনবা টি ভি থাদুনা য়েংহল্লি। খৃত্তগী রিমোটতু লাল্লগা মৃখৎখি। ফমুংদা পুশিন্দুনা তৃমহন্নবা হোৎনরুই। ফৃক হৌগৎলগা মখৃৎ মচা অদুনা থোঙনাওগী বাবদা পাযবগা কপ্পুনা লৈথোকখি।

"হাই গোবোবা! ইমুংদা চঙলকউ। নঙ ননমদু তৎকেবা? কয়ারক হায়খ্রবনি, মোয মচা অসি যাওবদি শান্নকনু হাযনা।"

খযাক্লবা খোঞ্জেলদু নাকোংদা ফাওজিল্লকপমক্তদা পূক্লিংসি ঈকায়-নুংশি য়ান্নখি। থোঙনাও মনাক্তা চঙশিন্দুনা অমুক যেংলুরি। বোবী মমা থোরক্কুনা মচা পুশিন্দুনা চঙখি।

"সোনিয়া অঙাং'সি কৌশিল্লু। নঙসু নচাসিতা শেন্নবদা ঙমদ্রবোই। বোবী মমানা পারি-পুবি চিংথোক্কুনা ঙাঙলি'সি নঙদি তারিরোইনে?"

থোঙজীন মপান্দা লেপ্লগা ইনেম্মা ঙাঙলম্বনি। শুমাঙদা থোক্লগা বল্লুবু কৌশিল্লি, "বল্লু, মামো লাকএ লাকও।"

মীনম্বা ৱাহৈদুদনি মানা নিংশাশ্বর থবেৎ-থবেৎ হোন্না হরাওনা চেনশিল্লকখিবদু।

"কদায় মামোদি?"

"লাক্লম্মী চৎখ্রে। চঙউ ইমুংদা।"

"হায়শিন্নৈনি, ঐ শান্নরুখিনি।"

চেনখিগে হোৎনৈ। মখূৎ তাপ পায়দুনা ফারগা ইমুংদা পুশিল্লি। ইশাগী অশাওবা লাকশিনবা ঙমহৌদে, থোৎখ্রবা খজাইদুদা মশীং খঙদনা থাজিনখি।

"ঐনা নঙোন্দা শান্নবা য়াওরুনু হায়না লিশিংলক নৎত্রা হায়খ্রিবা? য়াম শান্ননিংখোদনা।"

ফনা কুইনা থেন্বা য়াখিদে। ঐ খঙই মহাক্লা অদুক শাংথনা কপখিবগী মরম ঐনা ফৃখিবগী চৈনাখোল ঙাক্তসু নত্তে।

নুমিদাং চাক চানবা হৌদোক্লবদা নুংথিলদা কপখিবদু মখা শমথরদুনা নিংঙাই হৌরকই, "চারোই! চাক্ত'মত্তা চাবোই, নঙনা স্কুলসু চৎহন্দে; শান্নবসু যাওহন্দে।"

"স্কুল চৎত্রবসু মামোনা নুংতিগী লাইরিক তাকপীরিদুদি। ইচাবু কনানা শান্নহন্দে হায়রিবা? নঙগী শান্নপোৎ ময়ামদুগা ইবানি নুমিৎ খৃদিংগী শান্নরিদুদি।

"নঙগা শান্নবা তল্লি।"

করি খুমসিগে ঙাইহাক খঞ্জান্নৈ।

"অদুদি নঙ কম্প্যুটর শান্নরো। মামোনা নঙগী কম্প্যুটর অমা লৈরক্কনি হায়রম্বনি।"

"এ! কম্প্যুটরগবু শান্নবা য়াব্রনে?"

"ইস! খুনুংঙাই'মনি।"

হরাও-হরাও চাক্তু চাথোক্লগা তৃমখ্রে।

অচীকপা অহীং লানশীল্লকখি। ঐগী থম্মোয়না মাগী মফমদা লোইনাইদনা হংবা ৱাহং মখা চথুরকখিঃ "তামো, হায়য়ু; পুম্নমক অসি কনাগী মরালনো? পাপ পক্ত্রিবা নঙ ঐগী নুংশিবগী শেংলবা খৃদোল ওইরিবা পীক্লিবা ইচা অসিগী মরালনা করিনো? অদুগা ঐনা..., ঐনা কনাদা করি লঙজখিবগীদমক অসুক শাথীবা চৈনাগা শাগোন্ননা হিংলিবা? ওহ! নঙবু নুংশিরুবগী।

"নহাক চৎখ্রে, সমাজগী মীনোক মৈশাগী পুঙমদ্রবা পোৎলূম পুম্নমক ইকোকথক্তা হৈথরমদুনা। মীপূম খৃদিংমক্লা খঙই, ইঞ্জিনীয়র বিমোল কমদৌনা লায়না অদুনা নাখি, করম্না শিখি। ওহ! কয়াদা ঈকায়নিংঙাইনো? নঙনা চৎখিবদা ঐগী মান-সন্মান,

ইজ্জৎ পূম্নমক অমত্তা খাক্তনা পুদুনা চৎখ্রে। মীযাম্না ঐবু, বল্লুবু উবদা কি-তূক্কৎচবি। নঙগী ইমা ফাওবনা ঐবু ঈস্থোক্লি। নহাক্কী অপোকপী অসি ঐগী কনা'মত্তা নত্তব্রা? ঐবু সমাজনা তূক্কৎচববী মীশক অমা ওইহল্লন্নিবা মীশক অদু মাগী মচা নত্তববা?

"তামো, ঐ, বল্লু... নঙগী ননাক্তা লাক্লগনি ইকুই-কুইদনা। কবিগুম্বদা নহাক কাযনবগী খাঙঙমদবা মৈচাক মবক্তা বল্লুগী চিতাগী মৈবী উবকই। কবিগুম্বদনা মমা-মপা কাযনববা সমাজনা শোক্ল-শম্ননীংদ্রবা ইচা অসিগী যেংহৈদ্রবা শক্তম অমা ব্রাখলদা শাগৎলুই। নঙ ঐগী তাঙনা ফংজখিবা, আশা কযানা যোল্লবা মহাক অদু ঙসিদি খূৎ থেক্তুনা শিবগী পূংজা ঙাইবি।

"ইচে, থোঙ হাংউ।"

প্রদিপ লাক্লমাল্লে। হৌগত্তুনা থোঙ হাংদোক্লুই।

"চঙলকউ।"

"ঐদি টেলিফোন্দা ঙল্লা লাকউদং হাযবগা থমখিবদুদা চিংনকুবে।"

"কৈসু তৌদে। বল্লুগী কম্প্যুটব অমত্তা লৈবীকুচো। চঙগদবা শেলদো কযানো পুখো, কুইবক্কনুকো।"

নুমিৎ খবনিদা বল্লু কমদৌনা কম্প্যুটব থাগনি, কবম্না মৃত্থৎকনি হাযবা খঙলে। পীক্লবা খূৎশা মচাশিংদুনা কীবোর্ডকী অলফাবেটশিংদু তক তক নল্লদুনা মশাগী মমিং মোনিটবগী স্ক্রীনদা থাবকপদু উবগা মথন্তা চাউথোকচৈ, 'ঐদি লাইবিক যাম হৈবে।' প্রদিপ্না তন্বীবা অবাযবা মশান্না খবা মথন্তা হঞ্জিন-হঞ্জিন শান্নবি। মতোমতা নোক্লি, মতোমতা অমুকসু তক্সি শোল্লি। কাদু মথন্তগী খোঞ্জেলনা পূম্নিল নিল্লি।

নুমিৎ কযা লৈবক লমজাওদা অঙাংশিংনা হবাওনা চেন-চোংদুনা শান্নবদু থোঙনাওদা যেংলগা নোংমনা পেঞ্জদনা মপি শীন্থনা কপ্পা, নোংমনা থেমফম খঙদনা নিংঙাই তৌবা, হৌজিক মদু পূম্নমক বল্লুনা কাউখ্রে। ঐগী থম্মোয পোত্থাজখি, ইচাগী অহোংবা উবগা।

"মম্মা, ঐ লাইবিক যাম হৈবেকো?"

"উম, ইচা যাম হৈবে।"

"অদু ওইববদি ঐ স্কুল চৎলগে।"

ঙাইহাক কবি খুমসিগে খঞ্জানবিঙৈ, ফূক হৌগত্তুনা টেলিফোন পাযখৎখি, "মামো ঐনে, ঐ লাইবিক যাম হৈবে, স্কুলদা মিং চনবিবো... উম' থম্মগে।"

হরাওনা চেনশিল্লক্তুনা ঐগী ঙক্তা কোল্লখি।

"করি হায়রকএ মামোনা?"

"ঐ মিং চনবীরনি হায়। হযেং মামো লাক্কনি।"

নোংঙানগদবা ফনা য়াম্না ৱাৎলিঙৈদগী ফমুংদগী বল্লুদু কেবলদা তোয়না থারকপা ফিল্মগী ঈশৈ মতেক-মতেক শকপা হৌরকখি। ঙন্তানা মচীন ময়া শেংদোক্তুনা মায়থোঙ মকা-লাম্না কম্প্যুটর মনাক্তা ফমখ্রে।

অয়ূক্কী পূং তরামাথোই তারমদাইদা প্রদিপ থুংলৈ।

"ইচে, অঙাংগী মমিংদু চনশিনবীবল্লে।"

অনৌবা চৈনা অমা ফংলবগুম ঐ নুংবঙনখি। প্রদিপ্না মখা তারকই, "অঙাং অমগী মনীং তম্না শান্নজবগী হক, লাইরিক-লাইশু তমজনবগী হক, মদু পূম্নমক মাঙহনবদি চুমদে।"

"ঐ লোইনা খঙই প্রদিপ। ইচাসিদা মীয়াম্না য়েংলিবা অখূবা মীৎয়েং, হৌজিক্তি মহাক করিসু খঙজদ্রি। অদুবু নোংমা মমান্নবা মীবক তিল্লবা মতমদা মদুগী অর্থ খঙলক্কনি; মতমদুদা মহাক্না ফংগদবা চৈনাশিং, মদু খল্লগনি ঐনা ইচাবু কা মনূংসিদগী হেন্দোকহন্দ্রিবা।"

"ইচে, মদু পূম্নমক ঐনা থেংনগনি।"

বল্লুগী মনাক্তা চঙখি।

"সে, সিনা নঙগী য়ুনিফোর্ম, সিনা লাইবিক।"

বল্লুগী অনৌবা পুন্সি অমা লাক্লে। স্কুল চৎপা, হোম ৱার্ক ইবা, লাইবিক পাবা অসি নত্তবা অতোপ্পা অমত্তগী ৱাখল ফাওখিদ্রে। করিগুম্বদা ওঝানা মাগী হোম ৱার্ককী খাতাদা অঙাঙবা মূক্না 'গুড' হায়নগা থাবিরক্লবদি হরাওজখিবনা ঐঙোন্দা হঞ্জিন-হঞ্জিন উৎকনি। অদুবু ইচানা মমান্নবা মীবক তিনবগী হরাও-নুংঙাইবদু কুইখিদে। নুমিত্তু নোংমাইজিংনি। অয়ূক্তা ঐ বল্লুবু লাইরিক তাকপিরি। থাজদনা প্রদিপ থুংলৈ, মায়থোঙদু কাহৎনা মকশিল্লি।

"মামো, ঐ লাইরিক য়াম হৈবে। মিসনা ঐগী খাতাদা 'গুড' থারকই।"

"উম, য়াম নুংঙাইরে।"

পাউখুমদু কয়া হৈনিং-হরাওখিদে। ঐ চিংনখি।

"বল্লু, ব্রেক-ফাষ্ট চাথোক্লুরো।"

চাকশঙদা বল্লুবু থাজিনখি।

"করি পাউ লৈরে?"

"বল্লুগী স্কুলসি অতোপ্পা অমদা হোংলসিরা?"

"কৈদৌরে?"

ৱাহংদুগী পাউখুম খূদক্তা পীরকখিদে। ঐনা অমুক মখা তাখি, "স্কুলদুবু য়াম্না ফত্তরনে?"

"প্রিন্সিপালদু য়াম্না পূকচেল পীক্লল্লে। মানা হায়ববু বল্লুগী মেডিকেল ফিটনেস সার্টিফিকেট পীরকউ নৎত্রবদি এডমিসন কেন্সেল তৌগনি সিনি।"

ঐ চমম্নখি। হৌজিক্তা মথ্বায় লূপ্না পাজরম্বা খুমজিল্লমদ্রিবা লাইরিক্তু য়েংলুই। থম্মোয় পীক্লরোই খন্না কয়ারক খামজিনখ্রবা মীৎকী পি শীন্থরক্কনু য়াখিদে।

"ইচে, মদুগীদমক করিমত্তা খল্লুরনু। হয়েংমক ঐনা বল্লুবু অতোপ্পা স্কুল অমদা মিং চনবীগনি।"

"প্রদিপ, হঞ্জিন-হঞ্জিন চৈথেং ফংবদো ঐ পামদ্রে।"

ইমা ইচাগী থীখ্রবা লাইবক অসিগী পোৎলূম মাসু পুরিমাল্লে, মখূৎনা চূবা মেত্তুনা ফনা কুইনা ফন্নম্মী।

"চৎলো, হয়েং লাকউ; বল্লুবু কদায়দনো খরা পুথোকখো।"

নুমিদাংদু ঐ বল্লুবু লাইরিক তাকখিদ্রে। চাক পীজথোক্লগা ফমুংদা পুশিল্লি; ইথাদা চেৎনা কোন্দুনা তূম্নবা থেম্মী, "সে! তূম্মো, হয়েংদি মামোগা সিনেমা য়েংলুচো।"

"স্কুলদি?"

"নোয়গী প্রিন্সিপালনা হয়েং ছুটি থারে হায়না ঙসাই টেলিফোন তৌরকই।"

মীনম্বা অদুগী নুংঙাইরবা আশাদা পীক্লবা মীতু উইথখি। নুংশিরবা ইচাগী মায়থোঙদু চীংনা য়েংলুই। তৈথোকপীনবা লৈত্রবা মীৎকী পিদা ঐগী থম্মোয়গী ৱাকৎসু ঈরোয়নরকখি। তামো, অসুম্না অহীং খূদিং ইচাগী মায়থোঙ য়েংলগা নঙগী মৈচাক খাঙজরি। মহাক্কী তমথীখ্রবা মপোক অসিগীদমক নঙদি নোংমতা কপখিদবরা? হামচৎনরবা ঐনা লৈকংলাসিদনি হিংলিবা; মদুসু হামচৎনরবা নঙগী বল্লুগীদমক। নীংশিংদ্রবরা? নচাবু পম্নগা কয়ারক হন্না হায়খিবদো, 'সোনি, বল্লুসে সংসারগী নুংশিবা পূম্নমক্তা পূনশিল্লগা পোক্লকমাল্লে, ঐ পূমঙাও ঙাওরে, ওফিসকা চৎনিংদ্রে। অদুগনে সোনি, ঐ অতোপ্পা ইচা অমগা পামদ্রেকো, বল্লুগী নুংশিবসি ময়েং তাখিনি

পাম্মুই।' পূং মরি মঙাদং নচাসি উদবদা খাওঙমদবা নহাক্না নতম্বাক্তগী নচা বল্লবু কবিগী পুঙ্গিগী ওইনা থাদোকপীবিবনো?

নোংঙানবগা প্রদিপ লাক্তুনা বল্লবু পুথোকহনখ্রে। খল্লকই— মীনম্বা অমনা ঙসিগী নুমিৎসি হৌখ্রনি। লাক্কদৌরিবা নুমিৎশিংদা ঐগী কবম্বা মীনম্বনা মাবু স্কুলগী ৱাখলদগী নাথৈহনগনি?

নুংথিলগী পূং অহুম অদুৱাইদা বল্লবু থিল্লম্লগা প্রদিপ হনখ্রে। নুমিৎতুগী নুমিদাং তূল্লমদাই ইচাগী মায়থোঙবু নুংশিনা নাল্লদুনা হায়কই, "বল্লু, নঙ স্কুল চৎপা তোক্লোনা।"

"এ কবিগী...?"

মমীত্তু লংথোবকখি।

"নঙ স্কুল চৎখ্রগা ইথন্তা লৈবদো নুংঙাইতবা।"

"বোবোক্কা লৈমিন্নৌ।"

মমাযদু ওম্থোকখি।

"সে! সোম' ওনশিল্লকউ; ঐ ৱা হায়গে। চাওখৎপা লৈবাক্তদিনে অঙাং অমত্তা স্কুল চৎনদে। ময়ূম-ময়ূমদা কম্প্যুটবদা অদুম লাইবিক তম্মী। মখোযগী অঙাংশিংদি খূৎহৈ অমনি। নঙসু মখোযদৌনা হৈনবা যূমদা নুংঙাইনা কম্প্যুটরদা ওইনা তম্লসি, খঙদবদু মামোনা মরাইনা তাকচনি।"

"তল্লি, ঐদি স্কুলদা ওইনা তম্লি।"

মথঙগী অয়ূক্তা বল্লুনা স্কুল চৎনবগী শেম-শারকপদা, থংনবা মীকূপ্তা থোক্লগদবা লানফম অমগীদমক ইথন্তা মিপাইজবকই।

"মম্মা, ঐগী টিফিনদি?"

ঐ খুমদে। বুদ্ধি ফকচিন্না ফম্লদুনা মাগী মতৌ য়েংলি। উপুদা য়ান্দুনা থল্লিবা মফি-মরোলদু লৌথোক্তুনা হৈবোই-হৈতবোই শেৎচিনখ্রে।

"বল্লু, নঙ স্কুল চৎলুরনু।"

"স্কুল কাদবা মিসনা শাউই, ঐ চৎকনি।"

"ঐনা চৎলুরনু হায়রদি চৎলুরনু।"

অকোনবগী ৱাহৈদু খিত্তং কনখ্রমাল্লে, শেৎচিল্লুরবা মফি-মবোলদু শৎ লৌথোক্তুনা কাঙ্খদা লাক্তুনা লংশিনখি। স্কুল ব্যোগতু তাপ পায়খত্তুনা য়াওরম্বা লাইরিকশিংদু হৈদোকই; শ্রু-শ্রু নৈশিন্দুনা শেগায়খ্রে। ঙাইহাক্তং চপ যুংনা লেপ্লম্মী, মতুংদা কম্প্যুটর

থল্লিবা কাদা হোৎচিনখি। হৈনীংদনা হৌগৎলি ঐ। কম্প্যুটর থল্লিবা কাদুদা খোঙ হেক থাংজিনবমক্তদা অহৌবা মখোল অমা তারকই। ওহ্! মোনিটরগী স্ক্রীনদু মচেৎ কয়া থোক্লা থুগাইরম্লে।

"বল্লু! করিনো নঙ' তৌরিব'দো?"

চঙশিল্লগা খাম্লুই। পীকখ্রবা মমীৎ অনীদু মৈরীক থোক্লা খানা য়েংলম্লগা তৃম্ফম কাদা চেনশিনখ্রে। মথঙ তারকপদি নৌরবা মাগী থম্মোয় কায়রবা মীকপখোলনা মখা শমথখি।

চাক চানবা হৌদোক্লুই। থেম্বা য়াবা থেমদুনা য়েংলুই; করিমত্তা উপায় লৈখিদে। তৌফম খঙলক্ত্রদুনা মনাক্তা চঙশিল্লগা হীপথরুই। হিংলিবা কনাগী পুম্সিনা খাঙঙল্লবোইদবা মীনোক মৈশাগী পোৎলূম্না অহীং কয়া পোথাখিদ্রবা ঐগী কোক ৱারক্লমাল্লে তৃমথখিবা খঙহৌদ্রে।

নোংমা ওফিস কূল্লকপগা তুংলোমদগী মখূৎ অনীনা কোল্লকখি।

"তৌরক্কনুসে হৈনদে।"

মখূৎ অনীদু কনথোকখি, শাউবংননা।

"শাউবু শাউরিব্রা কৈনো?"

"ওফিস চৎলমদাইদা করি হায়বম্মী? ঙসাইদগী নচা ইবুংঙোসিগী নিংঙাইদা ইশাসি ফদি শারবনি।"

"ওহ্! ঐদি কাউথোক্লুইদনা। য়াম ঙল্লি, পূং তরেত্তা মেলা লোইগদবনি। চৎসি লোইশিল্লো।"

"ঐ চৎলোই। বল্লু নোয়নীদং চৎচখো।"

"অদুদি ঐ ইচা পুরগা চৎলগে, নঙ লৈহৌরোকো।"

মীকপ খংথোক থোরকখি। পাখৎনা বল্লুবু য়েংলুই। মাগী তৃম্ফম হাঙলম্লে। খঙহৌদনা হৌরবা বল্লুগী মীকপখোলগা লোয়ননা ঐবু কৌরকখি। মিপাইনা চেম্থোক্লুই। অঙাং ময়াম ওমশিন্দুনা বল্লুবু ফূরম্মী। চঙশিন্দুনা খামদোক্লগা ইচাবু পল্লগা ইমুংদা পুশিনবতা মঙায়রি, বোবী' মপানা শুমাঙদগী অকিবা ফংলবা খোম্থোক্তা লাউরকই, "হৈ! সোনিয়া, নচাদু পুথোরকউ। হিংবগী কান্নবরোইদবা নচা সনাদু হাত্তোক্কে। ইচাসিদা নখোয়গী লায়নাদুগা নারক্লবা, নমা-নচাদি থম্মু থমখো, শাগৈ ফাওবা উৎ ওনগনি খঙউ।"

অশাবা মূর্ত্তিগুম চপ লেপ্পুনা বোবী মপাগী মীচৈ খাঙলিঙৈ ইনেমগী হূ থাংলবা ৱাহৈনা মখা শমথবকখি, "ঐদা শিজনীংলেদকো! নমা-নচাগী হাক্তক্তা মায়সি থাঙ্গত্তুনা মপান থোকপা ঙমদ্রে। মীমান্নদ্রে খঙলবদি খবসু মচেকশিল্লু।"

খাঙবা ঙম্বগী পনখৈদু যৌনা ঐ খাঙলম্মী। ইনাক্তা অকিবা পৃম্বনা লাঙ্গোই চল্লবা শকফমদা, তুফক-তুফাই চন্না বল্লু লেপ্লি। ওহ! ঐগী ইচানা অসুক তোন্না হিংলবকো? নুংশিনা মাবু পমখৎলি। মীয়াম্না উবতদা হঙ্গোই-তৃক্কৎচনরবা ঐগী পাম্মুজখ্রবা ইরল অদুবু মাঙখ্রনি মতাগুম চেৎনা কোনশিল্লি।

"ইচা করিসু তৌবোইয়ে, মম্মা লৈবি'সিদি।"

ইশাগী নীংঙমদবা, পেন্দবা, ঈকাযবা কযাবু তৃমিন্না নাথৈদুনা থল্লগা ফনা কুইনা বল্লুগী পূক্লিং ফাথবীখি। ঙসাইমখৈ দন্দী কয়া ফংলগনি খন্না মিপাইজরম্বা পূক্লিং মচাদু মমাগী মিনুংশি ওইনা ফংলবদা বল্লুগী চীনবান লেঙলকই, "মোয়না ঐবু শান্নবা যাওহন্দে। মহীক পকই, শিরদৌনি হায় মম্মাসু ঐসু। ঐনা বোবীদু য়ানা চীকথৎপনে। অদুগী মোযনা ঐঙোন্দা ফূবিবা।"

বল্লুগী নাকোং য়ৌহন্নিংদবা ৱাফম খবা ঙসি মশামক্কী নাকোং যৌগ্রে। ঐগী ৱাখলগী নোংলৈ লাকখি। হৌজিক ঐ করম্বা ফিবেপ লৌগনি?

"নঙবু নমান্নবশিংগা শান্ননিংব্রনে হা?"

"উম, শান্ননিংই; স্কুলসু চৎনিংই।"

পীক্লবা মঙাল অমা থম্মোয়গী অমম্বা মরক ফাওনা উরকই।

"ইচাবু শান্নসু শান্নহন্নি, স্কুলসু কাহনগনি। মফমদুদা নমান্নবনা শান্নমীন্নবা পামদবা নঙগুম্বা কয়া লৈ।"

"কদায়দনো মম্মা?"

"আ... দিল্লীদা।"

হরাওনা মোমোন-নোক্লদুনা ঐগী খজাইদা মচীনবান মচাদুনা মশীং খঙদনা চূপ্লকই।

"আই লভ য়ু মম্মা।"

ইচাগী হরাও-মোমোন মিনোক্তা থম্মোয়সি মীকৃপমুক্তি মৈশা ফাওখিদ্রে, ঈংথগ্রে।

"চাক চাথোক্লরো অদুগা নঙগী শান্নপোৎশিংদু ব্রীফ-কেসতা হাপচিল্লু। হয়েং আদা নমান্নবশিংগা শান্ননবা।"

মতম কুইনা থম্মোয় কনবী শাদুনা ইচাগী মমাঙদা সমাজগী মীয়ামদা ঐগী অশোনবা মীৎকী পি উৎখিদ্রি। অদুবু, নুমিৎ অদুদি, যূম অদুদগী ঐগী অরোয়বা নুমিৎকী অহীংদুমদি মতম কুইনা থম্মোয়দা তূংশিন্দুনা থল্লুরবা মীৎকী পিদু অমুক খামগে খল্লুদ্রে; মনীং তম্না শীন্থহল্লে। নীংশিংলুই, মা-ঐগী হৌখ্রবা নুংশি ৱারী কয়া লিশাং-শীৎনা।

তামো, যূম অসিদা ঐখোয় অনীনা আশা কয়া শাগৎখি, আশা কয়াসু কায়খি। যূম অসিগী কা খূদিং, মফম খূদিং, নঙ-ঐগী লোইনাইদ্রবা ৱারী কয়া লোত্তুনা লৈরি। অদুবু, নঙনা থম্বীরম্বা ঐগী চঙজফম ওইরিবা স্বর্গ অসি পূক্লিংদা থাদোক্লগে হায়না লেপ্লে। ইবানীগী আশা কয়ানা য়োমশিন্দুনা তাইবংদা খোঙদারকখিবা নুংশিবগী খূদোল অসিনা মীকূপ খবদং হিংলিঙেসিদা মোমোন-মিনোক খরদং ফংজনবগীদমক। মফম অদুদা, ঐখোয়বু মীমান্নদবা ওইহল্লিবা লায়না অসিবু মায়থীবা পীনবা অহীং-নুংথিল নাইদনা চাংয়েং কযা তৌবিবা মখোয়না মায় পাকপা নুমিত্তু ঙাইরুরগে। ঐ খঙই তামো, সংসারগী খ্বাইদগী ৱাত্ত-পাদবা মফম অমদা লৈদুনসু ঐগী থম্মোয়গী চৈনাদি কোক্লরোই। মসি নঙবু নুংশিরুবগী কোক্লরোইদবা চৈনানি।

"বল্লু, গাডি মখোলসি মামোগীনি। থোক্লসি লাকও।"

কাগী থোঙ হাংদোকখিবদা ইনেম ইবেম্মা লেপ্লম্মী।

"কদায়দা চৎলুগে হায়বিবনো?"

"ইমা, মফমসিদা ঐখোযগী লৈফম লৈতে। ঐখোয়গীতা ওইবা সংসার অমদা তিল্লুরগে।"

মখা তাবা ৱাহৈ তারুদ্রে; গাডি দা কাখৎলে। গাডি মনুংদা ঙবাং ইখিবা উইলদু প্রদিপ্তা শিন্নে।

"সে প্রদিপ, ষ্টেট বেঙ্কতা ঐগী লুপা লাক্ষ য়াঙ্খেগী একাওন্ট লৈবনি। মদুনা নবাইগী মিংদা ঐচ আই ভি পোজিটিভ ওইববা অঙাংশিংগী বিহেবিলিটেসন সেন্টব অমা শাবীয়ু। অদুগা ঐগী ফার্ম অনীদুদগী কাবকপা ইনকম্না সেন্টব অদু চলাইয়ু। অকূপ্পা ৱারোল পূম্নমক উইল অসিদা য়াওরবনি। নঙনা উকিল অমগা তান্নরগা ঐগী অনীংবসি থুংহল্লু।"

প্রদিপ কপ্লিমাল্লে, পাউখুম অমত্তা ফংদে। মমীত্তগী আনোক্তু লৌথোক্লগা রুমালনা হাইফেৎ তৈথোকখিবদু হুমাং নত্তে, মপীনি।

"ইচে, কবম্বা মতমদা অমুক উনগনি?"

"নঙগী বিহেবিলিটেসন সেন্টরদু শঙ্গাবা নুমিত্তা।"

ঙবাং অহীং পোত্থাবা ফংখিদ্রবা মীৎ অনীদু উইথবকপদা উবকই– মতম অমগী ঐগী স্বৰ্গ, হৌজিক্লা চৈনা কযা তূংশিন্দুনা লৈহৌববা যূম অদুগী কা খূদিং। ইহে' বল্পুনা কাঙ্খদা লংশিনখিবা স্কুলগী যুনিফোর্মদু লৌথোকপিবমদ্রে; থুগাইখ্রবা মোনিটবগী স্ক্রীন মচেৎশিংদুসু খুনগৎপিবমদ্রে। ❑

# গোল্ড-মেডল

হোকরগী খৃত্তগী খবর হেক লৌবগা অতেনবা পাউগী কলমদা ইহান-হান্না যাওরিবদু উরুই, 'রতনদা গোল্ড মেডল'। মখা তানা পাথরুই, "অহানবা ওইনা চহী অসিগী পীগদবা মাঙ্গোলঙানবী দেবী নীংশিং সনাগী মেডল শ্রীরতন লৈশাংথেমদা পীখ্রে। শ্রীরতনগী মশানা ইজবা 'ঈশ্বরদা' হায়বা শৈরেংগী লাইরিক অদুদা অখন্নবা মনা অসি পীখিবনি।"

ঐগী থায়নগী মরূপ রতনদুরনে? অদুবু করম্না ওইথোকপা য়াবগে? পাখঙ ওইরিঙৈদা লৈশাবীদা পীনবা চিঠি ফাওবা অমুক্তা মশানা ইজখিদে। নোংমা হোষ্টেলগী ইমান্নবা ময়াম্না নমদুনা তিলোতমাদা পীনবা চিঠি ইহন্নবা হোৎনৈ। নুমিৎ চূপ্পদুমা পূং কয়া চূপ্পা থোঙ লোনশিন্দুনা ধ্যান তৌখি। মরূপশিংনা থোঙজিল মপান্দা লেপ্লগা লাউশিল্লি, "নঙগী চিঠিদুবু রামায়ণমুক শাংলব্রা?" অমনা অমুক নোৎশিল্লকই, "অমসুং'নগা হৌবজাৎলা নঙ'দুবো?" অদুবু কনানা খঙনো, কবিগা হায়বসি করিগুম্বা শুমহৎপা চীং, পাৎ, তুরেল খরা উরুরগা মথম্মোয় পেত্থখিদুনা নোংমদা হেক্তা ওইখিবসু। ঐনা ঐখোয় থোইবী'মাগী হাক্তক্তা ইখিবা চিঠিশিংদু পুরা অয়ৌবী সাহিত্যনি।

চৎলগা হংলুগে খল্লে, চিংনবসি কোক্লবা। থোইবী'মা লৈত্রিঙৈসিদা থোকহৌরগে। ফি তনশেৎ শেৎলি। মখোল মব্রা তাহৌদে, খোমকল্লাই চুবা অঙাং অতোম্বদু মনমদা থরাক-থরাক য়াল্লদুনা ফূৎ ফাওজিল্লক্তুনা লব্রায় লুতোন্দগী হেক্তা লাক্লে, "শূনিংদবাও! ঙস্তানা ফম্লুদৌ ওইরিনি?"

অমুক্তং মফম'মা খঙনা থীৎকে খল্লকপসি কুইরবনি অদুবু হায়বদবুদি ফজদ্রবা, নুপা অতনবা শেনসু থোক্তবা ঐখোয়সিদি য়ূমগী নুপী অঙাংনা চীন্দা খরা ঙল্লপ চৎহনবসিনদি ফৈ। নৎত্রবদি করিগুম্বা অকন-অরীং শীংনদুনা খৎন-চৈনা, ৱাথোক-লাম্থোক থোরকপদা শূনিংদবা হায়বা বদনামদুমা হেক্তমক শোয়দ্রবনি। মসি খল্লগা অসুক কুইবসি মাগী অখাক-অরাওগা মান্নবা ইশৌ ময়ামদু তাদুনা লাকপনি। নুমিত্তুসু ঐদি য়াম্না ঈংথনা খুমখিবনি, "চত্তবা য়াদবা থবক অমগীনি, কুইরক্লোই।"

মদুদা মাগী থৱায়-লাকপী খোনফমদু হৌরকপনি, "চৎতবা য়াদবা ঙাক্তনি। নোংঙানবগা চৎফমতা থিববনিনা। তল্লবদি চাবসু তনবা তম্মু। ঙমজদ্রে ষণ জরশী লাবা থাকপা।"

অকোনবগী ৱাহৈদু কোক্তা বঙ লাউনা পানখি। খম্থবগা নংহৌ-লাকহৌদে, তুমথোক্নুনা ঙাওলিবা মচীন্দুদা নোৎ-নোত্নুনা থাজিনখি। মনমদগী অঙাংদু থকৎখ্রমাল্লে খোনগাইদা কপখৎলকখি। কবি কবিনো মচু হাপ-হাপ্নুনা ৱাবৌনা কপ্লী-কপ্লী ঙাওহৌই। ঐ থোইদোক্লা তাশিল্লুদ্রে, অদুম থোবক্লে।

চরূনা মথক কূপ্লা, ফক্লাং ৱাই নীংথিজনা তৈশিন্দবা, অপীকপা শঙতপ অমদনি মরূপুনা লৈরম্বদু। ঐ চঙখিবদা হবাওনা নোক্নুনা হায়রকই, "ঐগী নুংঙাইবা পাউ তাববিনিনে?"

"হোয় তাজরে। নুংঙাইমনখ্রদুনা চেঞ্জবক্লবনি।"

"ফম্মু।"

ফম্মুদি হায়রি অদুবু কা অদুদা য়েংখিবদা ফম্বা য়াবা পোৎ অমত্তসু উদে। মোৎপনা মচু ওল্লবা ফমুং মচীদুদা হৈনিংদনা ফমথে। শেৎলিবা ফি-রোলদু উবদা ওম্থোক্লা হঙ্গোইবা ফাওই। লীৎলিবা মোজাফ্রিত্তু অঙৌবনি হায়বদি খঙই, অদুবু লৈবাক মচু ওল্লে। শেৎলিবা খূদৈদুদগী ওইরমগদ্রা খল্লি, নমথীখ্রবা মনমদু।

"করি চানি, চা থকসিরা, ক্বা চাসিরা নৎত্রগা পেক মচা'মত্তং? অদুগা চাক চাসিদি হায়বক্কনু, ঐ থোংবা তল্লি।"

ইস! মনমসিগা, চাবা থকপগী ৱারীসিগা? ঐ তশেঙনা ফম্বা ঙল্লক্লে। শ্বর হাইফেৎ থিংলগা ঐনা, "লোইনা য়াজরে। ঐ চুম্নদংগী মরূপকী নুংঙাইবা পাউদুতং খঙজনিংদুনা লাকপনি। মপান্দা নুংশা য়াইরুসি ঐ থোক্লম্লগে।"

ঐনা হৌগৎলি। মানা খাম্মী।

"কৈনো'মত্তদি চাখিসি অদুগা ঐ পূন্নমক মচা খায়না তমগে।"

নমথীমনখ্রদুনা মানা হায়বদু তাশিন্নদনা মপান্দা চেম্থোরকই। চৎলগে তাক্লমদ্রবদি ফজররোই খন্দুনা মপান্দা লেপ্তুনা মহাক থোরকপা ঙাইখি। ঙাইহাক লৈরগা মকোক্তা লূমখ্রবা য়োৎকী উপু অমা থোঙ্গত্তুনা ইনাক তম্না লাকই। ঐগী হৈনদবদু অকিবদা ওম্থোরকখি।

"মরূপ 'সি অমুক্তা থাবিয়ু।"

মনাক নক্লুগদবা হঙ্গোইখি অদুবু উপায় লৈতে; মাগী পোত্তু থাবিরে। করিমত্তা হায়রমদনা কা মনুংদুদা অমুক চঙখ্রে। শেগায়খ্রবা কৌনাগী ফক অমা পুথোরক্তুনা থারে। ঐঙোন্দা ফম্নবা ইঙ্গিৎ তৌবকই। ওম্থোক্লা হৈনদনা ফমথরগা ঐনা ৱারী হৌরুই, "অসুক লূম্বা উপুসিদা কবি য়াওরি'নো?"

"ঐগী পুন্সিগী হিসাব ময়ামনি।"

উপুগী ৱাফমসিদা শাংথরুরবদি ঙসিগী হৌগৎপা য়ারোই খন্দুনা ৱাদু থূপচিনখিনবা ঐনা হৌদোক্লুই, "মরুপ নোয় তিলোতমাদি?"

"কায়নখ্রে।"

"কয়াম কুইরবা? তাদেনা।"

ঐগী ৱাহে খরদুদগী মহাক য়োৎকী উপুদুদা নোম্থরগা মমায়দু উপশিনখি। য়াম্না থাজদনা পীক্ত-পীক্লিবা অঙাংগুম হীক-হীক কপথোরকই। ঐনা থেম্মী, "নুপীগীদমকপু কপ্পা? তোকওসে।"

ফনা কুইনা তূমিন্না লৈরুরবা তুংদা, উপুদা ঊপশিল্লম্বা পিরাংনা চামথোক্লবা মায়থোঙদু নোনখত্তুনা হায়রকই, "নুপীগীদমক কপ্পা হায়গনু মরূপ। নুংশিবগীদমক কপ্পা হায়য়ু। ঐ নুংশিবগীদমক কপখি, কপ্লি, কপখিনি। মরূপ, লায়রবগী মৈখূদা থুংনবগী কুন্দো পরেংনা কয়াম কুইনা তত্তনা লৈগনি? ঐগী ইফমদা মহাক্লা অধিকার তাল্লি। ঐনসু পীগে খনখি অদুবু ঐনা মদু পীবদা করিনো'মা চঙই। মদু ঐগী লৈতে।"

"কৌশিন্দুনা য়েংলুদ্রো?"

হন্দকমুক্তি মহাক খুল্লক্রে। পিরাংনা চোল্লবা মমীৎ অনীদু ঐঙোন্দা চাগদবগুম য়েংলকই। অকিবা ফাওরক্তুনা ঐনা ৱারীদু ওম্থোকই, "হন্দক মরূপ্না ফংবীরিবা গোল্ড মেডলদুবু সরকারনা মশক খঙলবা করম্বা সাহিত্যগী সংস্থান্না পীবিবনো?

মরূপ্তু নোকমি নোকমি খুল্লকই, "হো! অদুম্না হংঙুদনা। করিগী নঙনা ৱাথী-

ৱারেম শূদুনা লৈরি? সাহিত্য য়োকখৎ-লূপ কৌবা লূপ অমনা পীবনি। সরকারনবু সাহিত্য মশক খঙব্রো, ঙাওরব্রা নঙবো? সরকার হায়বা ৱাহৈ'সি নচীন্দা অমদি নথম্মোয়দা কাউথোকপা তম্মু নৎত্রবদি নপুঙ্গি অদু ৱানা হিংগনি।"

"লূপ অদুগী সেলেক্সন কমিটিগা লৈবীব্রা?"

"সেলেক্সন কমিটিসু ঐনি, ফাওগুর মেম্বরসু ঐনি।"

ওন্থোকপা কোক বেরাগী পাউখুম্নি।

"কনানা কমদৌনা কৎলকপা মেডলনো মরূপ?"

য়াম্না থৌনা ফনা, ইচঙ থৌনা মরূপপ্না খুম্নকই, "ঐনা কৎপনি; ঐগী ইমাগী মিংদা।"

"অদুবু মরূপ, ইমাগী মিংদা কৎলগা মরূপপ্না...?"

"ইশানা ইশাবু ঈকায় খুম্নজবদা কনাননো অথীংবা পীরদৌবা?"

"ওন্থোক্লা নুংঙাইখ্রবা পাউনি। মরূপকী গোল্ড মেডল ফংলবা লাইবিক্ত্ অমুক্তং য়েংজগে।"

কোহ্লিং কারবা য়োৎকী উপু অদুদগী গোল্ড মেডলদুগা চেজেৎ অমখক্কা পুথোরকই। গোল্ড মেডলদু মঙক্তা শিজিল্লি। মায়থোঙদু অঙাওবদা অঙাওবা মান্না মোমোন্নৈ।

ঐনা হংই, "কৈনো মরূপ চেজেত্তুনা?"

"লাইরিক্লি। ইখূৎনা ইজবা, ঐগী শৈরেংগী লাইরিক। পানিংলিনিনে? পাউসে! ওন্থোক্লা ফজখ্রবনি। নঙনা শোয়দনা খনগনি, তোপ-তোপ্পা মহাও অমনি। মদুদনি ঐনা খাঙবা ঙমদ্রদুনা ঐগী লৈজবা পূম্বা য়োন্থোক্লগা গোল্ড মেডল পীথোক্লিবা।"

ঐনা লাইরিক্তু লৌরগা য়েংই।

"সিদি চেনা অনীখক্তনিনে।"

"শৈরেং নাতৈ চাদবা ময়াম হাপচিন্দুনা মীবু মতম মাঙহনবা ঐ পামদে।"

"কোপী কয়া ফোঙলি'নো? 'সিদি ছাপাসু তৌদেনে।"

"কনানা ছাপা তৌদে হায়রিবনো? মদু ঐগী খূৎকী শেংলবা ছাপানি। কোপী অমখক্তং ফোঙবনি। লমদমসিদা লাইরিক পানবা মী তাঙই।"

"কনানা য়েক্লি'নো মখুমসিনা? করিনো মীরা শারা মমৈ পানবা ময়ামসিবো?"

"ঐনা য়েকপনি। মী-মরক শা-মরক হায়'দুনি। মওং তাদ্রা?"

ঐনা মাগী শৈরেং অমখক্কী লাইরিক্তু পারুই,

**"ঈশ্বরদা"**
হে' ঈশ্বব,
মীনা মীবু হাৎপা,
সতি কযাগী ইজ্জৎ খোঙ্গোযনবীবা,
প্রজাগী মবল হূবানবা,
মচীঞ্জাক ব্রাবকচবা ঙমদ্রবা,
নহাক লৈবিসু কাউববা,
মখোযশিং অদুদা পীনবীযু
ব্রাযেল চৈবাক'মত্তং
মমৈ অমমমতং পানশিনবীদুনা।

শৈবেং অসি পাবগদি মহাকপু কমদৌনা ঙাওই হাযগদৌবিবনো? অদুবু কবিনো মানা তৌবল্লিবা মওঙসিনা? মমাগী মিংদা কৎপা গোল্ড মেডল, মহাক্লা ফংবা; মশাগী লন্নাই সংস্থান, মথন্তগী সেলেক্সন কমিটি।

"কবিনো হৌগৎলি'দুবো, চৎলগেবা?"

"মব্দপকী নুংঙাইবা পাউ তাববনিনা ঐ চৎলগে।"

"ঙাইখো, ঙাইহাক্তংগা ফম্মিন্নখিসি। নঙগী অব্রা-নুংঙাইসু ঐ খঙনিংই। কমদৌবি সুমতিদি?"

"নুংঙাইবি।"

"মানদি মব্দপ্পু ঙাঙদ্রো চৈদ্রো, শূনিংদবা হাযদুনা?"

"অদুবুদি মব্দপ, শেল থোক্তবা ঐখোযগুম্বগী নুপীশিংগীদি ব্রাহৈদু চীনফানি।"

"উম' ঐগী তিলোতামাসু মদুমক্লি। নুমিৎ খূদিংগী ঐবু শূনিংদবা হাযদুনা চৈখি। কমদৌনা ঐ শূনিংদবা ওইখিবনো হাযবদুদি নঙসু খঙলিনি। ইমানা ঐবু যোত্তেক-থাঙতেক খুন্দুনা মহৈ তমহল্লকখি। মীথোই-মীহেনখি। মহৈ তম্বা লোইববা মতুংদগীদি ঐগী নীংবা কাযবগী লাযনাদু নাবা হৌবক্লে। ঐনা অহীং কযা তূমদনা হোৎনদুনা ফংলকখিবা সার্টিফিকেট, মদুনা ঐ ঈবম-নালা শেংদুনা, খোঙবাল-লুপাল তৌগে হাযনা খনখিদে। ইমাগী আশাসু মদু নত্তে। মদু পূম্নমক থমখ্রো। হিংনবগীদমক সার্টিফিকেটকা চানদবা থবকশিংদু তৌবে খল্লো, ঐবু উবদা মমা-মপাশিংনা মচাবু

চাদ থক্তনা মহৈ তমহন্নিংখিদ্রা? ঐ খঙই— তিলোতমানা ঐবু নুংশি। ঐগা লোযননা মচু থোক্লা হিংনিংই। উপায লৈবক্তবা ঐনা মাবু তাম্থোকখি, পেম্থোকপা ঙমদবীনি খল্লগা। ঐবু শূনিংদে, পাঙদে হাযনা কযাবক চৈখিবী মহাক্তু পুক্নিংগী শেংলবা মরূপ ওইবল্লে। ঐগী মীৎকী পি মহাক্তনা তৈথোকপীগনি হাযবদুদি ঐ ঙসিতা খঙলকই।

মাযথোঙদু লূকথখ্রে। মহাক কপখি, থম্মোয শোন্থনা খাঙ্ঙমদবমখৈ। ঐ মাবু থেল্লুবা ঙমদ্রে, মবমদি মদু থম্মোযগী চৈনানি, থম্মোযগা মবী লৈনবা মীশক্তনা থেমগদবা।

ঙাইহাক চীক্লুববা তুংদা পিনা লূপ্লবা কাথেক্লবা মাযথোঙদু থাঙ্গত্তুনা ঐঙোন্দা চিংনা যেংলগা হাযবকই, "নুংশিবা হাযবসি তবাই তবাইবা ওইবমদ্রে, নুংদা কিশি কিবা ওইবল্লে। সুমতিদু লুনা তৌবীযু। খৃত্তা পাযবা মণিগী মগুণদি মাঙখ্রবা মতমদুদতা খঙলকপনি।"

লোইশিনবা নাইদবা মাগী বাবীদুদা ঐগী হৈনিংবা ফাওবক্লে।

"ফবে মরূপ, থেঙলে ঐ চৎলগে।"

"ঙহাক্তংগা ঙাইখো। ঐগী অচেৎপা আশা'সিতংগা খঙখো।"

"কবি আশানো?"

"ঐনা ঐগী নুংশিবীগী মিংদা পৃথিবীসিদা মৃৎনাইদনা লৈহৌবগদবা শৈবেং অমা ইগে খল্লি। শৈবেংগী মমিং "নুংশিবা" থোনগনি। শৈবেং অদুদা ঐনা নুংশিবা হাযবা বাহৈসি মশীং থীঙমদনা ইগনি। মসিদগী হেন্না নুংশিবা, ফজবা, অথোৎপা বাহৈমত্তা লৈতে।"

"ফবে মরূপ হোৎনবীযু। ঐ চৎলগে।"

হন্দক্তি মহাক খাল্লক্লে। পুঙম থাঙ্ঙমদ্রবা মরূপ অদুগী অবাবা পোৎলূম মযামদু নীংশিং-নীংশিং হল্লকই। চৎন-চৎনা খল্লি— নুংশিবা অমগীদমক মহাক্লা ফংলিবা খাঙ্ঙমদনা ব্রাববা চৈনা মযাম। ঙাওবে হাযদুনসু মহাক্লা নুংশিববু কাউথোকপা ঙমদে। নুংশিবা কৌবা শৈবেং ইগনি, নুংশিবা হাযবা বাহৈসি মশীং খঙদা হাপকনি। মরূপ্লা মহাক্কী নুংশিববু কযাদা অব্রাংবা থাক্তা থল্লিবা।

ঐগী লন্নাই ব্রাফমদা লাকখি। সুমতিদুবু শাউবিবনিকা হাযদুনা মপামদগা চৎলম তোক্লবনি। শাউখ্রগা মদু শাথীবনিনে। ঐবু মপাল্লোমদা চঙবনা ফগদ্রা? যূমদা হান্না চঙলগা যেংলুবনা ফবনি খল্লগা অবোযবী খোঙথাংদা লাকই। লৈবক মচীনগী ঐগী

নুংতিগী ফম্ফমদু মখোঙ হাঙলি-লাক্লিব্রাগা হন্না যেংলমদ্রে।

যুম যৌবগা মমাঙথোঙদু তপ্না হাংদোক্লুনা মহাক লৈবিব্রা যেংলুই। ফমুংদা অঙাং শুল্লল্লি। ওহ! চৎতি-চৎত্রিদনা। থম্মোযসি খিত্তং ঈংখি। নহালমখৈ কযাবক হন্না মাবু মীনমখিবদো নুমিত্তুদি ঐ মীনমগে খনখিদ্রে। ফি হোংন-হোংনা অশেঙবা ব্রাফমদু হাযদোক্লুই, "ইমান্নবা অমা ঙাওবে, মদুগী চৎলুবনি।"

শাউবদো হম্মদ্রিমাল্লে, খোঞ্জেল কল্লপ হাযবকই, "হো! নঙদৌনা শূনিংদবদৈ ঙাও'বি ওইবিনি। থবক শূনিংদবসে ঙাওবনি।"

মব্দপকী ব্রাহে খবা নীংশিংলগা ঐ মহাকপু শাউকবা ঙমদ্রে। ঙসাই ঐনা চৎলমদাইদা নোৎশিনখিবগী ইথা-থাগৎনা খাল্লিবা মচীনবান্দুদা হাইফেৎ যেংলুই, ফনবু নুংশি। ঐনা ঙাঙবদা খুল্লক্লিবা মাগী অশাওবদো থেম্বা যাবা অশাওবনি খল্লগা মনাক্তা চঙশিল্লগা ঐনা নাশোন্না হাযকই, "শূনিংদবগী শূনিংবী ইবেম্মা, নঙগী শূনিংদবসে লাম্বনা শিদৌবে। চাক থাংদোক্লুবোদনা।" ❑

# বসন্তগী হৈনৌ মপাল

যাম্নুং,

ঙক্লিব্রা? ঐনি, মতম অমগী নহাক্কী সুচিত্রা। ঙসিনা নুংশিববী মোবাম্বী নহাক্কি নচা অমগী মমা ওইববী। নহাক্না অঙাং অসিগী মবীদা অমুক্কসু ঙক্লমগনি, চিংনবমগনি। চুম্মী, ঐনা ইচাগী মবমদা নঙোন্দা কবিমত্তা খঙহনবা লৈখিদে।

সমাজ খঙনা মীযাম মমাঙদা নৎত্রবসু ঐখোযনি কোর্টতা লুহোংখি হায়বদি নীংশিংবিবীদনা? মদুগী মতুং ইকুই কুইদনা নহাক্কী ছুটি লোইবদুনা কার্গিলদা চঙখ্রে। নঙগা উনদুনা তাইবং কনাগী নাকোং যৌহন্নিংদবা ইবানিতগী ওইবা ৱাফম অমা নঙোন্দা খঙহন্নবগী তাঞ্জা ফংখিদে।

নুমিৎ খুদিংগী মীৎকী পিগা লোযননা লানফমদগী নঙগী থৱাযবু থম্বীবম্মু হাযনা ঈশ্বরদা থৌনিজবিঙে নঙবু নুংশিকবগী শেংলবা খুদোল অমগী পুঙমদ্রবা পোৎলুমসু পূবকখি।

নহাক্কী শিবা চঙবগী লানফম, ঐগী ইজ্জৎকী ৱাফম, ঐ লম্মুক্লখি। মশীং খঙদনা লানফম অমসুং ইজ্জৎ অনীগী অকম-অযাঙগী মচাঙ ওন্দুনা যেংলুই। খল্লকই– খুৎতা খুৎলায পাযদুনা মীকূপ নাহুম শিংনা ইবৈবাক্কীদমক লাম্থেংনবিবা নঙনা ঐগী অৱাবদা লম্মুক্লখিদুনা লানফমদা যেক্লবনা খুদোংচাবা লৌখ্রবদি? অদু ওইববদি ঐগীদি পূম্নমক লোইবে। ঐ নঙোন্দা পাউ পীববোই হাযনা চপযুংনা পূক্লিংদা লেপখি।

ঐ লোন্না নেপালদা চেল্লকখি, কনাদসু তাক্লমদে। নীংশিংলিব্রা? ঐগী কোলেজ তল্লিঁঙৈগী মরূপ কাঞ্চল। মাগী যূমগী ভাবাদা শৈদাংখি। মঙোন্দা ঐ মীনমখিদে; থম্মোযগী শেংলবা ৱাফম পুম্নমক তমথোকখি। মফমদুগী মীযামদা মীনম্বা তঙ্খাই অচুম্বা তঙ্খাই শীজিন্নদুনা ঙসি ফাওবা কাঞ্চলনা ঐগী ইজ্জৎপু কন্দুনা থম্লি; মদুদি মহাক লুহোংলবী শাগে অমগী মৌনি। মপূবোইবা লানফমদা লৈখি। হন্তবা জাৎকী নিঙোলনি হাযবগীদমক ইমুং-মনুংগী ওৎ নৈবা খাঙবা ঙমদবদগী লোন্না চেল্লকপনি। নোংমদি মপূবোইবনা মহাক্কী খোঙ্গুল লৌবক্কনি।

ঐনা পিবাং পিফম্নমনা, পেন্দবা কযাগা লোযননা নাউপুখিবা, নঙগী নুংশি খূদোলদু মফমসিদা তাইবং খোঙদাবকখি। কনানসু ঐগী পাপনা যোল্লবা ইকোকসিদা "অবাবা কোকচবো" হাযনা থম্মোয শেংনা নান্থবীখিদে। নৌনা তাইবংদা ফোঙজবকপা ইচাগী মাযথোঙবু কনানসু যেংনীংনা লাঙতক্লনা ঙাইখিদে।

ইকুই-কুইদনা নহাক লানফমদগী লানঙম ফীবাল থেক্তুনা হল্লকপগী পাউ ফংখি। ঐবু থিখি, লমদমদুগী কাচিন কোযা শীন্থুংনা। পাউজেল চেগী লামায কযাদা ঐবু হল্লক্লো কৌখি। ননাক্তা লাক্লগা মৈচাক কযাগী ৱাবীসি লীদুনা থম্মোযসি পেন্না কপথোক্লুসিবা খনখি। অদুবু ঐ পাঙ্গল থোকপা ঙমখিদে। মবমদি— ঐ লোই নিঙোলনি, অমুকসু ইচা লৈববী। নহাক্কী ইজ্জৎ অমসুং ঐগী লেমজফম কবিনো?

ইথন্তা মৈচাক কযাসি মৃৎনবা হোৎনখি, নঙ-ঐগী হৌখ্রবা মৃৎনাইদ্রবা নুংশি ৱাবী কযা নীংশিং-নীংশিং। ঙসিদি পীক্লিবী ইচাগী থম্মোযদা সংসাবগী চৎনবোল অমগী পীক্লবা মমি তাবক্লে, মপাবু হংলক্লে। ঐ ৱাশকথোকখ্রে, "নঙগী মঙাশুবা বার্থ-ডেগী খূদোল ওইনা ইচাগী পল্লা পীগনি" হাযনা।

ঐগী ৱাশক ঙাকপা অমসুং ইচাগী নীংবা থুংহনবা হাযবদুদি নহাক্কী অনীংবা, অপাম্বগী মখা পোল্লি। ঐনা ৱাশক ঙাকপা ঙমদবগী নীংঙমদবদি মশীং খঙদ্রবা চৈনাখোল মযামগী মবক্তা তূমিন্না লোৎশিনবা ঙমখিনি অদুবু ঐগী পীক্লিবী মোবান্বী অসিনদি মপূক্লিংগী নীংঙমদবদু মকা ফোংলক্কনি। মতমদুদা ঐনা কনাবু মপানি হাযবগা ইচাগী নীংবা থুংহন্দুনা ঐগী ইজ্জৎ কনগনি?

লাক্লিবা মার্চকী তাবিখ ২০, ইচাগী মঙাশুবা মপোক নুমিৎনি। ঐগী মোবান্বী অসিনা পীক্লবা খূৎশা মচাশিংদু থেক্তুনা নুমিৎ অদুগী নহাক্লা লাক্কদবা পূংফম পাবি।

ঐগী নুংশিবদি ওইজবা তান্দে। ফংদবা যাদে মতাগুম ইশাগী থম্মোযগী অপেনবা

ফংনবা নঙবু কৌবনি খনবীগনু। মফমসিগী সমাজ মীয়ামদা ইচাগী মপানি হায়বদুতং উৎপীরনবা নোংমখক্কী অতিথি ওইনা লাকপীয়ু হায়জবনি। নুমিৎতুগী তুংদা য়াম্বুংনা অপাম্বা লম্বীদা ননীং তম্না চৎখিবদা কনাগীসু অথিংবা লৈতে। ঐ খঙই– নহাক্কী ইমা-পাবুংনা মমৌ ওইবা পামদবতা নত্তনা ঐবু হঙ্গোই, তূক্কৎচৈ। য়ুম অমগী মৌনি হায়দুনা ঐবু ঈকায়-খুম্নবীরোইদবা মফমদুদা পুন্সিনি খল্লগা পেম্বোক্লা হিংবদুসু ঐদি পামদে। ঐবু চঙজফম পীবিখিবা, ঐগী নুংশিরবী নেপাল মহাকপু থাদোক্কুনা ঐ চৎলোই।

ঐনা ফংজহৌবা নহাক্কী নুংশিবগী মমল নাইদ্রবা লন অসিবু উনিংবগী ঈখৌলাংবা লৈতব্রা? করিগুম্বদা শাৎকায়রকপতা ঙায়রিবা অয়ূক্কী গুলাপ মানবী চীনবান্দুনা নঙোন্দা ঈকায়না, "পপা" হায়না কৌবদো তানিংখিদব্রা? অঙৌবা থম্বালগী লৈনাদা খোইমু অনী তোংবগুম শুমহৎপা মাগী পীক্কবা মীৎস্না অনীনা মোমোন নোকপদা খজাই নাকচী ঈহৌনা তারিবা "ডিম্পল" য়াম্বুংবু য়েংনীংদব্রা?

চিঠিসি ইনা-ইনা হৌখ্রবা ৱারী কয়া ঙসিতগী থৌদোক্কুম মীৎমাঙদা শং-শং উররি। নঙনা মীৎমাঙদা চীং-লেম্না লেপ্তুনা অনৌবা নুংশি ঈনোৎ হাপ্লবগুম ঐগী কেম্লবা থৱায় হকচাঙসি তেকখৎচরি।

য়াম্বুং, চিঠিসিনা অদুঙৈগী মিনুংশিনা য়োম্লগা নঙগী খূৎতা থুংলবা মতমদা ঐগী পেন্দবা, অৱাবা থম্মোয়গী মৈচাক পূম্বা কোকচদুনা মতম কয়া খুমজিন্দুনা থম্লকখিবা ইশাগী ইজ্জৎপু কনবা ঙমহনবীয়ুকো।

নহাক্কী,
সুচিত্রা
কাঠমান্দু, নেপাল।

থম্মোয়না খৌরাংনা ঙাইজরকপা নুমিত্তু ঙসিনি। চহী কয়া তূংশিন্দুনা লাক্কবা খাঙ্ঙমদনা ফংখিবা অৱাবা চৈনা কয়াদু অখাকপা লৈতনা মফমদা পাউদমজবা ফংলনি। ঙসিদি ঐগী মীৎকী পিগী মপূ লাক্কনি; শীঙ্থুজৌ পেন্না। মদুতদা থম্মোয়সি ঈংলগনি।

নুমিৎ তাশিল্লক্নে। হৌজিক ফাওবা পূক্লিংনা খৌরাংনা ঙাইরিবা মহাক থুংলদ্রি। থম্মোয়দা লাঙতক্কবা, অকিবা, চিংনবগী নুংশাশ্বর হোল্লকই। ঐনা রেজিষ্টর তৌরগা থাখিবা চিঠি অদু ফংলে হায়বগী মখূৎমক্লা সহি তৌরকপা চেনীং মচেৎতুসু ফংখি।

কবিগীনো লাকফম থোকপা মহাক্না লাক্লিবা? মহাক লুহোংখ্রব্রা? মদুসু থাজদে। কাঞ্চলনা কৃপ্না পাউ লৌবি। অদুদি তশেঙনা মানা ঐবু কাউথোকখিবা নৎত্রগা মীবাযবা নত্তনা কবি ওইগনি? নুংশিবা পাপ্নি। পাপ্তুগী মনাক নক্লুবগীদমক ঐবু মীবাযবীফম থোকপা মীবাযবীববসু, পীক্লিবী মপাগী মশক উজনীংনা ঙাইবিবী ঐগী নিকীবুদি মীবাযবীফম থোক্লিব্রা? কবিগুম্বা নিকীনা মাগী খুদোলপোৎ পীবো হাযবক্লবদি ঐনা কবি খুমগনি? মঙ্গলগী মশক ওইববা নুমিৎ অসিদা ইচাগী মখূৎ হাঙবা হাযবদু থোক্লগদ্রা? মদুদি ওইথোক্লোই। ঐনা নৌবিবী মাগী থম্মোযদা দাগফম থম্নিংদে। পৃক্লিংনা মাবু কৌশিঞ্জে, "নহাক লাক্লোগবা।"

থংনবা কাদা অঙাং মযাম লাঙলি। কাঞ্চলনা নিকীবু নীংথিনা ফিজেৎ লৈতেংবীখ্রে। স্বর্গদগী লাইবেম্বী মচা অমা মালেমদা কৃমথবকপোই খল্লুবে। অসুক নীংথিবা, অসুক ফজবা ইচাগী মাযথোঙসিবু যেংহন্নীংনা ঙাইবিবা মহাক্না উজবা ফংলবোইদবা?

নিকীবু অঙাংশিংগী মবক্তা থাজিনখ্রগা কাঞ্চলনা ইনাক্তা চঙলক্তুনা হাযবৈ, "নঙগী অপাম্বদো ঐ খঙই। অদুবু হৌজিক মদুগী মতম হেনখ্রে। থোবক্লো মযাম্না নঙবু ঙাইদুনা লৈবে।"

পৃক্লিং, হকচাং অনিমক ইহীক-হীকথনা হৌগৎলি। নাকলদগী শকযেং মিংশেলদুদা ঙাইহাক মীৎ কৃপ্তুনা যেংলুই। ঙাইহাক্কী মমাঙদা মহাক লাক্কনি হাযবগী আশাদা মতম চঙনা লৈতেংলুবা ইশাগী মাযথোঙবু ইথন্তা তৃক্কৎচবকখি। নিকীগী মপা লাক্কনি হাযবগী ঙাইবিবা মীযাম মমাঙসিদা কবম্না ইমায অসি উৎলুগনি?

পেন্দবা, ইকাযবা পূম্বা থম্মোযনুংদা চেৎনা ফাজিন্দুনা নিকীগী খূৎ পাযবগা কেকতু কক্লে। মচীন মচাদুনা কামথোকখিবা পীক্লবা নুংশিৎকী শাহুমদা বাঠি-ডেগী কেঙুলসু মৃৎখ্রে। মযাম্না হবাও তযাম্না খূবাক খূবদুনা ইচাগী মপোক নুমিৎকী যাইফ-পাউজেল পীবি। যাম্না হৈ-শিংনা নিকীনা ককখ্রবা কেক মচেৎ অমা লৌখৎতুনা ঐঙোন্দা ইল্লকখি। মপাগী মশক উজবা ফংদ্রবা নোংদম থীববা ইচাগী লাইবক্তা নুংশিনা চূপ্পুবা নত্তনা চীনবান থোক্লা মাগী মপোক নুমিৎকী মমাগী শেংলবা যাইফ-মঙ্গল পীকুবা ঙমখিদ্রে। থম্মোযগী ব্রাবোল পুবা মীৎকী পিনা মপাল থোবকখি। কনা খঙহল্লোই উহল্লোই যাখিদে।

চাবা থকপা পূম্নমক লোইবগা মযাম হন্নখ্রে। পূমচাই চাইবিবা থৌবম পাঙথোকফম

কাদু লোইশিন খমজিনবগী ৱাখল লৈখিদে। নিকীগী মফি-মবোল ফাওবা হোংদোকপীদনা ফমুংদা পুশিল্লি; তূম্নবা থেম্মী। কাউথোকখ্রে খল্লম্বা অখন্নবা মাগী খূদোলদু নীংশিংলল্লি। ঐবু চিংনা যেংলগা নাকোযননা হাযবকই, “মমা, পপা লাক্রেকো।”

পূক্লিংনা থাজবা লৈত্রবা পাউখুম্না নিকীবু থেমখি, “হযেং লাক্কনি তূম্মো, ইচাদি মবম মোকপীনি।”

অউবা মীপূম খূদিংদা মপা লাক্কনি তম্বতদা ৱাবমাল্লে, নিকী তূমখ্রে। অদুবু চহী কযা লীশাং শীংনা মাগী ৱাখল খন্দুনতা লাকপা ঐগী থৱায হকচাঙদি; চোকথবা ফাওদ্রিমাল্লে, ইমীৎ অনীসি উইশিল্লো মযাদ্রি। উম' চুম্মী, মানা ঐবু মীবাযর্বনি হাযবসি হৌজিক্তি তশেঙ-তশেঙলে। সমাজদা মচাগী মপা মশক তাকপা ঙমদ্রবা মমা, অদু ওইববদি ঐহাক কবি...? লমচৎ নাইদবী...। ও-হো ...! অমম-অঙান খাযবীবিবা ঈশ্বৰ ফাওবনা যানিংলোইদবা ৱাফম অদু থৱাযদগী ফাওবা হেল্লবা মহাক্লা খল্লবকো। লেপ্তুনা তাবক্লিবা মীৎকী পিবু ইথন্তা চৈজদুনা তৈথোকচৈ। থম্মোয পান্দবা অমগীদমক নহাক্লা থৌনাইদনা শীন্থবা অর্থ লৈতে। মহাক্কীদমক অহীং মীৎশেল খাঙলিবা ঐসি কযাদা ইকাযনীংঙাইনো?

কাগী মৈ মূৎথৎলি। পূক্লিংদা ঈশ্বৰবু খুকমজে– হে' ঈশ্বৰ, ঐগী থম্মোযদা মাগী মফম থন্বীবনু, ঐবু নুংঙাইনা তূমখুল তালহনবীবো। মীৎ উইশিল্লি।

“সুচিত্রা! থোঙ হাংদোকউ।”

কাঞ্চলনি। কবিনো অথেঙবসিদা অমুক? তপ্লা হৌগৎতুনা থোঙদু হাংদোকই। কাঞ্চলগা লোযননা ৱাং-চাউববা শক্তম অমসু লেপ্লম্মী। মীকুপমুক চঙক্লখি। ঐগীসিবু মঙলান্দি নত্তেকো?

“সুচি।”

মানি, থম্মোযদা নুমিৎ খূদিং নিন্দুনা তাবিবা মাগী লূম্লবা খোঞ্জেলনি। মহাক নত্তনা হৌখিবা ঐগী পুন্সিদা কনানসু ঐগী অতেনবা মিং অসি কৌখিদ্রি। হকচাঙদা চেল্লিবা ঈ, তোংশা, শীংলী-নাউবি পূম্বা হবাও নুংঙাইবনা থূমহৎখ্রবদা খোঞ্জেল থোক্লা মানা কৌবদু খুম্বা ঙমখিদে। অশাবা মূর্তিগুম ঙাইহাক চপ লেপখি। মতূংদা মীকূপ খবগী মমাঙদা ইথন্তা চৈজখিবা লমহেনবী মীৎকী পিদু খঙহৌদনা অমুক শীন্থবকখি।

ব্লাখঙবী কাঞ্চলনা মাবু ফমফমদা ফমহল্লল্লগা থোকখ্রে। পিনা চোৎলবা মাযথোঙদু লোন্না তৈথোকই। ইকায-নুংশি যান্ননা মনাক্তা চঙশিল্লুই। লূকথবিবা ঐগী কাহৎলবা মাযথোঙদু মখূৎনা তপ্না থাঙ্গৎপিবদুনা হংলকই, "কপ্লিববা?"

হৌজিক্তা তৈথোক-নাম্থোকচখিবা ঐগী মীৎলু চাংজৌ পানা ঈনোৎ কাবকখি। কপ্লে থম্মোযসি পেন্না। খল্লকই– ঙসি ঐগী নীংঙমদ্রবা মীৎলুগী পিবাং কযাদা মবাযবক ফখ্রবা; লানফম কযাদা মাযথীবা ফংলক্রবা কন থৌববা মাগী মখূৎনা তৈথোকপিবা ফংজবদা।

"তোক্লোসে, হৌজিক্তি ঐ লাক্লেদনা। কদায ঐগী মোবাম্বীদি?"

"তূম্লি।"

"হৌদোকপিকবো, উনিংবনা ঙাওবে।"

পিবাংগী পিফম কোক্ত্রিবা ঐগী মাযথোঙনা মকা লাম্না ইচাবু হৌদোক্লুই, "নিকী, পপা লাকএ হৌগৎলো।"

মীৎম্না থম্বালদু উইকম উইকম মোমোন্নবকই। ইচাবু পম্লদুনা থম্মোযসি চাউথোকচনা মপাগী মনাক্তা পুশিল্লি।

"সে' নমিৎতু শিংউ, মমানা পীগনি হায'দো... খঙঙেদনা? পপা কৌ।"

মখূৎ অনীনা ঐগী ঙকশমদা কোন্দুনা মাযথোঙদু লেংজুমদা লোৎখি। ঈকাযনা লোৎখিবা মাগী মাযথোঙ নোনখৎপীবদুনা ঐনা হাযকই, "ঈকাযবব্রো? পপানে।"

নিকীনা ঐঙোন্দা যেংলকই, অমুক শকখঙদবা মপাগী মাযথোঙদু লুকক্লা যেংখি। খঙহৌদনা অমুক্তা কৌবা ফংজখিদ্রিবা মিংগৌ অমা ইচাগী চীনবান্দগী থোকখি, "পপা।"

মচাগী মতৌ যেংনা ফম্লম্বদগী হৌগৎতুনা মখূৎ অনী তিংথোক্লগা অহীক্লবা খোঞ্জেলদা নিকীনা কৌবদু ওক্লকখি, "ঐগী নুংশিবী মোবাম্বী, লাকও, পপা পমগে।"

মচাবু মথানুংদা চেৎনা কোন্দুনা হঞ্জিন হঞ্জিন পেন্নাইদনা চূপখি। ঐগী থম্মোযনুংদা কুইনা শীৎলম্বা মরুভূমিগী নুংশিৎতু লোইখিদুনা যেন্নীংথাগী ঈংলবা শহুম ফংলকখি।

"চঙলকউ সুচি, নচাগী খূদোলপোৎ থেঙনা থুংলৈ হাযদুনা ঐবু ব্লাবৌবিব্রা? নঙগী চিঠি হেক ফংবগা খূদক্তা লাক্লম্বা যাবনি অদুবু ইমাগী শ্রাদ্ধ কর্ম্ম লোইবগা লাকপদা থেঙথখিবনি।"

ঈকাযনা মনাক নক্লুই। মণ্ডলানগুম ৩বং মালং ইশাসি তযাং তশোইখি। মাগী চীনবান্না ঐগী চীনবান্দা থল্লকখিমাল্লে। তাঞ্জাসিদা কাঞ্চলগী খোঞ্জেল তাবকই, "নিকীগী খূদোলপোৎ অমা থেঙলপ থুংলবর্বাননা বার্ঠ ডেগী যৌবম হয়েং অমুক হল্লসি। বসন্ত লাকপগী হৈনৌ মপাল শাবদো লোইশিনবীবো। চাক পুজবল্লগে।" ❑

# নুপীগী সাহিত্য

কুইরে কলম পায়খিদবা। ঙসিদি কদায়দগী হুন্নকপা সাহিত্যগী অঙাওবা নুংশিৎনো খঙদে, অয়ূক্তা ফি-শূবিঙৈ ঐগী তূন্লিবা কলমবু য়াকায়হনগে মতাগুম তা'বৈকুম্থোগা ইনম্মা জান্ধবীগা মখোয় অনী চায়নবগী ফজখ্রবা ৱারী অমা ঐগী থম্মোয়দা লিরি-লিরি হুমজিল্লকখি। "ইস! 'সিদি তাঞ্জা অমনিনে" খল্লগা ফিশিংদু শেংবোই-শেংদবোই থাদোক্লগা চাকখূমদা চঙলে।

এঞ্চাং য়েংদে। চাক হান্না থাঙ্গৎলে। খল্লি করি থোংসিগে? আলুসি হেক্তা ফূৎলগে।

চফূ শৌরকই, কোঙ্গোল প্রিক-প্রিক কানা। সোমদা ঐগী কোক্তা তা'বৈকুম্থোগা ইনম্মা জান্ধবীগা কন্না চিংখাইনরি।

"হাই! ঐনা নঙগী করি ৱাৎহন্দুনা নঙনা সিনেমা টিকেট কালাবাজার তৌদুনা ঐগী ইজ্জৎ য়োল্লিবনো?"

"ইস! নোকপু নোকচনিংইনে। থানা পীকনাও অমা ওইবগা থবক মফম খূদিং চিফেৎ-চিফেৎ থল্লম্বা নুপী লিখায়, নচা শঙপায়। নখূৎ খূৎশা তরাদো থেক্লুনা মশীং থীয়ু। কোন্নরিরোই। মখোয়গী চাকথাক হুনবদা থা কয়া শুরে, নয়া পৈশা অঙাংবীমফাও ইখূৎতা শিন্নরক্তবা। হো, নুপী লোনবা ইজ্জৎ লৈবা থানা বাবু, ঐখোয়দি তলবসু চাহৌদ্রবনিনা ইজ্জৎ খাই-খাইদুনা য়োল্লগা চাজরি।"

চফূসিসু ঙইহাক্তংসিদা হেক্তা পাথরকই। থাংদ-থাংথজরগে। গ্যাস টেবল মথক্তা

লৈবিবা চেগপ্তু পাযখৎলি।

"শ্রেং।"

ইস' হবে হবে, কযা থীনা ফূবীববোই খল্লুবে ইনম্মা জান্ধবীদো। ঐগী খূৎতগী চেগপ তাখিবদা খংবা ওইবল্লে। পূক্লিং খিত্তং নেম্মী।

চাক থাংথদুনা যাইবে। ঐগী ৱাখলনা মখোয অনী ফূনহল্লোই হাযবসি ঙমদ্রে। তা'বৈকুম্থোগী খূৎ, ইনম্মগী চীন অযৌবীনি, অমত্তা হন্নদে।

আলু ফূৎপদু শৌগৎলকপগী প্রিক-প্রিক লাউবা মখোলদু ইনম্মনা মপাম চৎলমদাইগী থিবম্বা শ্লোকতু ওইনা তাবকই, "মহা পাপী! নতূদু লিশিং তবা লোনগে হাযবসু লোনহৌবো। অদুগা এইড্‌স নাদুনা হেক শিবোকো নঙ।"

ইনম্মনা মথৱায চাকচনা ঙাঙজবম্বদু ঐনা তা বৈকুম্থোগী কাউঙমদ্রবা বাহৈ অমা ওইহন্নিংবনি, অদুবু মাগী মনাদা ৱাহৈশিংদু চঙশিনগে হাযবসি ইযা-যাদ্রি। ইনম্মগী মাযথোঙদা খামতেক্লা লৈখিবা দাগতু মূথৎকে ফনা কন্না হোৎনৈ। ঙমখিদে। ইশামক নুপী অমা ওইনা মানা দাগ পুবগা মপামদা হনাখবদো, ঐ নুংঙাইজদে।

"চাক্তু লোইববদি থিদোক্লোদনা, লাম্বনা তৎতৌবে।"

মখূৎ হাল্লগা ফম্বনা হেক্তা হাল্লি। ঐনা তা'বৈকুম্থোগা ইনম্মগদু ঙাইহাক্তং তূমিন লৈখো থেম্মী। মবকসিদা চাক্তু হোবে-হোবে থিদোক্লগা অঙাংশিংদু কৌশিন্দুনা পীজবে।

"নঙসু চাথোক্লোদনা, শাবিঙৈদুদা।"

এঙ্গাং হৈজিল্লবা চাক্তু তোৎন-তোৎনা ঐখোয মোয'বাবানা হাযবকপনি।

"চাবদৌনি, ঐ ঙসিদি চাকখূমদা কুইনা নৈবা য়াপোৎ'তে।"

মযামগী অওক-ওক্তা হংলন্নগা ঐসু চাবা হৌবে। চখোম অহুম-মবি শুবকপদা ইনম্মা জান্ধবীগী খামতেক্লবা মাযথোঙদু অমুক উবকপদা কোকসি অমুক নৈখাযবা হৌবক্লে।

মপূবোইবনা মীবাযবীববী অমনা মচা থাক্লবগীদমক ফোংনা কালাবাজাব তৌবগীদমক, লোন্না নুপী কাববাব তৌবদা হালেংদ্রবা মপূবোইবদুনা ৱাবক্লি, মমাযদু খামতেকপমখৈ। ঐঙোন্দকা ওইবন্ন'দি খঙলোইদ্রদো; হেক্তা শিমিন্নদৌনি।

মঙদা চাক চাবদৌনা মহাও-মথুম ইখঙ-খঙদনা চাক চাবদু লোইশিল্লে। লূখাক

চগুম শেংলিঙে তা'বৈকুম্বোদু হৌদোং লম্বোইবা শাদুনা ইনম্মা কৌবা লাকপদু মীৎতা অমুক ফন চোংথোক্লক্লে। মখোয় মতৈ-মনাওগী ৱারীসিতা প্রপ-প্রপ ইথোকহৌদ্রবদি ঙসিগী কোকসি সুকয়াং হেক য়াংলরোই খন্দুনা থবক মচা-মশু পূম্নমক লোইশিল্লে। অঙাংগী স্কুলগী খাতাদগী চেনা অমা-অনী শেৎতোক্লে। মশাগা মখূমগা চান্নদবা কলম অমা পায়খৎতুনা ইনবা শেম-শারে।

ইহান হানবদা ইনম্মনা সিনেমা হোল মমাঙদা টিকেৎ কালাবাজার তৌরিঙে তা'বৈকুম্বোনা উহৌবগী মতাঙ অমা ইবা হৌরে।

"নঙগী কোম ক্বাদু লৈরিব্রা? মচেৎ অমত্তা উমগেদনা!"

তা'বৈকুম্বোনা মমান্নবা পুলিস ময়ামগী মমাঙদা ইকায়বনা উংলিঙে তাল্লক, ঐনা কলম কন্না য়াঙলিঙে চৈরক্তুদনি, মোয় বাবানা ফরক তারকখিবদু। হৌগৎনিংদনা হৌগৎলগা ক্বা মতপ অমা শেন্নগা পীরম্লে। কলমদু অমুক পায়খৎলি। মিনিট তরামুক চঙনা তা'বৈকুম্বোগী ইকায়বা নংলবা মায়থোঙদু অমুক শাগৎনবা হোৎনৈ। কলম খজিক-খজিক চৎপা হৌরকই।

"মম্মা, ঐ তিল্লাইখুম্বী চুরে।"

কাচিন্দতা চেনশিন-চেনশিন শান্নজনিংবা চপশাং-শাংবা ইচা অতোম্বদুনা অমুকসু ঐগী ধ্যান থুগাইনবা হোৎনরকখি।

"উপুদা পাওদর লৈবনি, তৈশিল্লু।"

মীৎ ওন্দনা ঐনা খুমখিবনি।

"পাওদর তৈবনা য়ারোই, অমুক্তা শেংনা ঈরুজথোকপীয়ু। হয়েংদি ফুরি লোইনা চোংথোরক্লনি।"

মতাঙ চানা চৈখৈ অমত্তং চিংলগা হৌগৎকে খনবনি, অদবু ঐখোয় নুপাগী লোরমদাইগী য়োংচাক মরূ মানবা অতোংবা মমীৎতু শংদোক্লগা য়েংবা ঐনা হৈনখিদ্রবা মীৎয়েংদু য়েংলকপদগী অদুম হৌগৎচরে। সাপোন চাউনোই নোইরগা ফদিনা অমুক অনীরক্তং শৃৎ-শৃৎ নাম্থদুনা ঈরুজবদু লোইশিল্লে। হান্নগী টেবল মনাক্তা ফম্লে।

হন্দক'মুক্তি খন্থবদা ফনা কুইনা মতম লৌরে। খল্লু-খল্লুরগা ইকোক্তা ৱাখল খন্নবা কম্প্যুটর সেকেণ্ড হেগুগুম্বা মচা অমা য়াওরিবসি ইথন্তা থুগায়নীংলকই। ফরক-ফরাংদা ফি শৃরিঙে, চাক থোংলিঙে মতমদতনি মানা

মথৌ তৌনীংলিবা। মীনা চাননা মথৌ তৌবো হায়বা কালদদি মৈ ফাওবা হাপচিনবদা চঙদ্রে।

ফবে, ৱাবীগী মমিং হান্না থোল্লগে। কবি থোনসিগে? তা'বৈকুম্বোদু হাইফেৎ ইকায খঙদবা নুপানি। "হৌদোং লম্বোইবা" হায়নদুম থোনগে। যুমায় তাবা পোমথা-হৈথানবা মমাযদু হৌদোং লম্বোইবদুম ফনা মাল্লি।

ঐগী ৱাবীমচাগী মমিং থোল্লেঃ "হৌদোং লম্বোইবা"। হন্দক্তি মবী-মবী অদুম থোকচবক্লদৌনি। ৱাখল শাগৎলি, মীৎ উইকম-উইকম।

"হৈনৌবা কবিনো খবা মেৎলকউবা, মীৎ-না শিংনবা।"

ঐগী পূক্নিংদা ওমদুনা থল্লিবা অশাওবদু মতাং অদুৱাইদা চামদা মবিফুতবাগী চাং যৌবল্লগদ্রা খল্লি। অদুবু ঐ ওমদুনা অদুম থম্মী। কবিগুম্বা চামদা চামগী চাং যৌবক্তুনা খম্বহৌদনা পোকখাযবক্কদ্রা পাখৎচৈ।

মখূৎনা লাম্বা ফংবা পোৎ অমগীসু নুপী, ফমুংদগী হৌগৎলকপদা তোংগদবা শেন্দলদু মপা চানা লৈবমদবগীসু নুপী, হায়বদা লোইবা নাইপোৎ নত্তে; নুপীদা থৌদাবদা হালেংবা লৈতে। মদুদা মৈ হৌবকপা নুমিৎতদি, অকন-অথৌগী মপোক্তা পোকপা, মখূৎ পাল্লবসু শীজিন্ননীংদবা মঙোন্দদি তাইনকবা ঙমদবদগী ইশা ইথন্তা প্রোক প্রোক চাকথেচদুনা ইকম্বীদা ইবল কযা ফোইদৎচখ্রবনি।

মনীংদগী হৈনৌদু অনীদং হেক্লুবে। চাউশোই-শোইদুনা মেৎলগা লানশিল্লে। অমুক কলম পাযখৎলে।

ফনা কুইনা ফমদুনা কোকসি নৈখাযবনি। উপায় লৈতে। তা'বৈকুম্বোগা ইনম্মা জান্ধবীগা মখোয অনীগী চাযন-ৱাবীদু খোমজিন-তাশিনবা ঙমদবা মখৈ পূমচাই-চাইখ্রে। খম্বকবগা ঐগী মনীং-তমজবা সাহিত্যগী লম্বীদা হঞ্জিন-হঞ্জিন ব্লোকেড তৌবিবা মঙোন্দা ইখোয-ইবীন থীৎপ'খৈ শাউনীংলকই। তাঞ্জাসিদা ঐখোয়'নুপানা হাযবকই, "তাবিব্রা? ঈশিং গ্লাস অমত্তা।"

ৱানা শাগৎচবা লোইশিন্দ্রিবা চাযন-ৱাবীদু মযাযদা কলম্মা থবৎ-থবৎ অনীবক্তং চিংলগা জ্রে জ্রে শেগাযবে। মদুনসু পেন্দ্রে। অমুকসু শ্রু-শ্রু নৈশিল্লদুনা কলমদু মখূম খুমজিল্লি।

"কবিনো নঙনা অদুক নকম্বী থোক্লা শেগাযবিদুবো?"

হৈনৌ মেৎপা চাকবগী মোবোক শাবদু চিংখৎ-চিংখৎতুনা ঐখোয সাহেব শাবদুনা

হংলকখি। ৱারৌবা, পেন্দবা, শাউনিংবা কয়াদু পূল্লপ-পূনশিল্লগা ঐনা খুমখি, "নুপীগী সাহিত্যনি, নুপীগী সাহিত্য।" ❑

# শীংনবা

“নোবীনদো নুপী’মা চেল্লক্কে।”

“কৈদৌবৈ মাদি অদুক থুনা, মেমিগী ফিরোইবু লোইখ্রব্রো? মাবু য়ূম অমুক পাল্লরোই, মেমিগী মফমদা পাপ লঙশিন্নীংদে হায়না কপ্লি-কপ্লি য়াম’ ঙাঙলমদাইনে?”

“শিথ্রবা অমগীদমক ইমুং অমা কাংখোং চাইহনবদি চুপ্লিব্রা? মচা অনীদু কনানা য়োকপীনি?”

“লুখ্রাবীখক্তনা মচা য়োক্লব্রা, নুপাদি য়োকহৈদব্রা?”

“নুপীগা নুপাগা খেন্নবা লৈনে সনাতোম্বী।”

সনাতোম্বীগী খোয়দৌ থীৎপা ৱাহৈদু য়ৌরক্লমাল্লে; পল্লিবা অঙাংদু ফমুংদা ঙেক ফমহল্লগা খোল কল্লপ হায়রকই,

“ঐ মখোয়গী ৱারীদা মতম মাঙহন্নিংদে, চাক থোংলুরগে।”

“মীনা নুপী চেল্লগা নঙনা অদুক য়াম শাউরি’দু করিগীনো? নঙসু চেন্নিংলগা চেল্লোদনা।”

সনাতোম্বী খুমদে। বীরেনগী লূজদবা ৱাফমদুদা শাউনিংমন্দুনা ওইরম্বসু য়াই। মমাগী ফমুংদা ফল্লিবা অঙাংদু মতাঙ চাদনা নীঙাই হৌরকই।

“অঙাংসি লৌথোক্লুলাউ। ঙাইহাক পোত্থাবসিদা তানিংদবনা লোইরে।”

চাকখূমদগী প্রপ-প্রপ থোরক্তুনা সনাতোম্বী কপ্লিবা অঙাংদু মশা শাগল লাক্তুনা চিংখৎলগা মনমদা পোশিল্লি।

“নুপাগা নুপীগা খেন্নবা হায়দু’সিনি। নঙনা ফমুংদা নখোঙ নখূৎ শাংনা তিংথোক্লুনা হীপ্পি। ঐনা অঙাং পোরগা চাক থোংগনি।”

থৌদোক মচা অমগী নৎত্রগা ৱাফম অমগী নুমিৎ খূদিংগী মখোয়’নি খৎনৈ, লাউনৈ। তূন্নমদাই চারমদাই শে-মাই হায়নদে। চাক তোকপগা বীরেন টি ভি য়েংগনি। মচা অহুমদু পীজ পীথক্লুনা তূমহনখ্রগা সনাতোম্বী চাক চায়। লোইশিনবা য়াবা অয়ূক্কী থবক পূম্নমক লোইশিল্লগা পূমহীক হীকথনা মহাক তূমখি।

“পূং নিপাল তাখ্রে, ঐগী চাক থিবব্রো?”

চাক থোংনা থোংনা সনাতোম্বী স্কুল চৎকদবা মচা অনীদু ইরুজরি। মনঙ্গলদা অমনা ঙ্রুং-ঙ্রুং ঙংলি। বীবেন্না হায়খ্রিবদু মহাক তাহৌদ্রে। মচা অনীদু ইরুজবা লোইরগা ইমুংদা চঙলকপদা কোরীমুক ঙাঙলবা মমীৎ অনীদু লাওথোক্লুনা বীরেন্না লাউরকই, “ননাদু অদুক কনবা হৌনব্রো? চাক চারগে হায়বসি নঙোন্দা কয়ারক হায়জখোগে?”

সনাতোম্বী খুমদে। চাকশঙদা চঙদুনা চাক থিদোক্লগা বীরেনবু পীজখ্রে। স্কুল চৎকদবা মচা অনীদু ফি-বোল শেৎচিনবীরি। গাড়িগী হোরোন খোংলকই। মচানুপা যাইমদু খরা শাথী। খোঙ মোজা নামদং তোংশিনবা হৌরকপদা শুমাঙদা চেস্থোক্লুনা শান্নথোকখ্রে। অহলদু ফি-রোল শেৎচিনবা পূমলোই লোইরগা মখোঙ হামনিংই হায়রক্লে।

“ঙসাইনা নফি-নবোল শেৎচিন্দ্রিঙৈদা হায়বকপদি কৈদৌই, চৎলুনু স্কুলগা’মত্তা।”

বীরেন চাক তোক্লগা মফি শেৎলি। ঙরাং তোংলুবগী শেংদোক্ত্রিবা খোঙউপতু উবদা ফ্রং শাউগৎলকই। তাপ পায়দুনা সনাতোম্বী তম্না লংশিল্লকই, “সে! নঙ তোংউসে, নুমিৎ খূদিংগী হেক হায়নরদনা।”

সনাতোম্বীদা পানবমক্তি পালহৌদ্রে অদুবু মাগী থম্মোয়দদি পানখ্রমাল্লে, খুন্নকই, “নোং ঙানবদৈ ঐসু হোৎনরিদনা নংদ্রদি নংদ্রে।”

“নচীন খুম্মু। নংদ্রে খঙলবদি য়াহৌদু ঙন্না হৌ।”

“অদোম্না ফমুংদা নাখোক্লুনা য়াতারিঙৈ, ঐ পূং কয়াদা য়াহৌবগে হাযবা খঙবীরম্লোইনে?”

“নঙবু চহী অমদগী চহী অমা ফাওবসি লুপা’মা ফংবা থবক শূহনব্রো? ইমুংগী কূপনোম খর’সি ফাও’ ঙমদ্রবদি, নঙনা লৈনিংবা মফমদা লৈরুবা য়াগনি।”

হন্দক্তি সনাতোম্বীগী অশাওবদু মৈরী ফংলকই।

"অদোম্না য়াহৌরগা থক্লিবা চা, ওফিস চৎলমদাইদা ঈরুজরিবা ঈশিং অশাবা, শেৎলিবা অনানবা ফি-রোল মদু পূম্নমক রোবোট অমনা শেম শাবদি ওইরম্লোই। অদুগীসু মথক্তা অঙাং অহুমসিগী সেবা, মীকূপ কয়া ঐবু পোত্থাবা ফংবগে। পৈশা খরা পুশিল্লকই হায়দুনা নঙনা অদুম্না ঙাঙলবনিনে। ফরে, নঙনা মতীক চারিবা অদুদগী ঐনা করিসু তাদে, ওফিসকী থবক্তু ঐ তৌরগে। ইমুংগী মথী-মকুম ময়ামসি হোৎনবীয়ু। নঙনা তান্দ্রবসু ঐনা লৈনিংবা মফমদা লৈরুবা য়াই অদুবু অধিকার অমগীনি ঐনা যূমসিদা লৈরিবা।"

"নঙনা ফংলিবা অধিকারদু কনানা পীবনো মদুদি নঙ খন্থুদেনে হা! কান্নরোই, চগৎ-চগৎ ঙাঙলিবা নচীন্দু কায়দ্রিঙৈ নয়ূমদা চৎচখ্রো।"

নুমিদাং পূং মাপল তাবদা বীবেন ওফিস চৎখিবদগী হল্লকই। মফি হোংদনা থোকখি। কদায়দা কৈদৌবা চৎলিবনো, সনাতোম্বীসু হংদে। চৎলিবা মফমদু খঙদ্রবসু মরম অদুদি মহাকসু খঙই।

নোংঙাল্লমদাইদা বীরেন যূমদা হঞ্জিল্লকই। চাক চাদনা ফমুংদা চঙখি। অতৈ নুমিৎশিংদা ওইরম্লবদি সনাতোম্বীনা হংলম্বা য়াবনিঃ চাক চাররোইদ্রা, কনাদা চারকই, কদায়দা লৈকবগে? অসিনচিংবা। অদুবু মহাক তূমিন্না লৈ। বীরেনসু ৱাফম অদু সনাতোম্বীনা হংহন্নিংদে; মরমদি মদুগী অচুম্বা পাউখুম্না মযি চৎলবা ইমুং অদু শোয়দনা নীংখায়বক্লগনি হায়বা মহাক খঙই।

ছুটি নুমিৎনি। সনাতোম্বী ফি শূরি। মনাক্তা অঙাং অতোম্বীদু ঈশিং শান্নরি। সনাতোম্বী উই অদুবু উশিন্নদে। শুমাঙদা মৈফূ য়াইদুনা খবর পারিবা বীরেন্না লাউরকই, "অঙাংদু ঈশিং শান্নরিবদু নমিত্তু উদ্রো?"

সনাতোম্বী খুমদে। মফি-মরোল পূমচোৎ চোৎলবা মচাদু মশা শাগল লাক্তুনা চিংথোক্লগা শুমাঙদা থাংদোক্লে।

"অঙাংসি ঈংহনগনু। নঙগী ফিদু কোন্না শূ।"

"হোরেলদি কনানা শূবীনি? নচা নৎত্রো, নঙদি লৌবা য়াদব্রো?"

বীরেন ফিংগৎলকই, "হৈ! ঐবু ফনেক শেৎলো হায়রিব্রা?"

"ওহ! মচা পন্বা নুপা খূদিংমক ফনেক শেৎনব্রা? হিংমিন্নসি হায়র'দি নতেং-ইতেং পাংনসি। নচাশিং অসিদসু মপাগী মিনুংশিদু উৎপীয়ু। নঙ উবদা কৈ থেংনবগুম কোইচেন চেনবদুনদি কৈদৌঙৈদা অফবা ওইরোই।"

বীরেন তাশিন্নদনা হৌগৎতুনা চৎখ্রে। নুংথিল থেঙনা হল্লকই। কদায়দা ফল্লুই হায়বা সনাতোম্বী খঙই অদুবু হংই, "কদায় চৎলুগে?"

বীরেন খুমদে।

"চাক্তি চাররোইদ্রা?"

"চারোই।"

"চৎথোক্লবোইদবা নৎত্রা? বেমসি ঙহাক্তা য়েংবীয়ু। ঐ ফি-রোল'মত্তা ইষ্ট্রি তক্ত্রি।"

"ঐ চৎলুখিনি, থবক লৈ। নহান লুপা লিশিং অনীখক নঙোন্দা পীখিবদু কদায়নো পীবকউ।"

পৈশাশিং অদু করিদা শীজিন্নরুগদগে হায়বসু সনাতোম্বীনা খঙই, অদুবু বীরেনগী মচীন্দগী খুল্লকপা পাউখুমদু তানীংদুনা হংলকই, "কৈদৌনগে হায়রি'নো?"

"কৈসু তৌরোই।"

"জুব্বারদা থাদোক্লুগে হায়নদি খুম্নীংলোইনে?"

অশেংবা ৱাফমদুদা বীবেনদু শাউরক্লে, খুল্লকই, "ইবলনি, শীজিন্ননীংবা মওংদা শীজিন্নজনি। ঐনা নখোয়বু চবা হেলহনব্রা? ফিজেৎ-ফিগাই শেৎহনব্রা?"

"ফরে, শীজিন্ননিংবা মওঙদা শীজিন্নবীয়ু। অদুবু হৌজিক্তি লৈতে।"

বীরেন ফমুংদা ফমথখি। অশাওবা পূন্বা ফাথবগা তপথনা হংলকই, "সনাতোম্বী, নঙগীসি অশেঙবরা?"

"প্রমোনা হৌজিক্তা মচাগী পৈশা থানিংঙাই লৈতে হায়দুনা লৌখিবনি। তলব ফংলগা শিংলক্কনি হায়রম্মী।"

"হুম! ননীং-নখা য়াম তৌবেনে, ঐঙোন্দকা হংলমদনা। হৌজিকমক লৌরুচো।"

"ঐ ঙল্লোই, হাৎকে হায়বসু হাৎলু।"

"থৌনা ফবেদা, য়েংগে।"

চেনশিল্লক্তুনা সনাতোম্বীগী লূখমদা খূৎচাওদুনা অনীরক্তং থাখি। সনাতোম্বী তুখি। মনঙ্গলগী অঙাংদু পাখৎনা ৱাম্থ-ৱাম্থ কপ্লকই। সনাতোম্বী মশাবু ফাথজবগা তপ্না হৌগৎলি। কপ্লিবা মচাদু থারগা ফমুংদা হীপথৈ। মহাক্কী থম্মোয়দা বীরেনবু মতম কয়াদগী ৱারৌদুনা লাকপদু ঙসিদি পাথোক্লমাল্লে, পিরাংগা ঈবোয়ননা মপাল থোরক্লে।

"ঐসি নঙগী কনা'মত্তা নৎত্রবরা? নঙগী নরল-নথুমদা ঐগী হক করিমত্তা

লৈত্রব্রা? ঐসিবু য়ুমসিগী য়ুম্বুবেনবীবা নৎত্রগা মীনাইবা?"

বীবেনগী অশাওবদু হন্থদ্রি, হায়বকই, "মীনাইনি মীনাই! থম্মিংলক্রুবা মতমদা তাম্বোকপা যাবা। চৎখ্রো।"

সনাতোম্বী ইচঙ থৌবকই, "ঐনা নঙোন্দা লুহোংলকখিবদু অঙাংগী লাইথি লুহোংবা নত্তে অদুবু নঙনা পামদ্রে। ফবে ঐগী য়ুম শাগদবনি। নঙনা হিংনিংবা মওংদা হিংউ, ঐ য়েৎলোই।"

বীবেন্না করেম কথাইননা হায়বকই, "নুপাগী সেবা তৌনিংদ্রে, নথন্তা ননীং-নখা তৌনা হিংনিংলে 'সি নৎত্রা? চৎলো, মনীংগী থবক শৃবশিং লৈরম্বগী শঙদুদা লৈরুচো। নঙনা পুনিংবা পোৎ পুবা য়াগনি।"

হন্দক্তি সনাতোম্বীনা য়াম্না কল্লক পেন্না খোঞ্জেল যাক্লা খুম্লকই, "সেবা হায়বসি অশোন-অনাগীনি। নঙনা জুৱাব শান্নবা, নুপী কোযবা চৎলমদাইগীসু ঐনা সেবা তৌখিদ্রো? ইঞ্জিনিয়াবনি হায়দুনা চাক চাবদা হুমাই থৌগল তৌজৌ হায়ব্রা? নরল খীত্তং শোক্লুবগীসু ইনীং-ইখা তম্বনি খল্লবা। ইতেং পাংবীনবা হায়জবসু নুপীনা ঙম্বনি হেক মহায়বা। ফৈ! লৈগে, ইথন্তা লৈগে। ইপূবোইবনি হায়বগী নঙোন্দগী করিবু ফংজখ্রবগে?"

থম্মোয় অমা মৈগী চীং পোকখাযবগী শাফ্ কল্লবা লাভাদু ফনা কুইনা পাইথোরকপা যাবম্বনি অদুবু বীরেনগী খৃৎচাওদুগী খৃৎপাক খবনা মেনশিনখ্রে।

নুমিদাংৱাইবমদা সনাতোম্বী মযুম হোংখ্রে। লমহাঙদা শান্নবা চৎখিবা মচা অনীদু কৌশিল্লুবগা থোকখ্রিবা লাঞ্জাওদুগী মবমদা তম্মী। মপাগা লৈমিন্নরোই তাবদা খৃৎপাক্কী চৈনা ফংলরোই খল্লুবগীবা খঙদে হরাওজখিবর্দুদি মতৌ অমনি। নৌনা থাবা অপাকপা ফমুংদুদা চোং ফন্দুনা শান্নবি। মচা অহলদুনা হায়বকই, "ননাও, ঐখোয়'নীনা সোমদা তৃমসি, মম্মাগা বেমগনা সোম' থংহনসি।"

"দদা, ঐখোয' গ্যাসতু থাংলুসিবা?"

পাউখুমদু মমানা ওকই, "থাংলুবনু, ঐখোয'দি ষ্টোভতা থোংলসি।"

নুমিদাং বীরেন্না হঞ্জিল্লকপগী থোঙজিল কানশিল্লকপ'মক্তদা য়ুমদুদা করি থোকখ্রবগে হায়বা খঙলে। অদুবু মহাক ঙক্তে। মহাক্লা সনাতোম্বীনা করি পাম্বগে হায়বদু খঙলুদ্রবসু মাগী লমচৎপু শীংনরি হায়বসিমদি খঙই।

নোংঙানবদা ফোং-ফোং শাবা চা কপ অমনা মাবু ঙাইদুনা লৈরম্বদু নুমিৎতুমদি

লৈবমদ্রে। নুমিদাং চাক চাখিদবগী অবাম-খৌবাংবসু হেনগৎলকই। কান্নদে ফি শেৎলগা থোকখ্রগে খন্দুনা মফি হোংগে তৌকই। ফৃবিৎ-খোঙ্গ্রাও অমত্তা ইষ্ট্রি তক্লমদ্রে। মনীংথোঙদা থোক্লগা মচানুপা অহলদু কৌই, "বোইচা, ধোবীদা চৎলুলাউ।"

মমানা মচাদা মমীৎ কৃপখি।

"মম্মানা যাদে, ঐ লাইবিক পাবি।"

বীবেনগী খোঞ্জেল কনখৎলকই, "ঐনা লাউ হাযব'দি লাকউদনা। নোযবু উনা-শীংনা চাদুনা হিংগে হাযবিব্রো?"

ব্রাহৈশিংদু কা মনুংদগী সনাতোম্বীনা তাদুনা থোঙনাও মপাদা লেপ্লগা ওক্লকই, "উনা চাববা, শীংনা চাববা, মদু অদোম্না উশিনবীবনু।"

"ফৈ-ফৈ' যেংগে।"

নোংম-নোংমদগী থা ফাজিনখ্রে। নোং ঙানবগা বীবেন যুমদগী থোকখি। নুমিৎ তাবগা হল্লকই। কবিগুম্বদা অহীং হঞ্জিল্লক্তে। ছুটি নুমিৎতা ফৃবিৎখাউদা চামা চনী হাপ্লগা মতম লেল্লুই। অদুবু মদুনা মহাক্কী হাঙলিবা পৃম্বদি মেনশিনবা ঙম্লব্রা হাযবদুদি নত্তে।

নোংমা বীবেনগী মন্নপ উকিল গোবিন্দ সনাতোম্বীগা উনবৈ। সনাতোম্বী মদু খঙই বীবেনগী থৌইনশিন্নি।

"সনাতোম্বী অঙাংশিংদু মপাদা শিন্নখো। মপানা মচা যোকপা হাযবসি আইন্নি।"

"গোবিন্দবাবু, মচা যোক্লিংলিবা মপা অদুদা অমুক্তা হংবিখো; নোংমদা মচাশিংগীদমক মীকৃপ কযা কাইথোকপীবা ঙম্লদগে?"

"মদুদি নখোয ঐখোযনা উশিল্লুবা যাদে। সনাতোম্বী মুন্না খম্লৌ; বীবেন্না অঙাংশিং অসিগীদমক আইনগী মতেং লৌগদৌবি।"

সনাতোম্বী নোক্লকই যাম্না কবেম্লনা অদুগা খুম্লকই, "মাগী থম্মোযদা ঐবু শীংনবদু যু থক্লগা মপাল থোক্লকপনি। মদুবু অদোম্না ব্রা ওইনা লৌবীবে। থা তবা ইচাশিং অসি নাউপুবদা অব্রাবা কোঙ্গাযনি খাঙখ্রিবা। অমুক ঈ মতৃমদগী চাউনবা হোৎনবদা অহীং কযা মীৎশেন খাঙখ্রিবা ঐগীদমক্তদি আইন লৈতব্রা? মানা তৌনিংবা তৌসনু।"

গোবিন্দনা খম্হবকই— মখোয অনীগী যৃম্বাল পুম্নিদা বীবেনগী অশোনবা অমা শোযদনা লৈফম থোকই নৎত্রবদি সনাতোম্বীনা অসুক ইচঙ থৌকফম থোক্তে। মাগী শীংনবা ব্রাহৈশিংদা অচুম্বা যাওবি। মদুনা ঐঙোন্দা মাযথীহনবসু যাই। বীবেনগীদমক

থাংজিনগে খল্লম্বা খোঙথাং হন্দোকহৌবনা চুমগনি।

উকিল গোবিন্দ হনখ্রে।

গোবিন্দ লাক্লল্লবা মতুং ইকুই কুইদনা বীরেনগী মনে থম্বাল ময়ানুপাবু থেমজিল্লরে,

"কান্নরোই ইবুংঙো, সানতোম্বীবু কৌশিল্লু নঙনা লেপ্লিবা ফিরেপ অদুনা করি'মত্তা অফবা পুরক্লোই। নুমিৎ খুদিংগী হোটেলদা চাক চাবা, চা থকপা, ধোবীদা ফি-রোল শূহনবা, নঙগী তলবতুবু কয়াম লেপ্লিবগে?"

"মাঙনিংবমখে মাঙজসনু ইনে, ঐ মাবু কৌশিল্লরোই। কয়াম কনবা মরীংজেন্নো য়েংগে।"

"ঐনা সনাতোম্বীবু খঙইনে বীরেন। নঙনা খারিবা নরীংজেন অদু মঙোন্দদি করিসু নত্তেনে। নখোয়'নী নরীংজেল ফূদোক্লরিঙৈ নচাশিংগী তুংগী ফিরেপ শোয়খিগনি।"

"মপাবু নুংশিবা ঙমদবা মমাগী মচাশিংদো মাঙগে মাঙজখিসনু।"

"মদু পীক্লিবা নচাশিং অদুদা দোষ লঙশিনবা ওইনা থোক্কনি। ইবুংঙো, ইনে ব্রা হায়গে; মচা মনপ চোবদু শীত্তোকপীদনা মোৎলি হায়দুনা ফূবীবা, পাড়া ফাদবা অঙাংদুবু ফানবা তাকপীদ্রগা হৈতে হায়দুনা লূখমদা থাবিবা অদুগুম্বা মপাশিংদু মচানা খক নুংশিবা হৌনদে।"

ব্রাফমদু বীরেন হাইফেৎ ঈকায়-নুংশি য়ান্নখি। হন্দক্তি মহাক মনেগী ব্রাহে মরক থৎলক্ত্রে। থম্বালনা অমুক মখা শমথরকই, "করি মরালগীনো নঙনা সনাতোম্বীবু তম্হোক্লিবা?"

ব্রাহংসিদা বীরেন ইচঙ থৌরকই, "য়ূমগী কূপনোম খরা শূবদা মহাক্না ইশৌ লাংই। ঐগী অয়াবা য়াওদনা মীঙোন্দা পৈশা শিন্নথোকই।"

মনেনা থৌশাদনা নোক্লগা হায়রকই, "ইহে! হঙ্গাম মরূ'মুকফাও চাউদবা মরমদুগী ওইরেকো। মচা পীশক চেনবা মাদি নঙনা লোন্না খরা, ফোংনা খরা মতেং পাংবীগদবনি। নীঙাই ফত্তবা অঙাংদি, মথন্তা হোৎনবদা নুপী'মনা কোন্নপোৎ নত্তে। নঙগী নরলদি মাগীসু মরল নৎত্রব্রাও? মানা মাঙহনবদি ওইরম্লোইদনা। মপূরোইবগী মরল নোক্লা চায় হায়নরি'নিনে ইবুংঙো।"

থম্বাল চৎখ্রবা তুংদা বীরেন্না খল্লকই– করিগুম্বা মনেগী ব্রাফম অদুনা তঙ্খাই অমা লাল্লবা ফাওবদা মহাক সনাতোম্বী অমদি মচাশিংগী মফমদা তশেঙনা মরাল

খরদি লণ্ডজরে। অদুবু মদুদা মহাক হকচীন্না খল্লুদে।

"ববা, মম্মানা পৈশা পীরকই।"

ইথা থাজদনা নাওচা চঙলক্তুনা মপাদা পৈশাশিংদু শিন্নরল্লগা থোকখিগে তৌই। বীরেন্না খাম্মী, "ঙাইখোনে নাওচা, ববা ব্রা হায়গে লাউনে।"

মমাঙদা অমুক্তা তাখিদ্রিবা মপাগী থোৎ-নৌরবা নুংশিরবা ব্রাহৈনা নাওচানা মমাগী য়াথং কাউথোকখ্রে। মমানা 'পৌশাদু হেক পীরল্লগা থুনা লাক্কদবনি' হায়রকখিবনি। মপাগী মনাক্তা নাওচা মরু লূক্লা লেপ্লে।

মচাশিংগী চাউথোকচফম অমসুং ওইনজফম ওইরিবা মপামক্কী মমাঙদা মচানা কিথী কিরুম তোম্থনা লেপ্পদু উরগা বীরেনগী থম্মোয়দা মরোল নাইনা কূপ্লম্বা নাপলগী কূয়োমদু পাথরকখি। খল্লকই– মচাশিংনা নুংশিনা কৌবা 'ববা' হায়বা মমল নাইদ্রবা মিংগৌ অসিগী মতীক চাবা মিনুংশি মহাক্লা মচাশিংদা ঊৎখিদ্রি। মতম্বাক্তা নোংমতসু মখোয়না ওইনজদ্রি। অদুবু পূম্নমকসি পাপ পূন্য খঙদ্রিবা মচাশিং অসিগী মরালদি নত্তে।

বীরেন্না মচাবু খূদাং পায়দুনা চিংশিল্লি; মথানুংদা চেৎনা কোল্লি। ঙসি মহাক্লা মমাঙদা অমুক্তা ফংখিদ্রিবা থম্মোয়গী পেন্নাইদবা তোপ-তোপ্পা মহাও অমা ফংবগুমখি। মীকূপ অদুদা মাগী পূক্লিংদা লৈরম্বা অশাওবা, নাপল, শীংনবা পূম্নমক মাঙখ্রে। মচাগী খূত্তা পৈশাশিংদু শিন্নরদুনা হায়রকই, "নমাদা পীয়ু, ববানা পীবকই হায়য়ু।"

"মম্মানা শাউরক্কনি।"

"ববাগী পৈশাদি মম্মাগীসু পৈশানি হায়রকই খুম্মু।"

সনাতোম্বীনা শুমাঙ মতোন্দগী মচাবু কৌরকই। নাওচা চেম্থোরক্তুনা মখোয়গী অনৌবা য়ূমদুদা চেনশিনখি, অদুগা লাউরকই, 'মম্মা ব্রা'মা হায়বীগে লাও।"

মমানা চঙলক্তুনা লাঙতক্লনা হংলৈ, "করিনো নাওচা।"

"ববানা পৈশাদো অমুক পীরকই।"

সনাতোম্বী ব্রা ঙাঙদে। মৈরীমুক ঙাঙলবা মমীত্তুনা খানা মচাদা য়েংলকই। মমাবু কিজবনা খোঞ্জেল তনিক-তনিক নাওচানা মপাগী ব্রাহৈশিংদু তম্মী। সনাতোম্বীগী অশাওবা অমসুং নাপলগী মৈরীদু শোম্থরকই। অদুবু মদুমক্লা পৃংমৃৎ মৃথৎপদি ঙমদ্রি।

নুমিৎ তাশিল্লক্লে। হৌজিক ফাওবা সনাতোম্বী ফমুংদগী হৌগৎত্রি । মাগী থম্মোয়

ঙসি বীরেনগী ৱাহৈ অমখক্লা য়ৌনা নুংওনহনখ্রে। তাঞ্জাসিদা লূম্না থাংবা খোঙথাং অমগী মখোল নকশিল্লক্লি। লৈথোক্তুনা য়েংলুবদা বীরেন লেপ্তুনা লৈরম্মী। ঙসি মহাক্লা সনাতোম্বীগী চানবী মীৎয়েং ফংদনা মহৌশাগুম ইচঙ থৌনা মাবু কৌরুবা ঙমদ্রে। সনাতোম্বীনা বীরেনগী মায়থোঙদা চীংনা য়েংলকপা মীকূপতুদা তপ্না কৌরকই, "সনাতোম্বী"

সনাতোম্বী খুমদে। মায়থোঙদু মোন্দা লোৎশিনখ্রে। মতম কুইনা তারুদ্রবা বীরেনগী নুংশিনা কৌবা মিংগৌসিদা মহাক কপ্লমাল্লে।

ঙসিদি সনাতোম্বীনা বীরেনগী খূৎপু কনথোকপা ঙম্লুদ্রে। মতম অমদা মীকূপ খরদং পোত্থাবা ফংজখিদ্রবা মহাক্কী খূৎশাশিং বীরেন্না খূবাম্নুংদা মাঙখিনি মতাগুম চেৎনা পায়শিল্লদুনা হায়রকই, "ঐনা খূৎ অসিগী মমল খঙলুদ্রে, ঐবু ঙাকপীররোইদ্রা?"

সনাতোম্বীগী থম্মোয়দা ৱাকচীংগী নোংহৌ লাকখি। অদুবু মহাক্লা বীরেনগী মফমদা মশাগী অশোনবদু উৎপদি পামখিদ্রে। থম্মোয়গী শেংলবা ঈহৌদু মীৎলু য়ৌনা মপাল থোরক্তনবা মশাবু তপ্না ফাজিঞ্জরগা হংলকই, "ঐবু কনানি হায়না খনবীবগে?"

বীরেন্না সনাতোম্বীগী পায়শিল্লম্বা খূৎশাশিংদু হেন্না চেৎনা পায়শিল্লগা হায়রকই, "মরূপনে মরূপ, পুন্সি চূপ্পগী।"

সনাতোম্বীগী শীংনবগী পাঙ্গলদু শোম্থ্রমাল্লে, খঙহৌদনা মাগী মায়থোঙ বীরেনগী মথানুংদা লোৎশিনখ্রে।

ফমুং মচী অমদা লাইরিক পারিবা মচা অনীদু থীক-থীক নোক্লগা ৱারী শানরি, "দদা, ববাগা মম্মাগা কৌনরমাল্লে।"

"মোয়নিগীদি অসুম্মাই হেক্তা তৌবনি, অসিনা হয়েং খৎনরদৌনি।"

বীরেন্না মোমোন নোক্লদুনা মচা অনীগী মনাক্তা চঙলক্তুনা মনাকোং ময়াদা তপ্না হায়কই, "বোইচা, নাওচা ঙসিদি ঐ নোয়দা চাক চাগে পীজগদ্রা?"

"খঙদে মম্মাদা হায়নৌ।"

"হুম! মমায় মচাশিংসিদি।"

মচা অনীবু নুংশিনা কোল্লি। পীক্লবা মচাশিংগী মরায়বক্তুদা অমুক অমুক্তং পেন্না চূপ্লগা হাযরকই, "সনা, বেমদু ঐ পোরগে, নঙ চাক থোংলুরো।" ❑

# পোৎলূম

মচা ঐখোয়বু থাক্লবা হোৎনবদা নোংমতসু চফম ফানা চাবা ফংজখিদ্রবী লায়রবী ইমাদো ইনাও অহুম্বু পাঙ্গল মপূং ফাদ্রিবা ঐঙোন্দা শিন্নরম্লগা দুনিয়া থাদোকখ্রে। ইমানা চৎলমদাইদা চাদবনা অকিবা ফংলবা মীৎলুদু পিরাং ঈহৌনা হায়রম্মী, "ইমাগী হকিম, ননাওশিং অসিবু লুনা তৌবীয়ুকো। নঙনা মখোয়বু নুংশিনা, চান্না তৌরবতদা ইমানা জনত য়ৌবা ঙমগদৌরিবনি।"

হিংবগী কল্লবা লানফমসিদা ইশা ইতোমতা লেপচবা ফাওবা ইখোঙসি তুরোই-ঙাল্লোইরি। মরকসিদা ইনাও অহুমগী লূম্লবা পোৎলূম অমা ইকোকসিদা নম্থরকখি।

ইতোনগী মতুং ইন্দুনা খ্বাইরম্বন্দ বাজারদা পোৎ থাংলে। ফংলকপা খরনা শিদনবা চারগা, খরনা তূংশিন্দুনা চহী খরা লেল্লক্লে।

ঐগা থংনবা ইনাও য়াইমদু পীক্লিঙৈদগী ওম্থোক্লা চক্রি ফত্তে। চাবসি মানা হেক হেন্দ্রিমখৈ য়াদে অদুনা মপাঙ্গলসু ফৈ। মাসু ইতুং ইলহল্লে। ঐখোয় অনীনা ইনাও অনীগী মপূক থাকপদুদি থোইদোক্লা ৱাদ্রে। খরা লৈরগা ইনাও অনীদুসু ঐগী শিনফমদুদা পুশিল্লে। ইচিল-ইনাও ঐখোয় মরিগী খূৎনা লূম্ল-লূম্লবা পোৎলূম কয়া থাংদুনা খোঙফম চেৎনা হিংবগী লানফম মায়োক্লরে।

ঙসিদি জুমা নুমিৎনি। অয়ূক ঙাইহাক পোৎ থাংলুরগা ঙন্না য়ূমদা হজিনগে খন্দুনা অফংবা থবক চিলহাও থিরুদ্রে। লূমখ্রবা চেঙ বোরা অমা বসতা হাপকৎলুবগী

পীরকপা পৈশাদু লুপা অনী হনগদবনি। ফূরিৎখাউদা শেঞ্জোই খরা য়াওরিবদু য়েংলুবদা লুপা অনী শুগদবা শিকি অমা ব্রাৎলম্লে।

"তাদা শিকি অমদি ব্রাৎলে, সি লৌশিনবীরো।"

"ঐখোয়না মখায়'মা শিকি'মা য়েংবীয়ু হায়বদি য়াদবা, নখোয়দা হেঞ্জিনহৌবনা ব্রাৎলে, লৈত্রে হেক মহায়বা; য়ারোই শুনবা পীরকউ।"

চেঙ মপূ তাদদুনা মমীৎ-মনাগা শংতোকপমখৈ ঙাঙলকপদুদা ঐসু শাউনিংদুনা ঙাইহাক নিংঙাই-শংদানরিঙৈ কদোমদগীনো খঙহৌদে থায়নগী মরূপ মংলেমদু শৎ ফাওজিল্লকই।

"হাই! হকিম নৎত্রো?"

খোঞ্জেলদুতং তাবদা হৌজিক্তা শিকি অমা ব্রাৎপগী নংখিবা ইকায়বদু কাউথোকখি অতোপ্পা শিকি চৎপী অমা মীৎতা ফন চোংথোরকখি।

নুমিৎতু ইমানা চাক থোংখিদে। মমাঙগী নুমিদাংদুসু ঐখোয় ইমানা পাল খবা ফৎলগা পীজখি। স্কুল চৎনবা শেম শারিঙৈদা ইমা চঙলক্লুনা হায়বৈ, "হকিম, ঙসিদি স্কুল চৎলুরনু। নুমিদাংসু চাক চাদ্রে, হুরেল স্কুলদা ব্রাগনি। ননাওশিংসি য়েংলম্মু, ঐ ননেখোয়দা চৎলগা পৈশারা, চেঙলা খরা লৌরুগে।"

ওঝানা স্কুল কাদবগী ফূবা চৈফূদু ফংগনি কিবদগী ইমানা হায়বা ইন্দনা স্কুল কাখি। কালেনগী য়াক্লবা নুংশাগী মৈশানে, চাক লাম্বগী ব্রাবনে স্কুল য়ৌবদা ইশাসি হুমাং অনপ্পী কাংখি। স্কুলগী পৃখ্রিদগী অরূবা ঈশিংদু খূজোক মরি-মঙাদং থকচিল্লগা ক্লাসতা চঙলে।

হাফ থাবদা ইমান্নবশিংনা চোং-ফন্দুনা শান্নবদু য়াওরুদ্রে। ইথন্তা চীক্লা উখাদা ফমদুনা চাক লাম্বা খাঙলম্মী। মংলেম্না ইবোক পোৎফম ফম্বীদগী লৈরুবা খঙ্গ্রানা য়োম্বা চনা কাংঙৌ পায়দুনা লাকপদু লাপতক্লা ঐনা উরে। চানিংবনা তিন য়োৎখি। মংলেমগী মনাক্তা চঙশিল্লগা ঐনা ইকায়না হায়রুই, "মংলেম নঙগী চনা কাংঙৌদু ঐসু খরা চাগে। হয়েং ঐগী লৈরগা অমুক চামিন্নসি।"

"হোয় চাও, য়াম্নদি চানুকো।"

মংলেমদগী চনা কাংঙৌদু চারগা স্কুলগী পৃখ্রিদগী ঈশিং পেন্না অমুক থকচিল্লে। কয়াদি হাউখ্রে। হকচাঙসি ইতেক তেকখৎখি।

নুংতিগী খোংবান-লূকপান্দা শান্নজবা পাম্বা ইনাওশিংদু ঐনা স্কুল হল্লকপদা

ফমুংদা মবূক পায়রগা লোংনা-লোংনা তাদুনা লৈরম্মী। ইমা লৈরমদে। নুমিদাংগী চরা থিবা চৎলমগনি। চাকখূমদা য়েংলুদ্রবসু খঙলে, ঐখোয়গী চাক থোংদ্রে।

লাম্বনা উইশিনবা ঙমদ্রবা ইনাও অহুমগী মমীৎশিংদু ঐঙোন্দা য়েংলকই। নহা তোম্বনা হৌদোরকই, "ইচৌ, ইমানা নঙগী খোংদ্রুম চমফূৎ থম্বনি, ঐ খরা চাগে।"

"ঐসু চানি, ঐসু চানি।"

খরা চাউবা অনীদুসু ফমুংদগী ফন-ফন চোংথরকখি।

এলুমিনিয়মগী মপান পূমতৎ তৎলবা তেঙ্গোৎতুদা থনকোক তৌনা হাপলম্বা খোংদ্রুম চমফূৎতু ইনাও অহুম্না অদুম লোইশিনখ্রে। শাগৎলিবা হকচাংসি ঈংহল্লুনবা তুরেন্দা চেল্লে। মীৎসি পূমঙাঙ-ঙাঙবা ফাওবা লূপ্পুরগা হল্লকপদা ইতোনখোয়গী শঙ্গোয় মনীংদা হৌবা চূপ্ত্রেদু হেক্লগা তপ তাবমখৈ চাথোক্লে। নুমিদাংদা চাক থোংদ্রবদি ইমাগা ইনাওশিংগা পীজগে খন্দুনা অমুনবা খরসু ফদিদা য়োমদুনা পুবীরকই।

য়াচঙলকপদা ইমা য়ূমদা হল্লকই। ফিজীদা য়োমদুনা পুরকপা চেঙদু উবদা লৈতারমদবা পূক্লিংসি খরমখৈদি ঈংথখি। ইমা চাকখূমদা চঙখ্রে। চাক থোংন-থোংনা ইমানা হায়, "ননেনা পৈশাসু চেঙসু অমত্তা পীরক্ত্রে। ঙসাই নুংথিলদগী মিলদা চেঙ খপ্পা য়াওরুবনি। কেজি অমখক ফংলকই। মসিনসু হৌজিক্কী চরা কোন্নবা নত্তে। হয়েংদি নঙগী বিলাইটি ঙানু অনীসি য়োম্থোকখ্রসি।"

"মরূম কোক্লিবদুদি।"

"হৌজিক মদু খল্লুবা য়াবা নত্তে। নঙসু ননাওশিংসু ঙরাংদগী চারক্ত্রি। লৈত্রে হায়দুনা চাদ্রবদি শিবা তাবনি।"

"শিবদি ঐ তল্লি ইমা, য়োম্থোকখ্রসি।"

ইমানা শিবা হায়বা ৱাফমদু হেক পল্লকপদা ঐ কপ্লিংলকখি। ফনমক পঙদুনসু ঐ শিবা হায়বসিমুক কিবা লৈতে। ঙানু অনীদু য়োনখ্রবা তুংদা ফংগদবা অৱাবদুদি ঐগীনি। মখোয় অনীগী মরূম্না নুমিৎ নীনি হুম্নি তুংশিল্লগা য়োন্দুনা ঐগী খাতা লৈনৈ। ইপানা ঐগী লাইরিক তম্নবনি হায়দুনা ইনেদগী মরূমদগী ওম্থোকপদা ঙায়রিঙৈ লৈবিখিবনি।

থৱায়সি নুঙাইফম খঙদনা চাকশঙদগী থোরক্লগা স্কুলগী হোম ৱার্ক তৌরি। লাইরিক তমদবা ইনাও অহুমদু ইনাক্তা চোং-ফন্দুনা শান্নরি। ইমানা চাক লোইরে কৌরকপদা মখোয় লোইনা চাকশঙদা হোৎচিন্নখ্রে। ঙাইহাক লৈরগা ইমানা লাউরকই,

"হকিম, নঙবু চাকসি হান্না চাথোক্লখোনে, ননাও অহুমসিনা লোইনা চাথোকখিদৌরে।"

"ইমা, ঐ চাররোইয়ে।"

ইমা থোরক্লুনা ইনাক্তা লেপ্লে, হংলকই, "ঙরাংদগী চারক্ত্রি, কৈদৌরে নশা নুংঙাইত্রব্রা?"

"স্কুলদা মংলেম্না চনা কাংঙৌ ময়াম পীজরকপা। পূকসি হৌজিকসু ময়েং তাদ্রি।"

ইমানা ঙসাই পুরকপা চেঙদু উবদগী চানিংবদি অরোয়বী যৌখ্রবনি। ফোঙ-ফোঙ শাবা মৈতে চেঙনা থোংবা চাক্কুগা ইমানা কোবী মশোয় খরগা আলুগা চমথোং থোংবদো ইনাও অহুমগা ঐখোয় মরি নংহৌরোই মতাগুম চাবদো ঙসাইমখৈ মীৎমাঙদা উরম্লিবনি। ঙানু য়োনখ্রগা ফংগদবা ঐগী দশা, চরা অনী চারক্ত্রবা ইনাওশিংনা ইমানা হাপ্লকখিগদ্রা ঙাইনা-ঙাইনা পূখম, তেঙ্গোৎ লেক্লগা তোকখিগনি হায়বগী পোৎলূম মচা অমা কোক্তা নম্থবা হৌরকপদগী চানিংদ্রে হায়দোকখিবনি। ব্রাহৈদু হায়দোক্লুরগা ঐগী মীৎতগী তারকখিবা মরোল লোল্লবা পিদু ইমা উখিনি খন্দুনা লোন্না তৈথোকচৈ।

অয়ূক ঙন্না ইমানা ঙানু অনীমক অব্রাংগী চাচাদা য়োম্থোক্লুরগা চেঙ ব্রাল্লুরে। চরা অহুম চারক্ত্রবা হাঙলবা চাকখাউ থল্লগা স্কুল চৎলে। স্কুল হেক যৌবগা মংলেম্না হায়রকখি, "হকিম, ঙরাংগী চনা কাংঙৌদু মখায় অমগীনি। চাবসু নঙনা হেন্না চাখি; শিকি অমা শিংলকউ।"

"হোয়, হয়েং শিংগে।"

শিকি অমগী ব্রাখলদা ওঝানা তাকপা পাডা অমত্তা ঐগী নাকোংদা চঙখিদে। লাযরবী ইমানা শিকিদু হরাওনা পীরক্কনি হায়বসি পীক্লবা ঐগী পূক্লিংনা লাম্বা ফংখিদে।

স্কুল হল্লকপদা ইমানা খামেন মখোঙ শোম্লম্বদু থোঙ্গালদগী উবে। ইমাদা হংলগে খন্না থৌনা ফনা চঙশিল্লুবদু মনাক যৌরগদি হংসিরা-হংগুমসিরা পূক্লিং মচাসি অমুক চমম্লরকই। ঐনা ইমাদা অমুক য়েং, লৈমায়দা অমুক নোম্থরগা লৈবা ইতৌদুদা ইমানা হংলকই, "কৈদৌরে?"

হংদুনদি ময়েংলগে খল্লগা হায়ঙমদনা হায়দোকখি, "ইমা, ঙানু য়োনবগী পৈশাদো লৈরিব্রা?"

"করিগীনো।"

"কৈসু তৌরোই, শিকি অমত্তা পীয়ু।"

"হয়েং পীগে, চৎলো ননাওশিং কৌরগা চরা ৱাঙ্থোক্লু।"

থৱায় নুংঙাইনা ইমুংদা চঙই। ৱাখলদা ইতোমতা চাউথোকচৈ ঐখোয়বু য়াম লায়রবা মীরো? শিংবীগেনে নঙগী শিকিদো।

থংনবা নুমিৎকী স্কুল চৎলমদাইদা ঐনা ইমাদগী পৈশাদো লৌগে খল্লিঙৈ, অৱাং লৈকায়দগী মৈতৈ নুপী অমা লাক্লগা ইমাদা পৈশা থৌরৈ।

"হাই! শিরুম্নবী, তৌশিন্নদুনা চেঙ শোৎলদুনা চাথোকপ্রগা কাউশিন্নবগাদি য়ারোই। ঙসিগী নুমিৎতা লুপা তরাদু পীদ্রবদি ঐবু ফত্তে হায়নুকো।"

ইশানা খঙনা শিকিদু অমুক ইমাদা পীযু হায়দনা ৱাখলদা কিথী-কিরুম স্কুল চৎলে। খল্লি— মংলেমদু কারক্লমদ্র'দি নুংঙাইনিদা। স্কুলগী গ্যেটতা মংলেম্না ঐবু ঙাইদুনা লৈবল্লে।

"কদায় হকিম, ঐগী শিকি হায়'দো।"

"ইমানা পীয়ু য়াদে, হয়েং পীগে।"

"হুম! নথীবোংদি চাথোকখ্রগা।"

নুমিত্তুসু ইকায়-নুংশি য়ান্নদুনা ওঝানা তাকপা পাড়া খোয়জংনা তাদ্রে। মীৎতা শিকি চৎপী অমা উদুনতা লৈরে। ঐগী ঙানু অনীদু অমুক নুংশিরকই। মখোয়'নী লৈবল্লবদি মরূম অমত্তং য়োনবদা শিকিদুদি অদুম ফংজপোৎনি।

নুমিৎ খুদিংগী স্কুল চৎলমদাইদা ইমাদা শিকি তাল্লি। নোংমদি ইমানা থীনদুম ফৃখি অদুগা নুমিত্তুদা মংলেম্না স্কুলদা তৌখিবা ধমকাদুসু অঙকপনি। ঐনা হয়েং পীগেদং হায়রুবদা নঙ্গলসিদা কিন্না নোৎ-নোত্তুনা থিল্লগা থীনা চৈরকখি, "হয়েং পীগে, হয়েং পীগে, নচীন থীবা। ঐদি পীদ্রিফাও' নুংতিগী ফৃদোইনি। হুম! চাথোকখ্রগা লীকইনিগানা, মুথী।"

মংলেম্না ফৃবগী চৈনাদু তৃমিন্না খাঙনবা হোৎনবদা ঐগী মীৎতা ঈরা চেল্লকখি। ইমান্নবশিংনা ঐবু উরগা নোক্লবিখি।

মংলেমগী ৱাহৈ অমনা ঐবু মীকৃপ অমত্তং পোত্থাফম খঙহল্লমদে। ইমাদা অমুক হন্না শিকি পীয়ু হায়ররোই হায়নসু লেপখ্রে। শিকি অমা পুদনদি ঐ কমদৌনা স্কুল চৎকনি? মংলেম্না ফৃগনি হায়বগী চৈনাদু কিকৃবগীদি নত্তে; হন্ন-হন্না ফংগদৌরিবা ইকায়বা অদুগী চৈনানি ঐনা পৃক্লিংদা অকিবা পোক্লিবা। ফৃবগী ৱাদি ঐগী ঙানু হেক যোম্থোকখিঙৈদগী হোম-ৱার্ক ইদবগী পেরিওড খুদিংগী ওঝাশিংনা ঐঙোন্দা ফৃই।

অদুদা ঐ থোইনা কিক্‌দে।

ঐ স্কুল চৎলবোই হায়না লেপ্লে। ক্লাস ফোরদা অদুম লোইশিল্লে। অদুবু ঐগী ফিবেপতি 'শিকিদু নোংমদি শোযদনা শিংগনি' হায়বসিনি।

ঊফুল-ব্রাইফুল তৈববা মরূপকী মফমদা ঊৎনিংদ্রবা মাযথোঙসি লোৎলুবগী কান্নববোই। মনাক্তা ইকাযনা চঙশিল্লি।

"কদোমদৈনো মংলেম?"

"ঐ লুপা লাক্ষ যাঙ্খ্রেগী কোন্ট্রেক ব্রার্ক অমগী টেণ্ডব ওক্লুবনি, কমদৌবি নঙদি?"

"তৌবিবসিনি মরূপ, পুন্সিসি পোৎলূমগা থাদোক্লবা য়াদ্রে।"

"চৎলগে খবা থুবে।"

নানখ্রবা কাবদুদা কাখৎখি। থোঙদু থিংজিল্লমদাইদা ঐঙোন্দা হাইফেৎ যেংলগা হাযবম্মী,

"নোংমা চা থকমিন্নসিকো।"

মতম কুইনা নীংশিংলুদ্রবা শিকি অমগী পোৎলূমদু অমুক পুবগা যূমদা হল্লকই। হকচাঙ শেংদোক্লগা মসজিদতা ইরাইগী নমাজ শোল্লুরে। নুংথিল চূপ্লদুমা ফক শেগায়বা অমা থাবগা ঊপনা হীপ্তুনা ব্রাখল তৌই– মীগী শেন্দোল শিংদবা হায়বসি গুনাহনি। ঐনা শিংবা ঙমখিদ্রবা শিকিদুগী মমল চরা অহুমনি। অদুক মমল য়াল্লবা শেনফমদু হৌজিক ইপাঙ্গল চাউদুনা নুপী-অঙাং লৈরবসি ফাওবা করিগী ঐনা শিংদোক্ত্রিবনো? মংলেমগী শিকিদু থুনা শিংদোকখিবা তাই। লুরিবদি হৌজিকপু শিকিবু পৈশানি হায়না পীরুবদি ফাগী তাগনি। অদুদি কয়া পীসিগে? ঙাইহাক বুদ্ধি তৌই। মতমদুদা শিকি অমসি য়েরূম অমনা ফংইকো? অদু ওইববদি হৌজিক য়েরুম অমগী মমল লুপা অহুম। ফরে, লুপা অহুমগী ওইনা শেন্দোয় হাপ্লগা শিংলগে।

ফনা কুইনা চৈতেক্লা লৈবাক্তা খোৎতুনা অপূনবা শেন্দোয় শেল্লেপ পুথোক্লবা হোৎনখি। ফল তাবা ঙমখিদে। ঐগী কোকসিনদি মদু ঙমফমসু থোক্তে। তুবেল ব্রাংমদা লৈবা অঙ্কদা মমিং শেগাক কায়রিবা হৌজিক-হৌজিকসু কোলেজ তল্লিবা পাখঙ মচা অমা কৌরে।

"ইবুংঙো, লুপা অহুমগী চহী কুনগী থাদা চামদা মঙাগী চাংদা কাবা শেন্দোযগী অপূনবা শেন্দোয় শেল্লেপ অমুক্তা পুথোকপীয়ু।"

কোক ফবগা হায়বসি লোৎপা য়াবা পোৎ নত্তে। ঐনা পূং কয়া মফম মরাঙ খঙদবমখৈ লৈবাক্তা নৈশিন-নৈশিন খোৎপদা ফল তাবা ঙমদ্রবদু মানা মীকূপ অমদা হোৎতোক্লগা হায়রকই, "লুপা কুম্লামাপল তারে ইচৌ।"

"ইস! য়ামখ্রেদা, শোয়দ্রেকো?"

ঐগী চিংনবদু কোক্লবা মানা মচা খায়না তাক্লকই, "লুপা অহুমগী থা অমগী শেন্দোয় পৈশা তরামঙা, চহী অমগী শেন্দোয় লুপা অমগা পৈশা মরিফু, চহী কুনগী শেন্দোয় লুপা কুম্লাতরুক, শেল্লেপ লুপা অহুমদুগদি পূন্না লুপা কুম্লামাপল।"

সুম-সুম শিংদোকহৌদবদগী য়ামশিনখ্রিবনিনে। থা অসিমা হেক লানখিবদা অমুক্কসু হেনগদৌরিবনি। থা লোইদ্রিঙৈদা শিংদোক্তবা য়াদে। নোংমগী লুপা অমা অনী তৃংশিনবদা হেন্দোক্লদি কোন্নে।

ইনে য়াইন্বীদগী লুপা অমা থাদরগা ক্বা মতপ অহাওবা অমা উল্লগা পোৎ থাংবদু অৱাবা কাউবনি অদুবু তোক্লে। নুংতিগী লুপা অমমম অনী তৃংশিনবদা লুপা কুম্লুমাপলদু শুবে। ঐনা পোৎ থাংবদা শেৎনবা চহী নিপাল শুরবা সেকেগু-হেগু খোঙগ্রাওদুগী মনূংথংবা খাউদা পৈশাদু চেকশিন্না হাপ্লগা, মোৎতক তৌবা ফি অমা লেংবান্দা য়াল্লগা থবক চৎলগে থোরকপদা ইনাও অতোম্বগী কাদা পাখঙ মচা খরা জু-জু তৌনরিবদু তারক্নুনা ঐনা রাহেনা কৌথোক্নুনা হংই, "কনা কনানো লাঙলিবসিনা?"

"নহাতোম্বা নুপী চেল্লকএ?"

কুইনা পুরক্লবা পোৎলূম অমা থাখ্রগনি হায়বগী আশা তৌরুবতা ঙায়রিঙৈ চাউখ্রবা অনৌবা পোৎলূম অমনা অমুক থংননা নম্থুরকপদগী ঐনা ফিংগৎনা মঙোন্দা ওনশিন্দুনা লাউখি, "নঙনা চেলহল্লি ওইরিনিনে? নঙনা চেলহল্লি নৎত্রো? ঐ খঙদেকো, ঐ করিমত্তা খঙদে। নঙ থোকপা তৌ। ঐ চৎলে।"

পেন্দবগী শাউনিংমন্দুনা ঙাইহাক্তুং তাইনফম খঙদনা চীন্দা পঙঙাঙ ঙাঙথোকখিবনি। থম্মোয়দদি খল্লরোই য়াবা নত্তে। পুন্সিদা পুদুনতা লাক্লবা পোৎলূমশিংদু ঙসিদি পোৎলূম ওইনা খল্লক্লে, চীংজাও মপৈ ওইনা কোক্তা নম্থুরকপগুম খল্লকখি। ঙন্না য়ূমদা হঞ্জিনখ্রগে খন্দুনা চেঙ কেজি অহুমদং ৱাল্লুরগা থোরকপদা লাপতক্লা মংলেমদু মাগী অঙাঙবা কারদুদগী কূমথরকপা উরে। মমাঙদা অহুল্লক মাবু উখিবদু মানা উখিদনবা ঐ লোৎখিবনি। নুমিত্তুদি কনাবুসু ঐনা ইকায়বা লৈতনা মনাক্তা চঙশিল্লগা কৌরুই, "মরূপ মংলেম।"

"হাই! হকিম, লাকও চা থকউসি।"

থক্লরোই হায়বগা য়াখিদে। মোৎলবা ঐগী হকচাঙ, ফি-রোল করিমত্তা হঙ্গোইবা লৈতনা লেংগোল্লদুনা ঐবু নানথ্রবা হোটেল অমদা পুশিল্লে। ঐ কপ্লিংলকখি।

চা থক্লিঙৈদা ঐনা মতাঙ চারে খন্দুনা ৱারী হৌদোক্লুই, "মরূপ মংলেম, ঐ মরূপকী শিকি'মা তোল্লিনে।"

"অদুগী ওইবিনিনে নঙনা স্কুল তোকখিবদো?"

ঐ খুমখিদে। চাদু তপ্পা অমুক চিংই। মংলেম্না মখা তারকই, "ঐনা জ্ঞান তারকপদা নঙনা লাইবিক তম্বা তোকখিবগী মরম খঙলকখি। করিসু লৈতবা শিকিদুনা মরম ওইবগা মমল য়াম্লবা পুন্সি অমা ঐনা মাঙহনখ্রে খল্লুবদা ঐ নীংঙমখিদে। মদু পাপনি। নঙবু অমুক্তং থেংনরগা ঙাকপীয়ু হায়জগে খনখি। ঙসিদগী ঐবু ঙাকপীরোকো মরূপ।"

"করিনো মরূপ, ৱাহৈদু ওন্নরে। ঙাকপীয়ু হায়জগদবদি ঐনি।"

ঐগী মোৎলবা খূৎনা মরূপকী খূৎপু চেৎনা পায়শিন্দুনা ফনা কুইনা কপখি। মরূপ্পা ঐবু থেমজীনবীখি, "হৌখিবা পূম্বদু অঙাং ওইরিঙৈ অচোপ-অরেম খঙদ্রিঙৈগী ৱারীনি খন্দোক্লগা কাউথোক্লসি।"

ফীভমসিদদি শিকি অমগী ৱাফমদু মখা তানা হৌদোক্লুগদবা ইকায়রকখি। অদুবু ঐগী ইকায়বনা পুন্সিদা অদুক মমল য়ামখিবা, মদুমক্লা অৱাবা কয়া কোকথোংনখিবা পূম্নমক্তুবু নমহৎপা ঙমখিদে।

"ঙসিদি ঐগী কুইনা পুরক্লবা পোৎলূম অমত্তং মরূপ্পা কোকপীরম্মু।"

"করিনো হায়রো?"

"শিকিদু লৌশিনবীয়ু।"

"নঙোন্দা মদুনা পোৎলূম অমা ওইরবদি কদায় পীরকও।"

ঐনা চেকশিন্না থল্লিবা পৈশাদু লৌথোক্তুনা মঙোন্দা শিন্নরে। মানা ঐঙোন্দা ঙক্লা য়েংলদুনা হায়রকই, "ঐদি শিকি অমত্তনি পীয়ু হায়খিবা। অসুক য়াম্বা পৈশাদি ঐদি লৌবা ঙম্লোই?"

ঐনা শিকিদগী কমদৌনা লুপা কুম্ভামাপল শাগৎখিবনো হায়বদু মচা খায়না মঙোন্দা তম্লে। মদু তারগা মরূপ্পা নোক্লদুনা হায়রকই, "নঙগী অঙ্কসিদি তুরেলগী লৈঙোয়দগী হেন্না কূপ্পী। ঐনা কুইনা থিরকপা মীশক্তুদি মরূপ ওইরম্লেদনা। ঐগীদি পূকচেল শেংবা হায়বসিদগী হেনবা মতীক চাবা মী লৈতে। নঙ মোহোরি ওইরো।

হয়েংদগী থবক কানবা তৌসি মতম অমদা ঐনা নঙবু মহৈ তম্বা তোকহনখিবগী লঙশিঞ্জখিবা পাপতু মদুনা খরমখৈদি কোকচগনি।”

ঐ মঙলান্দা তাউরি। মরূপ্পা ঐগী খূবাক্তা পৈশাশিংদু থন্নগা লুপা অহুমখক্তং লৌখৎলগা হায়রকই, “ঐ মরূপুগী শেন্দোই লৌদে। নঙনা লেপ্পা শিকিগী চাং লুপা অহুমসি ঐ লৌরবনি। ঙসিদগী নহাক্কী পোৎলূম খূদিংমক কোক্লবনি হায়না খল্লো। লুপা অহুম অসিনা মরূপ্পু নীংশিংনবগীদমক মতম কুইনা ঐগী ফূরিৎখাউদা লৈরসনু।”

চা থকপা লোইদুনা হৌগৎলকপদু হকচাঙসি খঙয়াং-য়াংখি। মরূপ্পা অথূম-অহাও পীক থন্না য়াওবা চেখাউ অমা ঐঙোন্দা শিন্নরকই, “সে সি পায়শিনখো, অঙাংনা চানবনি।”

ঐ ঙকখি। ঐদি মচাগী ওইরবোই খল্লুবনি।

“য়ারে মরূপ্পা অদুম পায়বিখ্রো।”

“ঐগী চাবীনবা লৈত্রি। মরূপকী ইচাদু ঐগীসু ইচা নত্রো? নোংফাদোকসু ঐনা পীজবা য়াইদনা।”

ৱাফমদু ফজমনখিবনা ঐ য়েৎলুদ্রে। খল্লি— মসি উবদা রহেনা মমা-মচাদি হরাওজরনিদা।

য়ূম য়ৌরগা পুরকপা অথূম-অহাওদু রহেনাদা পীশিল্লে। মমা-মচানা কয়াদি হরাওজরে। অসুক নুংঙাইবা নুমিৎসিদবু ৱায় হায়দুনা পোখাদুনা লৈথোক্কদ্রা? শেংনা ঈরুজথোক্লগা ইচা পোরগা লৈকায়দা মতম লেল্লুগে।

অয়ূক্কী থৌদোক খঙনিং নীংশিংলকই। তপ্পপ্পা রহেনাদা হংই, “কমদৌখ্রে অমা পুশিল্লকএ হায়দুনা?”

“ইতোনখোয়, চাচাখোয় চৎলুবনি, নঙ লাক্লগা খন্ননি হায়বনি।”

“মতৈ ইবুংঙো অনীদুদি মখোল তাদেনা লৈতব্রা? মনাওনুপী লাকপদুদা ইকায়দুনা লোৎখ্র’জাৎলা?”

অচাপোৎ অমা উমশায়-শায়রগা রহেনানা খুল্লকই, “খঙদেদা অনীদুসু নুপী চেল্লক্কদৌরিব্রা? করিনো হন্দক্তি কোয়খিবসিনা।”

ইশাদা নম্বুরক্কদবা পোৎলূম খূদিংমক লোইনা মায়োক য়াবা ঙমগদবগুম ঐনা থৱায় তানা নোক্লগা হায়খি, “হাই রহেনা অনীদু কদায়দা লৈগে থিরুচো, হৌজিকমক নুপী চেল্লকউ হায়য়ু। হয়েং অহুম্মক নিকাহ শোল্লগা চাউনদুম লুহোংথোকপিগে।”

ব্রাহৈশিংদু হেক হায়দোকখিবগা লায়রবী ইমাগী অরোয়বা ব্রাহৈশিংদু নীংশিংলকই। পূক্লিং নুংশিনা ঙাইহাকসু কপথোক্লুরে। থম্মোয়গী অচেৎপা ফিরেপ অমা লৌরগা ইমাগী মফমদা মীৎকী পিনা পাউদমখি, "নচানা পুন্সি চূপ্লা ইনাও অহুমগী পোৎলূম পূন্নমক ইকোকথক্তা পুজগনি। ইমা! নঙ জনত্তা ঈংনা পোখাবীয়ু।" ❑

# লৈহাউগী মমল

হন্দক পুন্সিদা অহানবা ওইনা ঐনা নাখিবদু মাইবা, ডোক্তরগী খূৎ চঙবা য়াদবা ওম্বোক্লা তমথীখ্রবা অঙাও-লাযনানি। লাইওংদি তূমিন-তূমিন ইথন্তা নোকপা, খোয়শাওনবা, কপ্পীংবা ফাওবা, করিগুম্বা নুমিৎতা শা-ঙা থোংবা ফাওবা মীৎচিনা হন্না য়েংনীংদবা, নোংমনা চমফূৎ ফাওবা খোয়দানা চাবা অসিনচিংবনি। তশেঙনসু ঐ পুরা ঙাওবনি। মরক মরক্তা তূমদনা মঙলান কয়াগী মরক থৎনা মাগী রাশি লৈবী মীৎস্নাদু হাইফেৎকা খপ্লগা মোমোন্নবকপদুদি, লোইরে ঐ। ইশাসি লৈরিব্রা হায়দুনা মাদুনা য়েংজবকা য়াওখ্রবজাৎনি।

"চেক্লা পাইখ্রবনা
পোম্বী হঞ্জিল্লকপদা
চেক্লাগী কাযদোংফম খঙদবনা
পোম্বী ককঙাওনরেদো।"

ঐগী নুংশিবীনা ঐবু কৌরক্লে। পম্বুবা য়াদ্রেনা। বাঠ রূমদা চঙদুনা হকচাংসি য়োৎখোক চাম্বগুম হাইফেৎ চামথোক্লে। খোংগ্রাওদু খোঙ অনীমক চোংখৎলগা থিংজিনবা য়ারম্লবদি মদুমক তৌরমগদবনি। মোজা ফূরিৎ লীৎতে, নংদবা। ফিয়ান্দগী ফূরিৎতু তাপ পায়রগা থোরকই; কুদামদু চৎনা-চৎনা পাল্লি।

য়েংউনে, অসিদবু কনানো ঙাওরোইদৌবা! অসুক থোৎখ্রবী খূৎশাশিং অসিনা থীল্লক্লিবা ধোনগী তাম্বা চানা শারিবা জগোয়। পীক্তক তৌনা তবারবী

চীনবান্দুদগী থোরকই, "লৈগী লৈকাদা খোইমুনা ঙংলি, নামিরবা নুংশিৎনা লিরি-লিরি হুল্লি।"

ঐগী পূক্লিংনা মখোল থোক্তনা শোল্লি - মানি নঙগী লৈকাদনি ঐনা ঙংলিবা, থম্মোয়দা বসন্তগী নুংশিৎনা লিরি হুল্লববদা।

"বোম্ভুগী থম্মোয় হোগায়বী মাইবী লৈশাবী'মা য়াওই হায়'দু য়েংগে লাকপনি, করম্বনো?"

মরূপ থেম্বুংনা ঐনা ফল্লিবা ফকশাংদুদা খোঙগ্রায় চন্দুনা ফমথরগা হংলকপনি। ঐগী মঙলান ঙাইহাক মরক থৎখি।

"আদগী সোম নাকল থংবা, ঐখোয়' ইমাখোয় মতমগী হীরোইন মীনাকুমারী মানবীসিনেমী।"

"হে হে! অসিদি য়াইহে।"

ঐনা চাউথোকচনা খুমই, "যাবনি, মসিদনেমি ঐনা ব্রাম্ভুরিসে।"

মরূপ্পা ঐগী নঙ্গলদা খূপাক্লা পোপ-পোপ থারগা খোঞ্জেল থোক্লদি নোক্তনা হায়রকই, "অদো নঙ পেনা শকপরা, মাইবরা অমদি তমশিনহৌবা ফবনি।

"এরা! মাইবা, পেনা শকপা নৎত্রদি মাইবী লৌবা য়াদে'বা লৈব্রা?"

"য়াবুদি য়াই, অদুদা হয়েং লাই তোংলি'নি হায়দুনা ককচেং ময়াম্না চীকপা, তীম্ভোকতৌনা ফ্রিং-ফ্রিং চোং লৈখ্র'দি কনানা কামথবীদৌরি।"

"অদুবুদি চুম্মীনে।"

থেম্বুংনা মখা শমথরকই, "অদুগনে নোয় ইপূগী সাইকল হারকুলিস মখোলগা গে-গে লাউবদো অদুগুম্বা অমগী ফ্রেমদা হাপ্লগা, খয়োম লাকপা, অপোকপা খুরুম্বা, লাই হরাওবা কোয়পু পুরগা চৎকদবা।"

মরূপ থেম্বুংনা ঐঙোন্দা শান্নবা হৌরক্লে। ঐ খীত্তং ব্রারৌখি।

ঐনা থাবল্লেবু হেক নুংশিজরকপদগী ঙসি ফাওবা ঐগী মরূপ-মপাঙশিং, লৈকায় মৌনহা, লৈশাবী পূম্নমক্তগী ঐবু করেম্নবা, নোক্লবা, হন্থনা য়েংবগী ব্রাহৈ নত্তনা পূক্লিং থৌগৎপীবা অমত্তসু য়াওদে। অদুবু মদুদা ঐনা নাচুংবীবদি লায়রদুনা মাবু নুংশিবগী চাং চামদা চামা য়ৌশিল্লকখি।

লাইবৌ জগোয় লোইবদা থাবল্লে চঙখ্রে। থেম্বুং হুন্দোক্লম্লগা ঐ মাইবী শঙলেন মপাদা থারিবা ফানশাংদুদা ফল্লগা ঙাইহাক মোংই। মানা ঐবু উখ্রমাল্লে থোরক্তুনা

ইনাক্তা ঙেক হেক ফম্লে। কোস্মেটিক মনমগা য়ানশিন্নরবা শমজীগী লৈহাউ-লৈরেনগী মনমদু ঐগী নাতোন্দা বঙ পাল্লখি।

নুংওল্লিবগা হায়দুবা খঙদে ইশাসি মালঙগী লশিং মফোনগুম ইতাউ তাউখি। ইতৌদুদা রাশি চরোংগী মোমোন মীনোক্তু নোক্লগা হংলকই, "কৈদৌরগে তাইতোম্বী চাক লামব্রো. লফোই চাগেবা?"

ঐ খুমদে। লৈহাউ-লৈরেনগী শহুমদু কোক্লি। মীরক-নারক য়েংলগা শমজীদগী লৈহাউ অমত্তং ফৎ শৎতোক্লুই। মীৎ উইশিন্দুনা নাতোন মপাদা থম্লগা শ্বর শাংনা চিংখত্তুনা অমুক্তং পেন্না নম্লগা ফূরিৎখাউদা হাপচিল্লি।

"যাবোইকো লৈহাউগী মমল পীবস্মু।"

"ঐদি নহালনা পীখ্রবনি, নঙনা খঙদবৈ ব্রানি।"

মমা গুরুনা কৌরকপদগী চের্নশিনখ্রে। ঐসু হল্লক্লে, মায়থোঙদা নোকমি-নোকমি, চান্দা ময়েক শেংফাত্তবা ঈশৈ ঙংল-ঙংলদুনা, ফূরিৎখাউদগী লৈহাউ মনম্লা বঙ-বঙ।

অয়ূক ঙন্না থেস্লুং থুংলৈ। মখোয় পাবূংনা শরেনগী চাক কৎকনি খরা শীল-লাঙলুসি হায়ররে। কমদৌই! ঈরুজনীংবা ঐঙোন্দা থোঙ্গ্রা তেক্লেদনা। লাইসিবু লৈতে হায়সিবো?

মিনিট অহুম্মুক চঙনা ফজনা ঈরুজথোক্লে। থাউ মনম নুংশিবদু পুম্বমখৈ তৈশিল্লগা ষন্না লেকখিবা মান্না শমচেত্তু তপ নপ্পা হাৎলে।

ইচেনা হন্দক চৈরাওবদা পীবকপা সেন্টিমিটর ১০০ গী মোজাফূরিৎ অহনবদু খূৎলামখাম কৌবে। ইমাগী উপুদগী হঙ্গাম'পাল মচুগী খূদৈদু নামৈগা ফজনা হাপ্পুনা শেৎলগা মিংশেল মমাঙদা নাকল য়েৎলোম চেপ্পুনা য়েংই। য়ারে মওঙ মাল্লে। ঈরুজবা শেংদ্রবসু মওঙবু মাল্লবদি য়ারবনি।

লাইবূং য়ৌবদা মহাক লাইবাউ চেনবা লোইরম্লে। ঐগী ঙা শেস্ফমদা চঙলক্তুনা খূনিং কাঙলপ ফম্লে। ঐনা মীৎচিগী থৌরবা তেঞ্জে অমা মথস্মোয়দুদা য়ুংনা হেক্তা পাল্লসনু মতাগুম কাপ্লগা হায়রুই, "লাইরোইসি কুইদ্রেনে, ইমা মাইবী।"

য়াঙলেনসিদা মখূৎ মচাদুগী খূত্তুম্না অমুক্তং দীক লাউনা শুথরকখি। মতৌদবু মান্দবনি কয়াদি নাখ্রে। অদুবু থস্মোয়গী অপেনবদি হেনখি।

"ইমা মাইবীগানা, ঐনা মী লৈত্রদি মিং অদুম কৌ হায়দ্রা? লাইরোই কুইদ্রে; অদু কৈদৌসি হায়রিনো?"

ঐনা মায়থোঙ হনগত্তনা খুম্মী, "যূমদা হনখ্রনু হায়বনিদা।"
"মাই ৱাথী-ৱাকোয়সি হৌরক্লদৌনি।"
"অশেঙবৈনে, ঐ লেপ্লবনি।"
ফূক হৌগৎখি, চৎখিগে তৌই। ঐনা খাম্মী, "ঙাইখো ৱা'মা হংখিগে।"
হান্নগুম খূনিং কাঙনা ফমথরকই।
"কৈনো হায়রোসে।"
"নঙবু লাইরোইদা নুরাবী শাদোইরো?"
"ইমা গুরুনা ঐঙোন্দা শাও হায় শাদোইনি।"
"ঐনা য়াদে, শা' য়ারোই।"
খজিত্তং ঙকচান্নখিমাল্লে হংলকই, "কৈদৌরগে তাইতোম্বী?"
"নোই হৌজিক কালগী তাম্বুল-নুরাবী শাবশিংসি য়াম হেঞ্জিল্লি, ঐ হৈনদে।"

থম্মোয় পাইথোক্লে তৌবা মাগী মোমোন মিনোক্তু নোক্লগা য়াম্না থৌশাদবা মান্না খুন্নকই, "এ! অদুই ওইরে, ইবুধৌগী থৌগল তৌবনি কৈনো।"

ঙা শেম্বগী থাঙজৌদু থম্মী। মাগী শুমহৎয়াই মিনোক্তা খপচোং-চোংলিবা থম্মোয়সি ফাজিল্লগা শাউরংননা খুম্মী, "ইবুধৌগী থৌগলদবু শক্লিবা ঈশৈশিংদুবু কনাগী করম্বা লাই হরাওবগী লাইরিক্তা য়াওবগে? অথাপ্পদা কৌবগনু লৈঙমদরে মীরমসিদা, মোলাংখাদা লোত্তুনা থল্লিবী, য়েংজবগা পেঞ্জে থম্মোয়না। হুম! মদুদা শেল থাগদবগী নোম-নোমদুনা চঙলক্লিবা যূমায় তাবশিং, নীঙ্গোংদা খোঙগ্রাও য়াম্দুনা শেৎপা পাখঙ মচাশিং, ঐ য়াম য়েং'ঙমদে।"

ৱারৌখ্রব্রা নৎত্রগা, ইকায়খ্রব্রা করিমত্তা খুন্নমদনা মরু লূকথরগা চঙখ্রে। খন্থরকই— ঐগী ৱাহৈদা হেঞ্জিনখ্রব্রা? ঐদি চুম্নতগী মাবু খম্বলজবগী হায়রুবনি অদুসু নুংশিমনখিদুনা। খম্বলবা হায়বসি নুংশিবগী অরোয়বী থাক্লি হায়বসি মাদি খঙদ্রিবা জাৎনি। তাম্বুল পাখঙ শাবদুগা মাগা লাইরোল্লা মীরোল্লা ঙাঙনগদবা তাবা য়াদবা ৱাহৈ-ৱাতাশিংদুদি থম্নু থমখো, মানা পেনা শকপা ওঝা মাইবদুগা খম্বাং লেপমীন্নরগা ঈশৈ অৱাই-অখুম তৌনবদুফাও' ঐদি সোমদা খোয়দৌসি থীৎচরিবনি।

শরেন চনবগী চাক চাবদু মহাক থোক্লক্তে। ইতন তম্থনা চাক্তু খীত্তং চাবগা থম্মোয়সি ওমচাক চাক্লা ঐ যূমদা হল্লকই।

ফমুংদা লোংনা হীপ্লগা করি হায়রগা মাবু থেমসিগে ৱাখল তৌই। ইমা চঙলকই,

মনাতোন্দু শুগৎখি।

"ইস! শক্তাসিগা য়ুনমগাসু নম্মিনে।"

পেক মচা মচাদগী পূকসি কংখৎপমখে থকচিনখিবনি। মনম ফানবা ক্বারা করিনো'মা চাশিনগে খল্লম্বনি, থাবল্লেগী মওঙদুদা পূমকাউ কাউথোকখি। মনমদু খরা ফগদ্রা খন্দুনা ফক্লাংলোমদা চেপশিল্লি। ইমানা চৈরোং খূৎশাগী খূবাক্তুনা নঙ্গলদা অনী-অহুল্লক্তুং শাম্বুরক্লগা মাগী হৌনবী শাউরবদি অচোপ-অরেম খঙদবীদু হৌরকই, "মাইবী শঙবা ওক্রিবরা নঙ? হা! ওক্রিবরা হায়বনি। ফরে-ফরে, নঙনা পাম্মদি পুশিল্লকও। অব্রাং শঙ্গোযসি খারগা তোঙান পীজগে। হয়েং নতুদু লাই হরাওবা থাদোকখ্রগা নচাদু পোরগা চাকথোঙ ফৌশু তৌ। ফজরনি নমায়দু ফৌরা'মুক পাক্লনি। হুম! পুম্নম নম্বসিদি।"

ইমাগী মীচৈনে, থাবল্লেগী মওঙনে ইকায় নুংশি য়ান্নদুনা ফমুংদগী হেন্দোক্লে। অদুবু ৱাখলদি লাইবূংদা, মাগী মনাক্তনি।

নুমিদাং ঙাইহাক মোংলুসিরা খনবনি অদুবু থাজিনখিবা পেক ময়ামদুনা ওইবমাল্লে মতাঙ চাদনা তূমথোকখ্রে। ইমানা হৌদোবকপদা নুমিদাংগী পূং মাপল তারল্লে। লাই লোইশিনখ্রে।

মথঙ অয়ূক্কী লাইবাউ চেনবা লোইখিবগা ঐ লাইবূংদা থুংলে। মমা গুরুগা মাগা লাইবূংগী মখা থংবদা লৈবা হোটেলদুদা চা থক্লম্মী। ঐ পম্বদে। থৌনা ফনা চঙলগা মানা ফল্লিবা ফানশাংদুমক্তদা মনাক নকশিন্না ফম্লুই।

"তাইতোম্বী কদায় চৎতোইনো।"

হংগে খন্না হংলকপা মাল্লি। ঐসু কোচি অমা হেক্তা কোৎশিল্লি।

"ঐগী চৎফল্লো? ঐগী থৱায়না লৈবা মফমদা।"

মমা গুরুদু ঐঙোন্দা নোকফেৎ মরৌ লৈনা য়েংলকই। মীৎয়েংদু ঙাকথোকপা ওইনা ঐনা হায়খি, "ইমা মাইবী, চা অমুক্কা থকখিসিকো।"

"ইমাদি থক্লরোই, নচলগা থকমিন্নহৌরো। লাইগী থবক খরসু ৱাৎহৌরি, চঙলুখিগেকো।"

ইমা মাইবী অহলদুনা হেক হৌগৎখিবগা ঐ থাবল্লেরোমদা খজীক্তংগা নকশিল্লি। মানা ঐগী লেংজুম মপাদা মমীৎ মীৎচিনা হাইফেৎ য়েংলম্লগা হাযবকই, "মীনা য়েংবদা ফজদে, খীক্তং হন্দোকউ তাইতোম্বী।"

"হন্দোকওই, শুকহন হন্দোকওই; পেনা খোংবা, মাইবা, তাম্বুল শাবা নত্তবা ঐদি নঙগা নকশিন্না ফম্মিন্নবা য়াদ্রা?"

মায়থোঙদু খঙমক মকশিনখি। ঐগী চীনসিসু ওম্থোকপা বেরাগী চীননি। কোক্তা হাইফেত্তং খনখিবগা চীনবান লেঙবনা হেক্তা হানখি অদুসু ষ্টোপ থমদবীনি। মানা হায়রকপদুদা, "হোয়নে ফজদেনে" হাযবগা খীত্তং হন্দোকশিন্নরগা লোইরবদুদা ঐনা অকন-অরীং শীংবা মান্না হেক্তমক খুমদোকখি। ফরেনে হৌজিক্তি, অহীংগা তূমদবমখৈ শাগৎখিবা ৱারৌবা থেম্নবা ৱাহৈ পরেং চবুনদু পূমচাই-চাইদৌরি।

"তাইতোম্বী ঐসিবু করিনি হায়না খনবীবগে?"

কোচি থাংলপ হংলকপা মাগী ৱাহংদু ঐ পাউখুম শৎ পীথোকখি, "মীয়ামগীনা মাইবী, ঐগীনা থাবল্লে।"

য়াম্না থাজদনা নোকথোরকখি। ঐগী কোক থাদখিদবা পাউখুমদু ফজনা মহৈ য়াল্লে খঙলবদা মতাং চানা ৱাহৈ পবেং অমত্তংগা থেৎচিল্লি, "খঙদে থাবল্লে, নঙসে কনামত্তগী মীৎচিনা ফাওবা হন্না য়েংহন্নিংদে; ঐগীসিবু হেনমল্লব্রা?"

মানা ঐবু নুংশিনা য়েংলকখি। ঐখোয়নী মীৎচান্নখি, মীকূপমুক্তংনি।

"হযেং লাইরোইগী নঙনা শাবা জগোয়দো পেন্না য়েংদোইনি। হংচিৎ য়ূমদা হল্লমদাইদা অমুক্তংগা উনসি, য়াইকো?"

ঐবু শুমহৎহনগে মতাগুম নোক্কল্লগা চঙখিবদু পাউখুম ওইরমাল্লে। ঐ পঙথখি। চীনবান য়ৌদবা থম্মোয়গী চোইরোল লোল্লকই, "থাবল্লে, নঙগী থাজদু ওইজগে, ঐগী অচীকপা অহীংগী থাবল মঙালদখক্তং নঙ শাৎলুকো। লৈনম হেনবীনি, লৈকায পল্লানখিনি পাখৎচৈ। নুংশি লৈনমদো ঐগী থম্মোয়দখক য়েল্লুকো।"

লাইরোই নুমিৎতু হরাওবা হেক হৌবদগী ফল্লে। নুমিৎতুগী মাগী শাথেক, মাগী ঈশৈদা শুমহৎখিবদু ইথন্তা ওইরল্লোই। নুপী-অঙাং, হনু-হনা ময়া কাদুনা য়েংনখি। ফূরিৎখাউদগী ফনা য়াম্না শত্তোকখি ঐ। মাঙজখিসনু, তাল্লগা ফংবা পৈশাবো। ঐনা পৈশা থাবদা মাগী জগোয় শারম্বী থোৎখ্রবী খূত্তুনা তপ্লপ্না লৌরগা মরায়বক কৎলগা থাদখিবা, মদুদা ফংবা থম্মোয়গী অপেনবদো, কৈথেলদা য়োনবা নত্তে, তাল্লগসু ফংলবোইদবনি।

থাঙ কৎলমদাইদগী ঐনা য়েংজনীংবা মায়থোঙদু উখিদ্রে। ইশাসি খঙতন তম্বরকই। তাঞ্জা চানা মমা গুরুদু ঐগী ইপাদা তূবৎ শমলৈ। ঐনা তপ্লপ্না কৌই, "ইমা মাইবী

সোমদা কৈনো’মতা।”

নোম্বুরগা হংলকই, “করিনোনে ইচা ইবুংঙো?”

“নুরাবী কনানা শাদোইনো?”

“মেম্মনা শারনি।”

“থাবল্লেদি?”

“ৱারে তূন্ননেনা চঙখ্রে।”

মাগীদুবু ঐঙোন্দা ৱারৌরিব্রা? নৎত্রগা ঐবু নুংশিমনবদগী ঐনা হায়বা ইল্লগে খনবা ওইরিদ্রা? ৱাহং অনীদুনা ফনা কুইনা থম্মোয়সি নৈখায়রবা তুংদা, ‘ওইনিংবা ওইজরসনু হয়েং মশাদা হংলবা হায়’দুনি’ খল্লগা ইশাবু ফাথজৈ।

থাঙ কৎপা লোইখ্রে। নুরাবী শাবী মাইবী মেম্মা থোরকই। ময়াদু খুমজিনবা ঙমদবমখৈ হেক চৌরদনা কয়াদি পকচখিদ্রে। শাবান্দু পাবূংনা ঠিকা তৌরিঙৈদা ঐখোয়দা পৈরগা লৈরম্বা কয়লা দ্রমদু মানমনবদুদা ঐদি ইথন্তবু নোকথোক্লুরবনি। য়েংনীংমন্দ্রদুনা যূমদা অদুম হল্লক্লে।

খরা ঙন্না হৌগৎকে’বু খনখ্রবদি অয়ূক পূং তরুক হেল্লগা মীকপ থোরকপসি ঐগীদি মহৌশানি। নুমিৎতুনা অতৈ নুমিৎশিংদগীসু খরা হেঞ্জিল্লগা পূং তরেৎ অদুৱাইদা মীকপ থোরকই। হকচাঙ শেংদোক্লগা লাইবূং য়ৌবদদি মাইবী শঙলেন্দু শো লোল্লম্লে।

চৎলমদাইদা নুংশি মায়থোঙ উহৌদবগী, পূকমেন পাউমেন্নহৌদবগী থম্মোয়সি ঈ থোকপদৌনা নাখি। মদুমক্লা ঐগী কোক্তা অনৌবা থৌনা কয়া মথঙ-মথঙ লেংলখি। ঐসু নুপানিনা; নোংমা ফানা চৎপদা কোন্নদবা লৈবাকসিদা লৈরিবা মীবু উনবা ফংদবগীদমক ৱাজরুদ্রা? ঙসিমক নুংশি লমদম সুগনু পাংগনি, হৌজিক হৌজিকমক।

মরূপ থেম্বুংখোয়দা চুমদ্রিং চঙলে। মঙোন্দা শুগনু চৎপগী ৱাফমদু হৌদোক্লুবদা মাগী তপ্পা নোকপা হৈতবা খূনোক্তু নোক্লগা হায়রকই, “বোন্ধু নঙ লায়না হেঞ্জিল্লেহে।”

“অস! নঙসু অমুক হৌরক্লনু। ইমানা মরোল’মা মাইবীনা শেমজিল্লম্মে’না মাইবা মাইবী থিবদা চাক ঈশিং চঙদ্রে।”

মরূপ্পা হান্নদগী হেন্না হৌনা নোক্লগা হায়রকই, “লাই হরাওবা লোইখিবসি মী ফনা য়াম্নদি ৱানরম্নি।”

ঐনা মাগী ৱাদু মখা শমথৈ, “অদুবুদি ঐখক্তা নত্তে, লাই হরাওবা হেক হৌবদগী

লোইবফাও ময়ূমদা হঞ্জিন্দবা কাঙবু, মাইক্রফোন কেশো মখোয় লোইনমকসুনি। কান্নদে মখোয়গী ৱা তোকসি, চৎলসি।"

মরূপ থেম্বুংনা ঐগী গাড়ি মনীংদা হেক তোংখৎখিবগা ইন্দোনেসিয়াগী সুনামি ঈথক-ঈপোমদগী হেন্না য়াঙনা থৌগৎলে। সুগনু বাজার য়ৌখিবা খঙহৌদে। থাবল্লেনা তাক্লম্বা দুকান্দুমক্তদা মাবু হংলে। মাগীনা মমা, ঐগীনা ইনেম ইবেম্মা ওইগদৌরিবীদু ওইরমাল্লে থোক্লক্তুনা হংলৈ, "করি লমদৈনো ইবুংঙোখোয়বো?"

ঐনা হাইফেৎকাসু ইকায়গুম তৌনা তিংঙক মায়ঙক্লরিঙৈ থেম্বুংনা শৎ খুমদোকখি, "ঐখোয় ইম্ফালদৈনি ইমা। ইচানুপী, ইমা-মাইবীদু লাই হরাওবগী বার্ত্তন অমত্তা কচ্চগে লাকচবনি।"

ইহে! খজীক্তদা থৈনৈদা। থৌবালদা লাই হরাওরুবগী থুংলবা কুইদ্রিবনি। মমা গুক্না মোইরাং হরাওবা য়াওরুসি লাকউ হায়রকই হায়দুনা হৌজিক্তা ইম্ফালগী গাড়ি তোংখৎখ্রি।"

মরূপ্না ঐঙোন্দা য়েংলকখি। ঐনা মকশিল্লবা মায়থোঙনা হনখিনবা ইঙ্গিৎ তৌই।

ইম্ফালদা হাইগৎলগা গাড়ি পার্কিংদা থিরুসি লেপ্লরে। গাডিদু অমুক অরোয়বীদা নেত্তুনা থৌরকই। শীংজমৈ য়ৌরমদাইদা ইম্ফাল টু সুগনু থাবা বস অমগা থৈনৈ। ঐনা থেম্বুংদা, "সিদা শোয়দনা য়াওরম্লনি।"

"থৌগৎলু পার্কিংদা ঙাইরুসি।"

জি এম হোল মমাঙদা ঐখোয়নীনা ঙাইবা পঙকুই-কুইদনা বসতু থুংলরে তোংলম্বা মীয়ামদু মথঙ-মথঙ কূমথরকই। অদুবু ঐগী মীৎনা খৌরাংলিবা মহাক্তুদি উখিদ্রে।

মিনিট মঙাগী মতুংদা চুড়াচান্দপুর পার্কিং য়ৌরকই। মাগী মাগী মতম ঙাইদুনা পরেং লেংলিবা বসশিংদু থেম্বুং ঐখোয়'নীনা মনীং মমাঙ চপ্তুনা অমত্তা চীখদনা থাবল্লে শাৎপ্রা য়েংলুবদা শাৎলমদ্রে। মরূপ্না হায়রকই, "কান্নদে বোঙ্ধু, হল্লসি।"

"মোইরাং য়ৌশিল্লুরসি, থিবগী থিবা ফংনবা থিরসি।"

চা অমমম্ থক্লগা মোইরাং পাংলকপনা নুংথিলগী পূং অনী চপ চানা মোইরাং থাংজীং হরাওফমদা থুংই। মফমদু য়ৌবদা চোকথরবা পূক্লিং-হকচাং তেকখৎচৈ। লাইশঙ মনাক্তগী ইরাপ লাপ্পবা হোটেল অমদা ঐ লৈহৌরে। মরূপ থেম্বুংনা থাবল্লে কৌথোক্লনবা লাইবূংলোমদা থাজিনখ্রে।

পঙকুই কুইদনা মরূপ থেম্বুংদু য়াম্না হৈনীংদনা তবং-তবং লাউবা মমায়দু ইতূক-তূকথনা থোরকই। খঙলে, থম্মোয়না অপাম্বা পাউখুম মঙোন্দগী তাবা ফংলরোই

হায়বা অদুবু হংই, “কৈদৌরে?”

“লাক্কে।”

ফনা কুইনা হোটেলগী টেবলদুদা মায়সি শুজিল্লগা খাঙখি। মরূপ্পা ঐবু থেন্নকই, “হেন্না খঞ্জিল্লনু কৈদৌবগে। মাইবী অহলদুগী ময়ূমদা চঙদুনা পোত্থারগা হয়েং লাক্কে খল্লম্বসু য়াই। চৎসি লাকও, হয়েং উনবসি।”

গাড়ি থৌবগা য়ূমদা হনবগী পাঙ্গল ঐঙোন্দা লৈত্রে। হোল্লিবা নুংশাশ্বব লেপখিগদ্রা চিংনবকই। ইশাবু তপ্পা ফাজিনজে– ইবোতোম্বী ঐ লেকথবা য়াদ্রি; ঐগী থব্বায় তঙ্খায হকচাঙ তঙ্খায় অমা ব্রাৎলি ঐগী পুন্সি মপূং ফাগদবা, ঐ মাবু থিখিগনি।

মব্দপ্পু গাড়ি থৌহল্লগা ব্রাখলসি মংলদুনা ইম্ফাল য়ৌবকখি। মহী-মনাই, অঙৌবা-অতাওবা শুনা ফংবা কখুলোংগী চাক হোটেল অমদা চঙলে। থেম্বুংদি ফজনা লৌখৎখ্রে, মহী-মপং শুনা। অশাবদি অশাবনা লোক্কদবনি, মদুতদা থম্মোয়সি ঈংগনি খল্লগা ঐদি মহী ঙাক্তা ওইনা থাজিনখ্রে।

য়ৌবগা ফি-রোল হোংদে, ফমুংদা অদুম তুথরে। ইমানা নুমিদাংগী চাক চানবা হৌদোরকখি; ঐ হৌগৎত্রে।

লৈচীলদা তেন কাপ্পা হায়বদুমক্তি ঐ থোকহন্নিংদে। থম্মোয়দগী শৎলগা কাপখিবা নুংশি তেঙৈশিংদু পাম্মুজে। মোইরাংদা ইথন্তা চৎপসি মরিরক্লি। আশা চাউনা চৎখিবা খোঙচৎশিংদু হল্লকপদা কীন্থরগা হল্লকই। ঙাওচৎনরদুনা থেম্বুংগী মনাক্তা অমুক লেপ্পুই।

“মানা মোইবাং চৎপগী ব্রারেপ্তু মমা গুরুগী ব্রারেপনি। মানা তোক্লসি হায়রবদি তোকপা তাবনি। ঐখোয়না সোমদা হঙ্গৎ-হন্দা মোইরাং চৎপী শান্নরিঙৈদা মানা ময়ূমদা নুংঙাইনা লৈরম’সু খঙদে।”

মুন্না খম্থরগা মরূপকী ব্রাদু সুম-সুম চুল্লকখি।

মরূপ্পা মখা তরকই, “সুগনুদা অমুক হনসি। হন্দক্তি মশাবু লৈরম্লবা উপায়’মা তৌদুনা হেক্তা পুরকসি।”

ঐগী থম্মোয়দা থারবা লৈচীল মপৈ অমনা কূপ্লম্বদু খজীক-খজীক পাথরকখি।

“ফরে মরূপ, অদুনা ফরনি।”

সুগনু বাজারদা ঙল্লপ য়ৌরে। থাবল্লেখোয়গী দুকানগা ইরাপ লাপ্নদনা লৈবা পান দুকান অমগী ইতৈমদা থেম্বুংনা চঙশিল্লগা হংই, “ইতৈমা, মাইবী থাবল্লে লৈখিব্রা?”

"লৈখিবনি।"

নুমিৎ কয়ানি মাবু থিখিবগী অৱাবা, ফংখিদবগী খোয়রাং খোয়শাওনখিবা থম্মোয়সিনা মোমোন নোক্লগা মাবু শীংনখি— ফৈ! নঙ ঙসিদি খঙনিদনা।

চাক-ঈশিং চাথোক্লগা ঈংনা হোৎনসি হায়দুনা ঐখোয়'নী হোটেলদা চঙলে। চাক চানা-চানা থৌবাং পূপ্না যাৎথোকই— সোমদা গাড়ি খান্বা, অসোমদা পুথোরকপা অসিনচিংবা।

ঙসিদি ক্বাদুম খংচা-চনীংলকই। ঙসাইগী ইতৈমদুগী পান দুকান্দা লাকই। গান্ধী য়েকপী'মা ফূবিৎখাউদগী শৎ শত্তোক্লগা ঐনা হায়রুই, "ইতৈমা ক্বা অনীদং হাউনা শেম্বীয়ু।"

ক্বা শেম্না-শেম্না ইতৈমদুনা হংলকই, "ইবুংঙো অনীবু থাঙ্গদৈবা?"

"নত্তে ইতৈমা, ঐখোয় থৌবালদৈনি। থাঙ্গদা ঐখোয মানবগাসু লৈবজাৎলা?"

"ইহে! ঐদি থাবল্লেগী নুপা ময়ূমগী মী ওইরবোই খল্লুরে।"

ঐনা ইপা পাখৎনা হংখি, "কৈনো ইতৈমা মাবু মৌবা?"

"হেবা, হন্দক থাঙ্গদৈ পেনা শকপা অমগী অতোম্বী ওইনা চেল্লবেদনা।"

হিমালয় চীংজাও কোটি অমা কোকথক্তা নম্থরকখি। শেল্লিবা ক্বাদো লৌরকখিদ্রে। লূমথরবা খোঙসি থাংঙমদনা থাংদুনা গাড়ি মনাক যৌবকই। মৰূপ্পা ঐবু তান্নরকই। ইবেক লেকথববা খূৎসিনা গাড়িগী থোঙদু তপ্পা হাংদোকই। তাইনফম খঙদ' মখোল হৌনা থিংজিল্লগা সীটতা হীপথরে। মৰূপ্পা থোঙনাও মিংশেলদগী ঐবু নীংঙমদনা য়েংলকই। আশা পূন্নমক লোইরবা খোম্থোক্তা ঐনা মঙোন্দা হায়রুই, "মৰূপ, গাড়িসি মমায় অমুক্তা লৈথোকপীয়ু; ঐ সোমদা অমুক হন্না মাযসি ওন্নীংদ্রে।"

শাংলবা লম্বী লমশাঙদু কমদৌনা লাকখিবা, ঐ নীংশিংবা থোকখিদ্রে। যূম য়ৌরগা ফি হোংনবা ফিযান্দগী খূদৈদু চিংথকবদা, নোংমা শমজীদগী হুদুনা পুরকখিবা ঐনা পাম্মুনা থমজবা লৈহাউ-লৈরেল য়াওবা ফূরিত্তু তারকখি। তপ্পা ফূরিত্তু খূনগৎলি; ফূবিৎখাউদা নুংশিনা য়েংই। লৈরাংগী লৈশক হোংলম্লে; লৈনাশিংদুসু চোইনা কেল্লম্লে অদুবু লৈনমদি মাঙলমদ্রি। নীংশিংলকইঃ

"য়ারোইকো লৈহাউগী মমল পীরম্মু।"

ওমদুনা চাক্লিবা থম্মোয়না শোনখি, "থাবল্লে, ঐদি নঙগী লৈহাও-লৈরেলগী মমল পীখি, নঙনা খঙখিদবনি।"

অহানবা ওইনা নুংশিবগীদমক পকচখিদ্রবা মীৎলুসিদগী পিরীক অনীদংদি তাখিমাল্লে। মসি ওইরমাল্লে লৈহাউগী মমল। ❑

# নাউহোং

মচীন তুম্লবা তা, শাগী মচী, নোংথ্রে পবেং অমসুং অকি-তুজুংলবা শক্তম কয়া মাঙ্গোলগী উখোঙতেন্দা ঙাদুনা ফল্লিবী ইনে থোইবীগী মমীত্তা মমি শামি উবকই। শকখঙদবশিংনা খাক্লা-খাক্লা নোকপগী খোঞ্জেলসু তারি।

মখূত্তা সনাগী মেডল অমসু চেৎনা পাযবি। অঙৌবা ফিনা য়োমদুনা থল্লিবা ববর খোঙউপ্তু মুন্না য়েংলি। উখোঙতেন্দা য়ান্দুনা থল্লিবা শমগী শন্নীদু মহৌশাগুম মকোক্তা হাপকত্তুনা অমম্বা চীংনুংগী নূংজেং-নূংগাইবক্তা মথন্তা তূমিন্না চৎপগুম তৌবকই।

"কনানা পুদৌরিবা কোন্নানো অসুক য়াম্বসিবো?"

"ইনে থোইপীকিনে।"

"কনানো ইনে থোইবী হায়'দি?"

"এহ! মাপু খঙতপ্রনে, লাঙথেলকী মীতাই নুপীতুবো? ঐখোয় খুন্ততি মাপু খঙতপা লৈতপনে মানা পুপা কোন্না শমপোত্তি ঐখোয় মরিং নুপাসু-নুপীসু অমত্তা পুপা ঙমতপনে।"

শাইবোল খুন্দা লৈবা পিটবগী যূমদা অনৌবা থুংলবা, উ য়ানবা নৎত্রগা চিংথোকপা লাকপা হান্না ইনে থোইবীবু খঙদবা মীওইশিংনা, মী অমনা পুবদা ব্লারগদবা কোন্না শমপোত্তু উবদা ঙক্কুনা পিটরদা হেক-হেক হংবনি।

শাইবোলদগীনা সিতা ফাওবগী শাংলবা চীং লম্বীদা মকোক্তা লূন্নবা শমগী শন্নীদু

য়ান্দুনা নোংমদা অনীরক খুন্দগী লল্লোনপোৎ পুথোরকই। সিতাদগী অমুক ইম্ফালদা পুরগা পোৎশিংদু পুন্না থাদোক্লগা ময়ূম লাণ্ডথেলদা হুনগনি। করিগুম্বা তাঞ্জা চারুবা নুমিত্তা সিতা য়ৌগদবা অথেণ্ডবা গাড়ি লৈরন্নবদি নুমিৎ তারবসু তানা শাইবোলদা অদুমক হুনবসু য়াওই।

"ইনে থোইবী চীং' চণ্ডদোইরো?"

পিটরগী য়ূমদা হেক-হেক থুংলবা জঙ্গলদগী উ চিংথোকপা লাকপা ড্রাইভরদুনা গাড়ি থোণ্ডনাওদগী মণ্ডক লীখোক্লগা হংলকপনি।

"হোয়নে ইবুংঙো।"

"ঐসু হৌজিক চণ্ডদোইনি। ঙসিদি জঙ্গল' চণ্ডবসু নংলরোই।"

"এ! তান চারেদা ইবুংঙো।"

লম্বীদা গাড়ি থৌনা-থৌনা ড্রাইভরদুনা হায়রকই, "তনবু তল্লেদা ইনে, শেল তাল্লিবনি হায়দুনা ঈরাং মতাসিদা শিকম-নাফমগা খণ্ডলোইদৌরিপোৎনি।"

মখূত্তা চপলিবা বেড়ি মচৈদু অমুক্তং পেন্না চিংলগা ইনেনা খুন্নকই, "ইবুংঙো, হিংদবদি য়াদে কমদৌনি? চীংনুংসিদা করিগুম্বা অমদগী নিঙাই-শংদানদুনা চীংমীশিংনা হৌরক্লগা ঐখোয়বু হাৎলরবদা কনানো কনবীরদৌবা? অদুনা মীগী থম্মোয়বুসু কারবার তৌগদবনি। ইশামক্কী থম্মোয়বুসু লল্লোনপোৎ ওইনা খনগদবনি। মীগী থম্মোয় ঐনা লৌগনি। ঐগী থম্মোয়সু মীঙোম্দা পীগনি। মসি ঙন্নবতদা ঐখোয় লীখোক্কদৌরিবনি।"

গাড়ি ড্রাইভরদুনা সেন্টর (খারৌ খুনৌ) দা ক্বা চাদুনা, চুরুট থক্কুনা নীংঙাইদনা লৈথোক্লিঙে শাইবোল য়ৌবদদি চীংনুংদু থাগী মঙাল ফাওরক্লে।

পিটর ওইরমাল্লে থাবল মঙালদা মানা হেক-হেক শকপা ঈশৈদু তপ্না ঈংনা শৈশক্লম্মী,

*"তমুরিরেল থৌবৈয়ে চোই-চাম কারপু,*

*কৈ মাশাক্তিংগে, শোনিং কারপু শোংফাই লোই,*

*চোই-চাম কারপু কৈমা শাক্তিংগে।"*

*"নঙগী ঈশৈদুবু করি হায়রিনোনে, পিটর?"*

"তমুতা ঐখোয়কী য়েক্লপা লাম্মী লৈরে। থাঙ-তা, তেন পায়পা ঐখোয়সে মাঙ থারসে হায়পনে, ইনে থোইপী। ঐনা মীতাইলোন্তা ফচনা হায়পা হৈতপনে; ঐখোয়কী ইপা-ইপূনা শক্লম্পা য়াম নুংশিপা ঈশৈনে।"

"হোয়নে, মরোল খঙদ্রবসু তাবদা নুংশিনে। অদো পিটর, নঙগী ঈশৈসি ঐ মতম খরদি তারোইদৌরিয়ে।"

"করি তৌপ্রা, ইনে থোইপী?"

পিটরগী ব্রাহংদা ইনেদু মোমোন তৌরকই। হৈত-হৈত লোৎচরম্বা আশাদু মোমোন মিনোক্তুনা অতাক-অফোঙনজরদুনা পিটর য়েংলগা খুন্নকই, "ইবুংঙো থোরক্লনিয়ে।"

"এহ্! অতুতি নুংঙাইনে। মথঙ লাকপতা মাপু পুরকউ। ষন্তং অচৌব'মা কায়কে।"

"কদায়দৈনো পিটর, মাবু পুরগা লাক্লবদি লল্লোনবা তোকও হায়বদি শোয়দ্রে।"

বোইনুগী মনাক চাকখূমদা চঙলক্তুনা মখোঙ শৎ তিংথোক্লগা ফল্লে।

"ঙসিদি নোংমাইজিংনিনা নখোয় লোইনা থবক লেপ্পরিনিনে। হয়েংদি ঙন্না হেকসিকো। ইহে! ইকাউ হেক কাউই; নঙগী থুমগা কেন্দলগা লৈরকপনি, শমদা য়াওবনি। অদুগনে বোইনু, ঐ মথঙ চঙলকপদা শুমজীৎ পুগে। মীঙোন্দগা পীথোক-লাকথোক্কনুকো।"

বোইনু, শমদগী থুমগা কেন্দলগা লৌথোক্লুই।

"সিতি করিরা?"

"ইশূগী লৈবীরকপনি। নাউহোং ওইনবা। চৎলে চৎলে, ঐসু চাক থোংলুখিগে।"

লূম্না হৌগত্তুনা চৎখি। থোঙজীন কাম্থোক্লমদাইদা লেপকক্ তৌরগা লাউরম্মী, "হয়েংদি সেন্টরদা গাড়ি চঙলক্কনিসু হায়নহৌই, পোত্তু খরা ফজনা পুগেকো?"

মপান্দা লেপ্লিবা পিটরনা তারদুনা নোক্লগা খুন্নকই, "হনুপী, নঙতি থৈচংকুং পাম্পীতকী হেন্না ঊইপনিনা  করিসু তোরোই, শম্নীতুতি তৎকনিকো।"

"মরিংনা শাবা মৈতৈনা পুবা শমগী শম্নীনবু তৎলি হায়ব্রা, পিটর অঙাওবা। তৎলবসু শম্বীনবা নঙ লৈরিদনা।"

অহোবা ময়া পরেংদু ঊত্তুনা, মশূপ-মশূপ্লবা মায়থোঙদু নোকফেৎ তৌনা মাগী য়ারেকফম পিটরগী শঙতপ্পুদা চঙখি।

নুমিদাংগী চাক থোংনবা শেম শারিঙৈ বোইনুনা ইপা পাখৎনা চেনশিল্লক্তুনা ইনেগী তুংদা লোৎলৈ।

"ইনে থোইপী মানা ফুতৌরে, কনপীয়ুকো।"

মখূত্তা চৈশাঙ অমা পায়দুনা পিটরনা বোইনুবু লামদুনা ফূনবা হোৎনরকই। ইনেনা খাম্মী, "হাই পিটর, ইঙাও ঙাওশিন্নরনু, চৈদু থম্মু।"

"ইনে থোইপী, মা মচীন থীপনে।"

ইনেনা তুংদা লোৎলিবী বোইনুদা হংই, "নঙনা করি হায়রুরবা?"

বোইনুনা পিটরদা কিরুপ-কিরুপ য়েংলগা ইনেগী নাকোংদা তপ্না হায়রকই, "তাম্বুল নুপী কোয়য়ে হায়রুপা?"

"হায়বিসিবু চুম্বু-চুম্বনে পিটর?"

"কতাইতকীরা ইনে, ঐগী মরূপকী নুপীতুপো।"

পিটর থোকখ্রবদা ইনেগী তুংদগী বোইনু থোরক্লুনা শিথ-শিথ নোকখি।

"শোনো ঙাক্তা হেক পূল্লিদকো।"

নুমিদাংদুমা লেন্নবা খরা চারগা তূম্নবগীদমক ব্রাচেৎকী ফমুংদুদা হীপথখ্রে।

"হন্দক্তি মৌদুম থিজিনবীরগে, ইশূ উনিংবনা ঙাওবে। মাগী অদু-অদাগা ঐ অমত্তা তারবোই।"

"থোইবী, ঐখোয়সি ইশূগাদু উরকখিনিকো?"

"নঙসু নশূগাদু অমুক উনিংলিবোইরে।"

মপূরোইবগী নুংশি মায়থোঙদু নীংশিং-নীংশিং চোৎলবা মীৎস্না অনীদু তপ্ন-তপ্না উইথখি।

অয়ূক মল্লিঙৈ ইনেনা পিটর মতৈ-মনাওবু হৌদোক্লে, "পিটর, বোইনু হৌগৎলো, কোম্লা হেক্লুরসি। ঐ খোঙচৎ অমত্তংদি নংব্রা য়েংগে।"

পিটরনা ফমুংদগী খুন্নকই, "ইনে থোইপী, ঙসিতি পাল্লা, মাইরেল্লা পুখ্রোকো। ঐ কোম্লা হেক্লুপা ঙম্নরোই। উকী কাড়ি ঙাইতুনা লৈরে; হৌজিক জঙ্গল চঙখ্রগে।"

"করিনো পিটর, কোম্লা চামরি-চামঙাদং হেকপবু কয়াম কুইনে'গে। নঙগী পাল, মাইরেলদু নম তৎখে পুরগা গাড়ি ভারা হঞ্জিন্নি খনব্রা, হৌগৎলো হৌগৎলো, ইঙাও ঙাওশিন্নরনু।"

"বোইনু ইশূদু পুথোরকউ, ঐ পোশিল্লগে।"

পিটরদু নুঙাইরক্লুমাল্লে হৌগৎলগা ইনেদা য়েংলগা নোক্লুনা হায়রকই, "লাঙথেল থোইপী, নঙসে শাথীয়ে, চৎসি লাকখ্রো।"

পামদা কোম্লা হেক্লা হেক্লা ইনে থোইবীনা খুনুং ঈশৈ শক্লিঃ

"শাবী ইবুংঙো নুংশিবা
থঙলেন মাঞ্জা পাম্মুবা

ননাও লাইবক থীবীদি
মাঞ্জ নঙবু থিবদা
চীংদা কাদুনা শীংজল্লি
পাত্তা কূমদুনা লোংখোল্লি।"

"ইনে থোইপী, অদুতি কনানা শকপ্রা?" পিটরনা ঙক্লা ময়া কাবমখৈ ইনেগী ঈশৈদু তারগা হংলকপনি।

"মোইরাং থোইবী খঙইকো?"

"উম! খঙঙে।"

"মানা শকপনে।"

পিটরনা থিংবা ঙমদনা থীক-থীক নোক্লগা ইনেদা মুন্না য়েংলগা হায়রকই, "নখোয় মীতাইকী মোইরাং থোইপীতি য়াম ফচৈ হায়কো, অতো ইনে থোইপী নঙতি লোইরেহে।"

মাগী মওঙ থীবা খূনোক্তু নোক্ল-নোক্লা বোইনুদা ওনশিনখি, "কৈপি থোইপী চ্ কুল্লু কমালনে?"

বোইনুনা ইনেগী মায়থোঙদা খংয়েং য়েংলম্লগা মখোল হৌনা নোক্লগা খুম্লকই, "ওইয়ে কমাল্লে।"

ইনেনা ইঙক ঙক্লা হংলকই, "কবিনোনে নোয়'নীনা পিং-পাং, পিং-পোং ঙাঙনবিদুবো?"

বোইনুনা শীথ-শীথ নোক্লদুনা ইনেগী পাউখুম পীরকই, "ইনে থোইপী, মানকো নঙসে য়োংমু মান্দ্রা হায়য়ে।"

ইনেসু মীকূপমুক মখোয়গী মীনোক্তা য়াওশিনখি অদুগা খুম্লকই, "হাই শোনো! লাঙথেল থোইবী ঐনা ফরিবা থৌনা অসিগুম্নদি নঙনা ফজৈ হায়রিবা মোইরাং থোইবীদুনা হেনবা নত্তেনে।"

পোরীবা অঙাংদুদা ওনশিল্লি, "কো ইশূ তোম্বা।"

মনমদগী অঙাংদু শেগাদা ওম্ফুদুনা মখূৎনা লাইবক্কী হুমাং তৈথোকপীরগা হায়রকই, "তৌরি'সি য়েংউনে, ঐখোয় ইবুংঙোনা অঙাং ওইরিঙৈ শকফমদু খোক্তনা হেক হৈজিল্লে।"

অদুদগী পিটরনা মখোয়গী লোন্দা তোয়না শকপা মথন্তা শক্লগা মথন্তসু ঙাওজবা

ঈশৈদু শক্লকই,

"*তমুরিরেল থৌবৈয়ে চোই-চাম কারপু, ...।*"

"সে! শমপোৎ অনী-অহুম ফারনি তোকঅসে।"

ইনেনা থব্রায় য়াওনা তারম্বা পিটরগী ঈশৈদু বোইনুনা মরক থৎখ্রে।

পিটর মতৈ-মনাওনা কোম্লা মশীং থীদোক্তুনা শমদা হাপচিল্লি।

"কয়া হাপ্লে, মমলনা পূন্না কয়া তারবা?"

"শমপোৎ অমদা চনী য়াঙ্খ্রে; শমপোৎ অনীগী পূন্না লুপা চামঙা।"

"চামদা য়াঙ্খ্রেগী দোরনিনে। তৌনু পিটর য়াম্মল্লি। লুপা চনী লৌরো।"

ফিদোন চিংখৎলগা শেৎপা ফনেক্তু থীত্তং শীখ্রগা ফূরিখাউদগী শেল লৌথোক্লগা পিটরদা পী।

"ইপাঙশিং থোরক্লনি, ঐ চৎলগে।"

ঙাইহাক লেপ্পুরগা মপূক্লিং খোয়রাঙবা শকফম উত্তুনা হায়রকই, "ঐদি অমুক হল্লকপসু থেঙলনি; শমপোৎ অমসিদি কমদৌসিগে পিটর।"

ঙাইহাক খল্লগা পিটবনা খুল্লকই, "ঐনা থোকপা তৌরক্লকে।"

শমগী শন্নীদু মকোক্তা হাপকৎখি।

"হনুপী, নঙ শন্নীতু তত্তুনা তোকচনিকো।"

"মরিংনা শাবা মৈতৈনা পুবা শমগী শন্নীনবু তৎলি হায়ব্রা, পিটর অঙাওবা। তৎলবসু নঙ লৈরিদনা।"

পিটরদু নোক্লগা লৈহৌরে।

"নহালসু ব্রাবনা নপূম থীৎখ্রবদু ঙসিসু শমদু পাখে পুরক্লেনে," ইনেগী শমপোত্তু উবদা লৈবাকলৈনা হায়রকপনি।

"করাম চাউখ্রপোৎনি, হনুথংদা," মনিশংনা পাংশিল্লকই।

"ইবেম্মখোয় 'সিনা ফাওবা শীনবা কোন্নদ্রিবনি।"

"নঙনা নচানুপাগী অদুক ব্রারি'দু হয়েংতা ঙায়রে নমৌ লাক্লগা নঙকশম লাক্তুনা ইল্লদৌবা।"

লৈবাকলৈগী ব্রাদুদা লল্লোনবীশিংদু ইনেদা য়েংলগা নোকফেৎ তৌনখি।

"চারোহে! ঐগী ইমৌনবু শোয়গদ্রা?"

তাঞ্জাদুদা উগী গাড়ি অমা অঙম্বা চীং লম্বীদুদা হাইগৎলকই। লল্লোনবী ময়াম

চৎলিবা মপাদু য়ৌবদা গাড়িগী খোঙজেল তপথরগা থোঙনাওদগী ড্রাইভরদুনা লাউরম্মী, “ইনে থোইবী, নঙগী কোন্না শমপোৎ অমদি পিটরনা হাপ্লীরক্লে। ঙসিদি মাল লূম্মে, তোংবসু নুঙাইররোই। পোত্থা-পোত্থা ময়াম লাকমিন্নহৌরো।”

খোঙথাং অমা অনী শোত্থহৌবদগী ইনেনা খ্বাইদগী মতুং থংহৌরে। কোক্তগী লূমথরকপা পোৎলূম্না খোঙথাংগী মঙমসু শান্দ্রে। চীংলোন কয়াগী বাংমদগী চীং-লেম্লবা মচাগী খোঞ্জেল তারকই, করিগুম্বদনা চেক্লাগী নুংশিবা শৈশক ওইনা অদুগা অমুকসু লোক্কী ঈশিং ঈচেলগী ঈংলবা খোঞ্জেলদু ওইনা...।

“ঐ থোরক্লগা নুংঙাইনা থম্বীনিদা ইমা।”

চীংনুংগী ঈংলবা নুংশিংনা কোকহনবা ঙমদ্রবা ইনেগী কাথেক্লবা মায়থোঙদা কারিবা হ্মাং ঈরীক মচাগী খূৎনা তৈথোকপিরিবোই খল্লকই। মদুদনি ইনেগী খোঙথাং মঙম শানগৎল্রিবসু।

মোং-হাদা তৃমিন্না মরোল মরোল লেপ্লিবা শংবান্নবা চীংশাং পরেং নোংলীক্কী অঙৌবা ফীজংনা খঞ্জিনখ্রে। মপৃক্লিংদা ফাওরকপা কুমগী নোংহৌগী ম্রিপাইজবদু মথন্তা নমহৎচৈ— নোংনা চোত্তুনবু শিবা য়াব্রা? কৈ, লমওক, শওম চঙদ্রবা ঐঙোম্দবো?

ইকুই কুইদনা অকিবা ফংনা শাফূ কল্লবা নোংলৈগা লোয়ননা কুমগী নোংহৌদু য়ৌরক্লে। লাইওইরবা উজাউশিংনা মশা-মরেং লৈমায় য়ৌনা নোম্ছু-নোম্ছু শীৎপা শহ্‌ম কল্লবা চীংগী নুংশিৎসু থুংলরে। মরক মরক্তা খাক-লাউনা নোংথাংসু কৃপ্লি। মশাগী থবায়গীদমক ম্রিপাইদবা ঙল্লক্তে— করিগুম্বা উজাউ অমা তেক্তুনা নল্লরবদি ইবুংঙোনা মতোমতা তৌহৌগদৌরিবসি করিনো?

নুংশিৎ লেপখ্রে, নোংসু পাথরক্লে। লম্বীগী মতাই ওইরপ্লা মকোক্তগী শমদু থারে। মশাদা ইল্লিবা নোংনা পৃমলূপ লূপ্লবা ইনফিদু শুমদোক্লগা মমায়-মমীৎ তৈথোকই। অবা-পোত্থাবা শ্বর অমত্তং শাংনা হোন্দোক্লগা শন্নী মফম হৈরবা কোক্তুদা হান্নগুম শমগী শন্নীদু হাপকৎলি।

লৈখোম্না খুজেং য়ৌবগী মথক নাল্লবা লম্বীদুদা খোঙথাং অনী অহ্মদং খোঙশানা শীক-শীক্তুনা থাংবা হৌরকই। পুরিবা পোৎলূম্না ইনেগী মখৌনা চাং য়েংলকপদা শোম্ছরবা খোঙদু চেকশিন্না ঙাক-শেনবা ঙমহৌদ্রে। লৈখোমগী কোমজাউ অমদা পৃখখ্রে। মখোঙ নামতং ফূক্কৎকে হোৎনৈ, ঙমখিদ্রে। ঙাইহাক চপ লেপ্পী। মমীৎ

উইশিল্লি। শেগায়রবা রবর খোঙউপকা লোয়ননা চোকথবনা তান্নবা ফংদ্রবা খোঙ অনীখক নূঙ্গায়রক্তা চৎলি ঘম-ঘম। মানি, মদু মপূরোইবগীনি। মমীৎ পাঙথোরকই। হন্দক্তি মাগী পোৎলূমদু মায়থীখ্রে।

"ঙসিতি কাড়ি চঙলরোইনে, ইনে থোইপী।"

সেন্টরদা লৈরম্বা মরিং পাখঙ অমনা হায়রকপনি। ইনেনা হৌজিক্তদা জ্ঞান লাকপগুম তৌখি, চুখিবা নোংজু অদুদা গাড়ি চঙলক্কদবা চীংলম্বী অদুগী ওইরমগদবা ফীভম। মহাক্কী হকচাঙদি পূমহীক হীকথরে। অদুবু হৌজিক ফাওবা মাগী মীত্তা মপূরোইবগী খোঙউপ্তু উরি। তপ্প-তপ্পা খোঙ অনীদু সিতাগী লমথুংফম য়ৌরক্লি।

"হৈমা! ইচে থোইবী নঙদি কমাইনা ঐখোয়দগী হান্না য়ৌরল্লিবা?" সিতাদা ইনেনা থুংলম্বদু উবদা লৈবাকলৈনা ঙক্লা হংলকপনি।

"পাইরগবু লাকপ্রা করিনো, কিবু কিরে'মি মসি হনুবীসে," ময়াম মরক্তগী খ্বায়গী নহা ওইবী মেমচানা পাংশিল্লকখি।

ইনেনা ইশি শিনা নোক্তুনা খুন্নকই, "নোয়না সেন্টরদা চা থক্তুনা পোত্থারিঙৈ ঐনা হেনগৎলকপনিদনা।"

ময়াম হুমাং হন্দোক্লদুনা ঙাইহাক অবা-পোত্থানৈ। ঙসাইমখৈ কবিমত্তা ঙাঙলক্তবী ইবেমহলনা কিথী-কিরুম হায়রকই, "লৈবাক্সি ঈরাং'মা তৌদৌরিপোর্ৎনিকো। ঙসাই সেন্টরদা ঐখোয়দা খানা-খানা য়েংলগা মবোল-মরী খঙদনা ঙাঙনহৌবা ময়ামদো, ঐদি কিবনবু লোইখ্রবনি।"

মনিশংনা খুন্নকখি, "ঙক য়োল্লগা শেল তানবা হায়বদু তাদৌরিরা খঙপোৎতেদো।"

মখা তারকপদু ইনেদা ওনশিনখি, "ইচে, নঙদি করিমত্তা কিদব্রা? পিটর মতৈ-মনাওগাদু ওন্থোক্লা চান্নখ্রেনে।"

"কিদে কিদে, কনামত্তা হেক কিদে।"

তশেঙবমক্কীসু ইনেনা কনাবুসু কিরুদে, অদুবু মাগী নীংঙমদবা খোয়শাওনবা কয়া লৈতবদি নত্তে। মদু মহাক্লা মাগী অমত্তা ঙায়রবা মঙলান ওইজরিবা মচাগীদমক খন্দুনা কারবারগা য়ানশিন্নদুনা মায়থোঙদা, চীনবান্দা মমি খক তাহনখিদে, মথম্মোয়দা চেৎনা কিশি কিদুনা থম্মী।

সিতাদগী ইম্ফাল য়ৌবা বসকী লম্বীনি। মপূরোইবনা মনাক্তা ফমদুনা পীক্লবা মচাবু পমদুনা চূপ্লি। শরেপ ফারবা মচানা নোকমি-নোকমি মঙোন্দা তুংগী আশা কয়া

পাউদল্লি। মতীক চাবা মচাগী মীথোই-মীহেনবী মমৌগী মনমদা মশূনা নীংঙাইদনা তূল্লি।

"মখজাইসিদা পেন্না চূপকেসে, অসুক নুংশিবসিবো।"

"যূম হান্না শাখিসি ইমা অদুদগী ইমানা বৃন্দাবন চৎনীংই হায়বদো, বৃন্দাবন খক্তা নত্তে ভারতকী লাইশঙ খূদিং ঐনা পুদোইনি।"

মবূক চোল্লবা বসনা নোমহৌ নোমহৌ চেনবগী উইশিল্লিবা মীৎতু হাইফেৎ পাঙথোক্লগা মথন্তা মোমোন তৌজে। মাগী কোমলাশিংদু অমুক য়েংলুই।

"ঙসিসিমা য়োল্লুরগদি ইবুংঙোগী শেৎন-চানবা ফিবোল খরদি লৈবা কোন্নবদি যাবেসে।"

নোং-চীংগী ফীভম ফৎখিদবদুনা ওইরমাল্লে, চীংলোমদগী ইম্ফালদা কোল্লা ইপু-পুথোক্লবমদ্রে। ইনেনা পুবকপা পোৎতুগা শেন্দোংগা য়েংনরুবদা শেন্দোংনা ঙল্লপ তাবে। তমথীববা চীংগী খোঙচৎতুগী অৱাবা পূম্না কাউথোক্তুনা মায়থোঙ মকা-লাম্না কোয়চেন চেন্দুনা মচাগী শেৎ-ইন্নবা ফিরোল খরা লৈরগা ময়ূম মায়কৈ পাংখ্রে।

ময়ূম হেক য়ৌবগা মশানা পায়রকপা বোডাদু কোকফাই কারবা কাদুগী লৈমাযদুদা থারে। চেঙফূদগী চেঙ খবা লৌথোক্লুরগা থারিবা বোডাদুদা মখোঙ শৎ তিংথোক্তুনা ফল্লে। ইম্ফালদগী লল্লোনবীনা থীরকপা শেলদু চুম্ব্রা পারি। কোল্লা মশীং চামঙা, কোল্লা অহুমদা লুপা মঙা। চেঙ মরূশিং অদুদা কোল্লা মশীং, পৈশা মশীং তোঙান-তোঙান খাইদোক্তুনা থল্লি। পৈশা মশীংগী চেঙশিংদু অমমতা ওইনা মশীং থীজিল্লি। মচীন্দা মথন্তা মুরুম-মুরুম শোল্লি, "লুপা চনীপাল কুম্ব্রা খরা হেন্না তারেনে; লুপা চনীপাল থীরকপা।" ফূরিৎখাউগী চ্যেনদু চিংথোক্তুনা, ইল্লিবা ইন্নফি ফীবান্দগী লংলা অমা শৎলগা কিশিন্দুনা হাপ্লকপা শেলদু লৌথোক্লগা, পিটরদা থীরম্বা লুপা চনী, গাড়িগী হঙ্গৎ-হন্দা ভারা খাইদোকই। লুপা চামঙা খরা হেন্না লেল্লে। অদুদগী মোমোন তৌনা চাকখূমদা চঙখ্রে।

"ইমাবোক, নচানুপাগী টেলিফোন লাকইয়ে।"

নুমিদাং চাকচা তোক্লগা তূমথগে তৌরকপদা যূমথংনবগী মৌ-নহা অমনা কৌরকখি। 'করি'মুক হায়রক্কদৌরি'জাৎনো?' খল্লগা তহা-তহা হৌগৎতুনা চৎখি। ইথক-থক্কৎনা টেলিফোন্দু পায়খৎলি।

"ইমা, ঐ হৌজিক ডিমাপুরদা লৈরে। হয়েংদি বন্দ ওইরবনিনা হংচিং গুন্না থুংলনি। কৈসু পাখৎকনুকো ইমা।"

"লম্বীগী ঈরাং ফত্তে। বন্দ মনুংদগাদি লাক-লাক্কনুকো।"

"ঐনা ইমাগী পোৎ অমা পুরক্লি।"

টেলিফোন্দা শৌবগী মখোন্দা শেংফাত্তনা তাখিবা ৱাহৈদুদা ইনেনা লাঙতক্লনা হংলকই,

"অদুবু করি পোৎনো হায়'ৱানি?"

মচানা মমাগী ইখৌলাংবদু অমুক্কসু হাপকৎলকই, "হৌজিক্তি হায়দোকখিরোই, হয়েং য়ুম য়ৌরগা নখূত্তা শিন্নরদৌরিনি।"

"হাই! অদুদি ঐ তূম্বা য়াররোইনে।"

"ঐনা ঐখোয়গী য়ুনিভর্সিটিগী মকোক ওইরে, সনাগী মেডল ফংলে।"

"হা! ইচানা ফংলে হায়বা?"

ঙাইহাক তূমিন লৈখি। মচাগী নুংঙাইরবা পাউদা ইনেগী মীৎকী পিসু লোয়নরকখি।

"ইমা, নঙ কপ্লীরো?"

"ইবুংঙো, ইমা কপ্তে। চেকশিন্না পুরকউকো, ইমৌগী ওইহন্দোইনি।"

"মশকসু খঙদ্রিবা নমৌদু নুংশিখ্রবোইরে।"

য়ারক্তা শ্রু-শ্রু নৈশিল্লগা খম্থহৌদনা ইকায়-ইকায় হায়রকখিবা মচাগী ময়েক শেংফাৎত্রবা ৱাহৈদুদা ঙাইহাক মোমোন তৌজরিঙৈ "থল্লগে ইমা" হায়রল্লগা টেলিফোন থমখি।

ময়ুমদা হল্লক্লগা লৈকাং চারবা অমনবা উপু অমদা অঙৌবা ফিনা য়োমদুনা থল্লিবা অদুঙৈ মপূরোইববু তিম্থং-তুম্বৌ কয়াদগী ঙাকথোকপিখিবা শেগায়রবা রবরগী খোঙউপ্পু লৌথোক্তুনা মমি শামিরক্লবা মায়থোঙ অমবু লাকশিন্না মুন্না য়েংলুই। খোঞ্জেল অমা নাশোন্ননা থম্মোয়দগী থোরকখি, "লায়রবা ঐগী ইচানা ৱাত্ত-পাদবা কনাগী মচাদগী করিবু হম্থরিবগে? ৱাগনু থোইবী ইচা চাউবা ঙাইখিসি।"

খুইরবা খূৎশাশিংদুনা অমনবা খোঙউপ্পুবু নুংশিনা তপ্না নাল্লদুনা হায়রকই, "নচাগী নুংঙাইবা পাউসি নঙবু তাবরনে?"

খৌরাংনা ঙাইজরকপা নুমিত্তু লাক্লে। কুইনা য়েংশিনবীদ্রবা মচাগী কাদু নীংথিনা শীত্তোক-নাম্থোক্তুনা ফমুংগী ফি-রোল অহনবা শিন্দোকই। তনাল-তনাল্লবা ফমুংদুদা

মচানা লাক্লগা হোংদোক্লনবা কৈথেলদগী মথ্বায তানা লৈজবকখিবা খূদৈদু ফিথূপ কাযদনা থল্লি। 'হেক লাকপগা ঈকজগে হাযবনি', মথন্তা মচীন্দা শোঞ্জবগা চাকখূমদা চঙখি। ফুঙ্গা মৈ হৌগত্তুনা ঈশিং শাহল্লিঙৈ গাডি থৌজিল্লকপগী মখোল তাখি।

"লাকপনবু হাল্লেনেসে।"

মচাবু মৈ ওক্লবা চব্দ খূদাপ অমা মৈ চূবগা নোকমি-নোকমি ইমুংদগী চেম্থোবকই। মচাগী চহী লেঙ্গা ওইগদবা নহা অমা শুমাঙদা লেপ্তুনা লৈবম্মী।

"ইমা, থোইবীগী যূমসিবু?"

"মান্নে ইবুংঙো ঐনে।"

"ঐ সনামতুমগা থোকমিন্নবকপনে।"

"মাদি কদায?"

লৈখাদা যেংলম্বা নহাদুগী মাযথোঙ খজীক্তং থাঙ্গত্তুনা ইনেগী লাঙতক্লবা ব্রাহংগী পাউখুম পীবকই, "ইমা, ঐখোয ঙবাং এস্কোর্টকা লোযননা ডিমাপুবদগী থোবকপনি। সেনাপতি যৌবকপদা...।"

ব্রাৎলিবা ব্রাহৈ খবদু ইনেগী থৌববা ব্রাখলনা লাকশিনবা ঙমখ্রে। নহাদুনা ব্রিফ -কেস হাংদোক্তুনা মাগী মকপ্লা অবোযবা মীকূপ্তা চেকশিন্না শিন্নজবকপা পোৎশক অমা ইনেগী খূত্তা শিন্নবকখি, "সে' ইমা, মসি লৌশিনবীয়্।"

অচাকপা চব্দ খূদাপ্তু মখূত্তগী তাখি। থক্ থক্ নীক্লবা খূৎশাশিংদু তিংথোক্তুনা সনাগী মেডলদু লৌবগা মীকূপমুক শংত্রিক যেংলকই। লংফৈ চখোক্লবা মচাবু ওক্লবা মনাক্তা মুৎশি-মুৎশি চাক্লিবা মৈদু সংস্কাবগী মৈবী ওইনা ইনেগী থম্মোযবু উৎ ওলহনবমখৈ ভ্রুং-ভ্রুং চাক্লকই।

ঙসিদি খোঞ্জেল অমনা ইনেবু হৌদোক্লবে, "ইনে, ইনে থোইপী।"

"কনানো? পিটববা চঙলকউ।"

মনমদা মচাদু থবাক-থবাক যান্না পোবদুনা পিটব চঙলকই।

"পিটব মুবাদুদা ফম্মু। ইনে নুংঙাইবি।"

ইনেবু উবদা অঙাংদু মখূৎ তিংথোক্তুনা কপ্লকই।

"ঐঙোন্দা লাক্কে হাযবিমাল্লে, ইবোকপু কাউবমদ্রিমাল্লে; কদায পীবকউ।"

অঙাংদু ইনেদা শিন্নবগা পিটবনা হাযবকই, "ঐ নোংমসু লাকপনে। ইনেনা ঐপু

খঙতপা। ঐ কপ কপ্তুনা খুন্তা হনপা।"

মৈ ঈক্লা ঙাঙলবা ইনেগী মীৎ অনীনা পিটরবু খানা য়েংলগা মতম শাংনা ফুম্নক্লিবা ৱাফম অমা খঙহৌদনা হায়দোরকখি, "হায়য়ু পিটর, নখোয়গী য়েক্লবসি কনানো, ঐখোয়রা?"

ইনেগী মচীন্দগী থোরকখিবা থাজদবা ৱাহং অদুদা মপূক্লিং নুংশিনা শুৎ-শুৎ কপ্লদুনা পিটরনা খুল্লকই, "ইনে থোইপী, চীংমী-তম্মী মচীন-মনাওনি হায়পতি ঐ তাইয়ে; অতৈতি ঐতি খঙতপনে।"

"অদুদি হায়য়ু, করিসু লৈতবা খূৎশূমল খরগীদমক নখোয়না ঈপূরোইববু হাত্তোকপীরগা, নঙনা উনা নন্দুনা শিবনি মীনমখ্রিবা করিগীনো? মদুরা মচীল-মনাওগী মরী?"

"ইনে থোইপী, অচুম্পদো হায়রতি তমকী ইমাশিং, ইয়াম্পশিং ঐকী চীংতা করপার লাকপা কিরোইত্রা? চীংমীসু তমতা কুম্পা ঙমখিত্রনে? অতুতকী ঐখোয় লাপ্লখ্রনি। অদুনা ঐনা মচীন থীপনে। ঐপু শাউকনো ইনে।"

ঙাইহাক তৃমিন লৈরুরগা পিটবনা অমুক মখা তারকই, "ইনে, ঐ ঙসিতি খঙঙে। ঐখোয়কী য়েক্লপা তমু য়ৌবকপা নত্তে, কাঞ্চতা মতম কুইনতকী কুনতুনা লৈরে। থাঙ-তা, তেন পায়তুনা মাঙ থাত্রিবঙে ঐখোয় পূনশিন্নসে।"

ইঙেন থাগী চাংজৌ পাথোক্লবা তুরেলগুম ইনেগী মীৎলু অনীমক্তগী পাথোক্লকপা পিগী ঈচেলনা মঙাও থীরবা পিটবগী থম্মোযবু হন্ন-হন্না ঈহৌহল্লে। মখোল থোক্লা কপ্লদুনা ইনেগী পিগী ঈচাওদু থিংনবা হোৎনরকই, "ইনে থোইপী, নঙ মোইরাং থোইপীতকী হেন্না থৌনা ফৈএ হায়পতাই? তুকা করিগী কপ্পরনে? কপকনো, লাঙথেল ইনে থোইপী।"

"ইনেগী পিটর, নঙনা খঙলিবদুনি। পুন্সি অসিদা মশীং থীঙমদ্রবা চৈনা কয়া ফংখি। পূম্নমক ঐনা মায়োক্লখি। মরাল লৈজদ্রবা ননাও অদুগী মীহাৎ অদুমদি ইনে খাঙবদা ৱায়নে।"

মাঙ্গোলগী উখোঙদা অচৌবা য়োৎপী অমা য়ৈরগা য়ান্দুনা থল্লিবা শমদুদা লেঙদনা মীৎফম থম্লদুনা ইনেনা অমুকসু মখা শমথরকই, "পিটর, নঙনা হেক-হেক হায়বদুনি। য়েংউ, হৌজিক্তি ঐগী শমগী শন্নীসি তৎলে।"

"ইনে থোইপী, অসিতি করিসু তৌতেনে," ফীভম কায়দ্রিবা শমদুদা য়েংলগা

পিটরনা ঙক্লা খুন্নকপনি।

"নঙনা খঙদবনে পিটর, তৎলবনি পূমতৎ-তৎলবনি।"

ইনেগী পাউখোং পিটরনা খঙলকখি। অদুগা মহাক্লা খুন্নকই, "ইনে থোইপী, মবিংনা শাপা, মীতাইনা পুপা শমকী শন্নী তৎপা য়ারোই। তৎলপসু মরিং ঐনা অমুক শমকনিয়ে।"

পিটরনা ইনেগী মায়থোঙদা চিংনা য়েংলকই। অদুবু মহাক্লা তাবা পামখিবা পাউখুম অদুদি ইনেগী চীনবান্দগী থোক্লকখিদ্রে।

"পিটর থেঙখিনি, হন্নবা তৌরো।"

পিটব খুমদে। ইনেগী মাযথোঙদগী মীৎফম হোংদ্রি।

"ইনেগীদা লাকপদি কবিসু পীনীংঙাই লৈতেদো ইবুংঙো।"

হন্দকসু মহাক খুন্নক্তে। ইনেনা ঙকচান্ননা মঙোন্দা য়েংলকপদা ব্রাহং অমা মচীনবান্দগী থোক্লকখি।

"লাঙথেল ইনে থোইপী, নঙ শাইবোল পিটরকীতি মমা নত্তপরা?"

"কনানা নত্তে হায়গেনে? ঐ নঙগী নমানিনে।"

ঙাইহাক্কী মমাঙদা কপ্লম্বা পিটর হরাওনা নোক্লকখি। অদুগা হায়রকই, "অতুতি খুন্তা চৎসে। ঐনা ইমাপু মথন্তা করম থমকনি?"

পাউখুম পীরুনবা ইনেগী ব্রাহে লৈখিদে। পিটরনা অমুক্কসু তকশিল্লকই, "চৎলসে ইনে থোইপী। নমৌনা ইনেবু ঙাইহৌরি।"

পিটরগী ব্রাদা ইনেদু থৌ-ব্রা শাদনা মচানা চেকশিন্না শিন্নজরকপা সনাগী মেডলদু মীৎ কৃপ্তবা মখে য়েংলি।

"মশকসু খঙদ্রিবা নমৌদু নুংশিখ্রবোইরে।"

নোংমা ইকায়-ইকায়না হায়জরকখিবা টেলিফোন্দগী থোক্লকপা মচাগী নুংশিবা খোঞ্জেলদু নীংশিং-নীংশীং মেডলদু পিটরদা শিন্নরদুনা হায়রকই, "সে, সি নঙ পুখ্রো।"

"এহ! ইনে, সিতি কনাকীরা? ফচৈনে, করিকী ঐঙোন্দা পীপ্রা?"

"ইমৌ বোইনুগীনি, চেকশিন্না পু। নঙ য়ৌরো পিটর।"

ইনেগী তম্পাক্তা হরাওনা শান্নজরিবা অঙাংদু মপাদা পীশিল্লি। থেম্বা য়াররোই খল্লমাল্লে, কায়রবা থম্মোয় থেন্ন-থেন্নদুনা পিটর থোকখ্রে। থাংনিংদা থাংবা লূন্নবা খোঙথাংনা হামচৎনরবা পিটরগী হকচাঙবু চিংদুনা পুখ্রি।

ইনেদি বোইনুগী চল্লবা মতৌদু নীংশিংলি। মপূরোইবগা নিংঙাই-শংদান্নবদা মাগী তুংদা কোইলোৎ-লোৎতুনা খাঙখিবা মতৌ হৌজিকমক থোক্লিবোই নীংলি। খন্থরকই– ঙসি ফাওবদা ঐগী শিংলীদা চেল্লিবা ঈ, ইচাবু মীথোই-মীহেনহনখিবা পূন্নমক পিটরগী শেংলবা থম্মোয় অমসুং মাগী চীংগী চীংজুম নত্তবরা? অদুগীসু মথক, থাপ্লবা চীংনুংদগী মমানি খন্না ঐবু লৌবা লাকখিবা নৎত্রা? পিটরগুম্বা কয়া চীংগী চীংশাংদা লৈতবরা? অদুদি ঐখোয়গী য়েক্লবসি কনানো?

পারপ তৌবা লৈচীল মপৈ অমনা কূপ্লম্বা ইনেগী পূক্লিং অতিয়া হৌজিক তশেঙ-তশেঙলক্লে। অদুবু মসি ফাওবদা মহাক্না পিটরগী অপাম্বা অদুবুদি পীথোকপা পাম্লুদ্রি।

শুমাঙ মতোন লানখ্রবা পিটরদা অরোয়বা ওইনা য়েংলুই, য়েংনীংলুবদি নত্তনা। নাউহোং মনুংদা মপাগী খোঙথাং তাম্থাদা নোমহৌ-নোমহৌরিবা মশূনা মীৎফম হোংদনা য়েংলম্বদু ইনেনা উবকই।

মখূৎ মচাদু থাঙ্গৎতুনা মোমোন তৌরকই, করিসু ইখঙ-খঙজদনা। মদু ইনেগী মফমদদি পাউখোং চামগা মান্নকুরমাল্লে। মখূৎ মচাদু খৎতুনা কৌরিব্রা– মচা চামগী মমা ওইরুলাও। তাইবঙগী কল্লক-য়েংথী মশক খঙজদ্রিবা নৱা অপীশকসিগী খোঞ্জেল থোক্তবা অরোনবা পাউজেলসিদি কনানা তাবিদৌরি? খূদক্তা ইনেগী থম্মোয় নৌথরকই।

"পিটর, ঙাইখো!"

পিটর চপ লেপ্লী, তুং হন্না য়েংথোক্লুই। উরকই– ইনে থোইবীনা মখূৎ অনীনা লৈমায়দা নম্লগা হৌগৎপদু। উখোঙদা য়াল্লিবা শমদু লামদুনা লৌথখি। লাত্তুনা থমজবা মপূরোইবগী খোঙউপ্তু শমদা হাপচিল্লি। হায়রকই, "শমসি নঙ য়াল্লু। কদায় অঙাংদু, নাউহোংদু ঐঙোন্দা হাপ্লকউ।" ❑

## স্বর্গদা ঐ

দোলাই অপাইবী তোংলকপগী কোকসি ঙাউরি ঙাউরি, স্বগগী লাইয়াম সভাগী মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগী মনাক্তা গ্রোং চঙশিল্লগা কোক নোল্লুই। ঐ' ইবুংঙো গোপালনা খোইরুম মোমোন্ননা ফমফমলাংদগী হৌগৎতুনা ঐবু ওকই।

"ইবেম্মা! নপূরোইবগী বরদগী ঐহাক্না নঙবু স্বর্গসিদা নুংঙাইনা লৈননবা কৌবনি। মফমসিদদি লো এণ্ড ওরডর ফত্তবগী ব্রাফম লৈতে। ননীং তম্না নুংঙাইনা লৈজরো।"

"ইবুংঙোগী য়াথংনি।"

শ্রীকৃষ্ণনা মনাই নুপা'মা কৌশিন্দুনা হায়রকই, "ইবেম্মা অসি ঙসিতা অনৌবা থুংলবনি। ঐগী মন্ত্রি মন্দলশিংগী মমিং-মথা খঙহল্লু, অদুগা স্বর্গসিগী মফম খূদিং কোয়না য়েংহল্লু।"

নুপাদুনা ঐবু স্বগগী মফম খূদিং পুদুনা তাকই, "সিদগীসিনা এডুকেসন ডিপার্টমেন্টনি, আদগীসিনা ইলেক্ট্রিসিটি ডিপার্টমেন্টনি, মসিননি মফমসিবু অহীং-নুংথিল নাইদনা ঙালহল্লিবা, অদুদগী মথঙসিনা ইরিগেসন এণ্ড ফ্লড কন্ট্রোলনি।"

মথঙ মথঙনি। য়াম্মী, লাইশঙ মাল্লপ তৌবা ডিপার্টমেন্ট ময়ামদু ফোলিন্দা হেক্তা পরেংনি। অদুদগী নুপাদুনা ঐবু ব্রারম্ননি হায়দুনা তেরা মফোনগুম্বা ফিদা অমদা ফমহল্লি। মোনম্রে, মোনম্রে। ঐনা পৃথিবীদা ফম্লকপা ভি আই পি সোফাগাদু কৎচানি। অমৃতনি হায়, সনাগী পাত্র অমদা হাপ্লা লূরবা মহীদু ঐঙোন্দা পীথকই। ওম্থোক্লা হাউম্রে, থুমম্রে। মনমগাদু খূৎনুংশি'মনি। মদু হেক থক্লুবদা ইশাসি ইঙাগী অয়ূক্তা

শাৎকায়রকপদা ঙায়রিবা থম্বালদু মঙায় তেকখৎলিবা।

নুপাদুনা ঐগী নাক্তা ফম্লদুনা লাইয়াম সভাগী মন্ত্রি মন্দলশিংগী মমিং তাক্লকই,

"ইবেম্মা সরস্বতিনা এডুকেসন পায়রি। ইবেম্মা দুর্গানা ডিফেন্স মিনিষ্টরনি। ইতৈমা লক্ষ্মীনা ফাইনান্সনি। নখোয় মণিপুরদগী লাকপী এম পী নুপীদু খঙইদনা! ইবেম্মা ফৌওইবীদো, মানা ফুড এন্দ সিভিল সপ্লায় পায়বনি। পাবুং ইন্দ্রনা ইরিগেসন এণ্ড ফ্লড কন্ট্রোল, য়াম্বুং শিব শম্ভুনা মিডিসিন এন্দ নাবকোটিক্স।"

"তামো! মন্ত্রি মন্দলগী ফম অয়াম্বা নুপীশিংদা লোইনা পীথোক্লিবসি করম্বা রাজনীতিনো?"

"নুপীদা হক পীবা চহীনি হাযদুনা ইবুংঙোনা য়াথং তৌবনি।"

ঐবু যেংবা য়াবা মফমশিং য়েংহল্লে। তাকপীবা য়াবা পূম্বা তাকপীরে। কাইনথংদা ঐগী লৈফম তাক্লম্লগা মহাক চৎখ্রে।

হেক চঙশিনখিবদা খঙনদবা ঙাক্তা লৈরমগদ্রা খন্দুনা চিংনরুবনি অদুগু ঐখোয়' লৈকায়দগী এইড্স নাদুনা হন্দক্তা চৎখিবা শান্তিনা চেনশিল্লক্লগা খূদাং পায়রৈ।

"হৈমা! ইচে, কৈদৌঙৈ লাকই?"

"ঙসিতা থুংলবনি। কমদৌরি নঙদি?"

"স্বর্গনিদনা ইচে।"

শান্তি উবদা মহাক্কী নুপা মহাপাপীদু নীংশিংলকই। লাঞ্জদবী ইনাওসি মহাক্লা মীরমলেন্দা তৃক্কৎচনিংঙাই মশক ওইরবা লায়নাদু নাহনখিবনি।

শান্তিগা ঙাইহাক ৱারী-ৱাতাই শানরম্লগা ঐ শকখঙদবা ময়ামদু য়েংবা থোরকই। য়ামখ্রে। মীৎসিনা য়েংবগী অরোয়বা নাইদে। মমাঙ চহীদা চৎখিবা তা'চাউবদু লাপতক্লা উই। ওম্থোক্লা তৃক্কৎচখ্রবা শক্তি। নুপী লোনবদা হালেংবা নাইদবনি। অসিবু কমদৌনা স্বর্গসিদা লৈহল্লম্লিবনো? মফমসিদা চঙবসিসু মীরম্লেন্দা চৎনবা অদুগুম্না শেঞ্জা-থুমজাগা লৈবজাৎলা? তৌবগীসু মীরম্লেন্দা চৎনরিবা হাবি-জাবি ময়ামসি লাইশিংনা তম্বীবজাৎনি। ঐনা তাইবঙদা লৈরিঙৈ, নোংমা ইমানা উমংলাই খুরুমহল্লি। মদুদা ইমা মাইবী অমনা লাইপাউ তৌরকই, 'নধৌ ঐগী চরৈ-ফি হোংউ, তরেৎকী শেঞ্জানা ৱাকোংউ।' ইমানা মথৱায় ৱাজখি। ঐনা হংখি, 'ইমা লাইনবু মদু কৈদৌন'দোইনো? মাগী মনাই অচানবা ময়ামদুগীরা?' ইমানা ঐবু তিনখেৎ-লাইখেৎলি হায়দুনা চৈখি। তৌবগীদি ইমা মাইবীদুনা পঙহায় হায়জিনবসু ওইরম্বা য়াই অদুবু

তৌশিন্নবা মচিল-মবৈদু মহাক্লা ৱার্বা ক্রুবা কবিগীনো?

ইহে' পঙফৎ ফত্তনসু খল্লুবা যাদ্রি, ঐনা খঙদবা তা'চাউবগা অফবা কয়া'মসু লৈবম্বা যাবি। কনানো' আদা মখ্ত্তা গিটব'মা পাযদুনা মোন্দা নুংঙাইনা ঈশৈ শক্লিবসিনা? যেংশিল্লুবদা চান্নকবমাল্লে মাসু যেংথোবকই। হৈমা' অসিদি মহাক্লিদনা। থম্মোযদা ভীং পানবা মাগী মীনোক্তু নোক্লগা কৌবকই, "কৈদৌঙৈ লাকই? লাকও, ফমসিলাও।"

ইকায ইকায মনাক্তা চঙশিল্লুই।

"ঙসিতা থুংলবা নৎত্রা? ৱাবল্লনি, অমৃত থকসিবা?"

"নো থেঙস' হৌজিক্তা থকচবকপদা ঙাযর্জবি।"

"মীবল্লেন্দুবু কমদৌহৌবিগে, ঐখোয থোইবী'মাদু মযূম পালহৌদ্রিকো?"

"হৌজিক্তি পালহৌদ্রি। মচা শেম্বা লোইবগা পাল্লবসু পান্নি হাযহৌই।"

"অহুল্লক্তি মাসু কন্না আশা তৌবিনে। ফবে, লাকও পোত্থাববো।"

গুলাপকী ফমুং অমদা ঐবু হীপহল্লম্মী। ইকুই কুইদনা নিদ্রা লাইবেম্বী হাযবদু ওইবমাল্লে, থোৎলবা খৃৎনা ইকোক্তা নাম্মুবীদুনা নাউশুম ঈশৈ শক্লগা ঐবু নাউশুম্বাবম্মী।

মীকপ থোবকপদা ইনাক্তা মহাক ফল্লম্মী। শুমহৎযাই পুবা মীনোক নোক্লদুনা হাযবকই, "স্বর্গগী অম্বাপুব লৈকো'ল কোযকসিবা?"

"হোয কোযকসি, যাম ফজে হাযনৈ।"

ঐগী খূজেং পাযদুনা মানা ঐবু স্বর্গগী অম্বাপুব লৈকোলদা পুবীখি। মখল কযাগী লৈবাংশিং শাৎলম্মী। লৈনম্মা মাযকৈ শীল্লি। মানা ঐগী শমজীদা সনা মচুগী লৈহাউ লৈবেন থেৎপীখি। নাপ্পদসু গুলাপকী নাচোম চিনবীখি। ঐগী খূৎনা লেংজবা লৈবাং কুন্দো পবেং মাগী ঙকশমদা হুক্তুনা, তাইবঙদা শেমখিদ্রবা নুংশি লৈপুন স্বর্গগী লৈকোন্দুদা শেল্লে। ঐগী থম্মোয পেঞ্জখি।

পূং কযা ফল্লে। মীবল্লেন্দা চমথোক্লহৌদ্রবা ৱাবী কযা নাপ-চীক্লা চমথোক্লবে, "নমীৎ যাম্মনবদগী ঐ নঙবু ৱাবৌখি। নুংশি নুংশিনা বিদায পীখি।"

"ঐ অবং-অবাক্তা ঙাইহাক পঙথকবনি। মদুদি নহাগী হৌনশানি। অশেঙবা নুংশিবা মশক খঙলক্লবদা নঙবু থিখি। নহাক লুহোংলম্লে। ঐ কযাম কপখি। মদুদগীনি ইবেম্মা, ঐনা মৌ হনুবী'মদা থেংজিনখিবদো।"

“চিঠি কয়া থায়, টেলিফোন কয়া তৌখি। নপাউ অমত্তসু তাখিদে। লুহোংবগী ফি শেৎলমদাই ফাওবা ঐ নঙবু ঙাইজখিবনি।”

“নঙনা তাইবঙদা ঙাইজখিবদুগী মহৈনি, স্বর্গসিদা ঐনা নুমিৎ খূদিং নঙগী লম্বি য়েংদুনা লেঞ্জরিবা।”

নুংশিবা লৈনমসু কুইনা নম্লক্লবদি হৈনিংবা ফাওরক্লে। ঐনা মঙোন্দা হংলুই “হল্লসিরা?”

“ৱারব্রো? ইচেম্মা মেনকাগা, অপসরাগগী ডান্স শো অমুক য়েংলুসিরা?”

“হোয় য়েংলুসি।”

ডান্স শো হৌরম্লে। মানা ঐঙোন্দা জগোয় শাবী ময়ামদুগী মশক মমিং তাকই। ‘অমসিনা অপসরানি, অমসিনা মেনকানি।’ ঐখোয়গী পৃথিবীদা কবি কয়ানা মখোয়গী ফজবা শৈথাবদু ৱাৎপু ৱাৎমল্লব্রা খল্লি। ফজৈ ফজৈ! ওখাক ফজৈ, লেম্মি, পকচৈ, শুমহৎলি। মসিমক্লনিদনা বিশ্বমিত্র মুণিনা মতম খরা হীরো শাখিবদো, পূক্লিংদা ইতোমতা খল্লি।

“আদা চঙখোনখ্রবী অনীখক অখন্ননা ফিদা অমমমদা ফম্লিব’সিনা কনা কনানো?”

“ইমা ইবেম্মা সীতাগা, ভাবি দ্রৌপতিগনি।”

“হৈমা! ইবুংঙো রামচন্দ্রগা, অর্জ্জুনগনা ট্রোফি ওইনা ফংখিবীশিংদুরা?”

মানা নোক্লগা খুল্লকই, “হোয়নে হোয়নে! অদুম্না হেক্তা হায়রবসু য়ারে।”

“সতিনিগাই মূকখাইদুনা ফম্লি’সে ঐ অমুক্তা মরূ লূকহল্লুগেদো।”

“হৈ! ফরক তারুনু; ইবুংঙোগী অচানবী মনাই ঙাক্তনি।”

“মখোয়দৈ হেনবা সতি ঐখোয়’ মৈত্রবাক্তা কোকথোং’মা লৈহৌই। নঙসু অমুক্তা খল্লূনে; অদুক শিংবী মখোয়না নুপা নহানা চৎপদা ইন্নবা হায়বসি শাফম লানফম্লি খঙদবজাৎলাও। মখোয়না নুপাগী মতুং কোয়ইন ইন্নদুনা শাথীখ্রবা লাঞ্জাওশিং থোকহন্দুনা মপূরোইবশিংদু কয়াদা অৱাবা নংহল্লে। ময়ূমদা নীংথিনা লৈহৌদুনা শোল্লবী মনেমশিংদুগী সেবা মতোন লোম্না তৌবীরগা, শাংলবা চহী কয়াদু মপূরোইবগী খায়না মৈচাক খাঙলম্লবদি, ঐনা মখোয়বু থাগৎলমগদবনি। ঐ আরগুমেন্ট তৌরুগে।”

ঐগী মওঙ খঙলবা মহাক্লা শোয়দনা খৎনরুবা তারে খল্লদুনা ঐবু চিংদুনা ঐখোয়গী লৈফমদা পুরক্লে। ইবানী লৈগী শৈজাদা হীপথরে।

স্বর্গদা লৈবা লাইয়ামশিংদি মথৌ ওম্বোক্লা চিনখ্রে। তাইবঙপানসিগী অকূপ-অতাইগী

হিসাব পূন্বা মখোয়না শূই। হিসাব ময়ামদুগী অফ-ফত্ত য়েংলগা রাজনীতি তৌবা ঐখোয়' ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগী খূত্তা পায়বা রিমোট কন্ট্রোলনা পৃথিবীদা লীলা শান্নবনি। মীচম ঐখোয়গীদি থোইদোক্লা থবক লৈতে। কোয়বা, চৎপা, তূম্বা, চাবা অসি ঙাক্তনি। নুমিৎ খূদিংগী ইবানী কোয়মিন্নে, চৎমিন্নে। নিংথৌ তুরেন্দা চেঙহী শম্বাল লাংমিন্নখি। অদুবু হন্দক মরক মাগী মওঙ খংহোং হোংলকই। ইতোমতা থন্নল্লগা শ্বায় হেক মাঙখি। হংলুরগা খুন্নকই, "কুমারদো ঙরাং থুংলরে, হাইফেৎ ব্বারী তৌরুবনি। ইবোমচাদুসু লাকহৌদৌরে হায়।"

নোংমনা, "ঙহাক হকচীক লাংলুবনিদা।"

স্বর্গসিদবু হকচীক লাংবগী করি দবকারনো? মফম খূদিং এয়র কণ্ডিসন ঙাক্তনি। ঐ চিংনরক্লে। নোংমদি চত্তুনা কোয়থি থিরুরে। ঐনা চিংনরম্বদু শোয়দ্রে। অপ্সরা মেনকাগী মনাক্তা কূন্দুনা লৈরম্লে। ঐ খম্থবগা নংহৌদে। খূদক্তা ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগী মনাক্তা চৎলে।

"কৈদৌরে ইবেম্মা! স্বর্গসিদা ননীং থুংদবা করি লৈরে?"

"ঐগী তাইবঙদা লৈহৌবা ইপূরোইবগী বরদগী লাইরম্লেনসিদা ঐগী নুংশিবগা থুংনজরে। অদুবু ইবুংঙো, ননাইনা পেঞ্জদ্রিবদি, মহাক হৌজিক অপ্সরা, মেনকাগী মনাক্তা ব্বাম্থদুনা লৈরে, বিচার তৌবিয়ু।"

"ওহ! ঐ ভাব তারে। য়েংঙোই! ফেমেলি কোর্টকী কেসতি ঐখোয়' ইবেম্মা বাশেশ্বরিগা, পার্ব্বতিগনা অয়াম্বা পায়বনি, মখোয়গা তান্নরো। শিব শম্ভুগা ঐখোয়নী'দি মতাঙ'সিদা চেন্নরনুকো।"

খূদক্তা মনাই'মা থাখি। পার্ব্বতি ভোলানাথকা থুংলৈ। ঐগী ব্বারম পুন্নমক শ্রীকৃষ্ণনা তম্মী। ইবেম্মা রাধিকানা মনাইশিংদা য়াথং তাউথরকই, "ফাইল নম্বর লাক্ষ য়াঙ্খেহুমদোইশুবদু পুরকউ।"

মীৎনা কূপ্পদা ফাইলদু মবেম্মদা শিন্নে। ইবেম্মা অনী জূ-জূ তান্নদুনা ফাইল রেকোর্ড য়েংই। মনাই থাদুনা ঐগী শাইওন য়াম্বা মহাক্তু ফাদুনা পুরক্লে। ইবেম্মা পার্ব্বতিনা হায়রকই, "নহাক স্বর্গদা লৈবা য়াবা মীশক নত্তে অদুবু নহাক্লা মফমসিদা লৈপুন শেম্লীবী নুপী অসিগী পুন্য চেল্লবা মপূরোইবগী বরদগী নঙবু স্বর্গদা চঙবা য়াহনখিবনি। নঙগী মাঙলমচৎকী পুক্সিদা নুংশিববু লল্লোনপোৎকুম খনবতা নত্তনা ঐখোয়গী ইন্টরটেনমেন্ট প্রোগ্রামগীদমক থম্লিবী লাইয়ামশিং ফাওবা নত্তবা মীৎয়েং

য়েংলম্বগীদমক নঙক লাক্নুনা পাতালদা লংথবা তাই।"

বিচারদু তাবদা ঐ কপথোরকখি। মিপাইনা চেনশিন্দুনা উয়ুংগুম লেপ্লীবা মাবু চেৎনা কোল্লগা ঐনা ইবেম্মগী মফমদা হায়জখি, "নত্তে ইবেম্মা! মদুতদি তাকপীগনু। মরালগীদমক মাবু মতীক চাবা দন্দি পীনবীয়ু।"

ইবেম্মা রাধিকানা ঐবু থেমজিনবী, "কপকনু ইবেম্মা! নুংশিবদা শ্যের তৌবা হায়বসি ঐখোয় নুপীশিংগী খাঙমদ্রবা অবাবনি। মদু মহাক্না মীরন্নেন্দগী হেন্দোক্নুনা লাইরম্নেনসিদা ফাওবা অদুগুম্বা লীচত্তু চৎলবনিনা ঐখোয়না মাবু ঙাকপীবা ওন্লোই।"

ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণ, ভোলানাথ, য়েংনরগা মীৎচি খৎনৈ। ঐনা হৌনা কপ্লদুনা হায়জখি, "লাইরম্নেনসিদা ঐ নাইতোম লৈজবা ঙমজরোই। মতুং ইন্না পাতালদা চৎচপ্রগেনে ইবেম্মা রাধিকা।"

"উম! পূন্য চেনবগা সঙ্গ ওইরগা পূন্য ফংবা, পাপীগী মনাক নক্লরগা পাপ ফংবা মদু লাই ঐখোয়গী আইন্নি। নঙবুসু পাতালদা থারগনি।"

খূবাক অহুন্নক্তং খূবদা অকি-তুজুংবগী মশক ওইরবা মনাই অনী হোৎচিল্লকই। ইবানীবু মখূৎ নামা নামনা থাঙ্গত্তুনা পাতাল তম্না লংথরকই। ঐনা লাউখি, "ইমা!"

"নুংশিরৈ, নুংশিবৈ! তারব্রা নঙবো? নমীত্তু পাঙঙুনে।"

ইশা নোমদুনা মহাক্না ঐবু হৌদোকপিরকই। হৌজিক ফাওবা কংলমদ্রিবা মীৎকী পিদু মাগী খূৎনা তপ্লা তৈথোকপীরদুনা হংলকই, "কৈদৌরগে নঙবো? জ্ঞান তারব্রো?"

"উম!"

"কনানা কৈদৌরম্লগে? ঐ লৈরি'সিদি।"

লোংনা ইীপ্লম্বদগী চেপথোরকই। কোম্লম্বা ফিদু হাইফেৎ শেমজিল্লি। মাগী মথানুংদা লৈবগা অকিবা পূম্বদু মাঙম্রবা মতমদা ঐনা হায়রুই, "নঙগী বরগা অমত্তা পামজদ্রে ঐ। হিংলিঙৈদসু, শিরগসু ঐবু নঙখক্কী নত্তনা কনাদসু শিন্নবীরনু।" ❑

# নোংথাঙদগী নোং

লম্বীদুদা অমুক হনখ্ররোই খন্দুনা শরূ-শয়াং হীক্তোকমখৈ শৃ-নোম্বনি। অদুবু শৃনা-শৃনা নোংম-নোংমগী চবা শীৎপা মশীং য়ামশিল্লকই। উপায় লৈত্রে হায়দুনা ঐবু অমুক নরক্কী কোমদুদা ইখোঙসি থাংজিল্লুখিদ্রা?

ঙরাং নুমিৎ চৃপ্পা অমা মীগী লৌ খুলং শৃরুই। লুপা য়াঙ্খেখক ফংলকই। মদুনসু অনাবগী হীদাক লৈবা কোন্নবা নত্তে। ঙরাং অয়ূক্তগী ইচাশিংগী ময়াদা চাক মব্দ অমত্তা তারক্ত্রি। নুমিৎ হেক তারকপগা চাক থোংলরোইদ্রা হায়বসিনা পৃম্নিল নিল্লবনি।

"ইমা, চাক লাম্বনা শিদৌরে। কৈনো'মতা চাগে।"

চাক্কী নিঙাইদা অতোম্বসিমদি ঙরাংদগী করিমত্তা চাও-থকউ য়ারক্তুবনি। খরা চাউবা অনীদুদি অফং-অফংবা হৈ-রা থিদুনা পঙচা মচাই। নোংমতা চাক্কীদমক নিঙাই-শংদানদে। অতোম্বসি খরা শাথী। চাক্কী মহৎ নত্তবা অতোপ্পা অমত্তনা শিনবা য়াদে।

করিসু লৈত্রে খঙলবা চাকখৃমদুদা চঙলে। চৃবা মেত্তুনা ঙাইহাক ফম্লম্মী। উপায় লৈতে। মনীংথোঙদা থোরকই। অশঙবা অৱাথবী খরা পাল্লিবদু হেক্কুরগা ফৃৎলি। ইমোচাগা, বোবোগদি ফমুংদগী ফৃক হৌগৎলগা তৃমিন-তৃমিন চানখি। মমীৎ মচাশিংদু হাইফেত্তি ঐঙোন্দা ৱারৌনা য়েংলম্মী। অতোম্বদু ফমুংদগী হৌগৎলক্তে। মাগী খেম্ফম খঙদবা নিঙাইদু হৌরক্লে, "ঐদি চারোইকো, চারোই হায়'সিনি।"

"ইচা মরম ওকপনি। নুমিৎ হেক তাবগা চাক থোংলদৌনি। লাকও চাথোক্লরো।"

"ঙরাংসু অদুমাইনা নচীন থীবা নৎত্রো? চাক নৎত্রদি ঐ শুকচা চারোই।"

থেন্ন-থেন্নগা মখোল হৌনা কপ্পা হেঞ্জিল্লকই। কৈদৌসিগে ঐ?

"তোম্বী, নঙবু খোঙসি অমুক্তা পায়রোলাউনে।"

অয়ূক্কী হীদাক পীজরম্বদগী মনাক্তা চঙলুদ্রি। চঙবসু চঙনিংদ্রবনি। মাবু মীরায়বগীদি নত্তে। অকিবা ফংনা শোকচিল্লবা শকফমদু উরগা হন্ন-হন্না থম্মোয়সি কায়গনি। উহন্নীংদ্রবা অরোনবা ঐগী মীৎকী পি মহাক্রা উখিনি কিবদগীনি।

"ইমোচা, নঙসু নপাগী মখোঙদু খরা পায়বীয়ুদনা।"

"চাক লাম্বনা শিদৌর'কালসিদা ঙল্লোই।"

"উম! শিরনি, নোই লোইনা শিরনি।"

মাগী মখোঙ পায়না-পায়না ঐ মঙ মঙলি। লাযরবা ঐখোয়গী পাপ-পূন্য, ইজ্জৎ-সন্মান করিনো? ঐনা কনাগী পাপ্পু কিফম থোকপগে? ফীভম অসিদা মীওইবগী ইজ্জৎ-সন্মান পাম্ফম থোক্লিব্রা?

"ইমা, তোম্বসি কৈনোম তৌখ্রে।"

ইপা-পাখৎনা চঙশিল্লি। মশা পূম্বা হুমাংনা লূপ্পল্লে। মমীৎ উইশিল্লি। শ্বব ফূইনা ফূইনা হোল্লি। তৌফম খঙদনা ইচাবু পমখৎলি। ইথানুংদা চেৎনা কোন্দুনা কৌই, "তোম্বা মীৎ পাঙউসে। কৈদৌরগে ইচাবো?"

ইচাগী চোকথরবা কংলবা চানবান্দুনা খুম্বা ঙমদ্রবা পাউখুমদু ঐ খঙই। পাপ চেল্লবী, ইচাবু মবূক ফাওবা থন্না পীজবা ঙমদ্রবা খৃৎসিনা পীক্লবা লাইবক্কী হুমাংশিংদু তৈথোক্লুই। খল্লকই— খূৎ অসিননিকো তমথীখ্রবা ইচাশিংগী লাইবক শেল্লিবা। ইথানুংদা অমুক্কসু চেৎনা কোনশিল্লি।

"ইমাগী তোম্বা, নঙবু ইথানুংসিদা চেৎনা কোনবসি নত্তনা ইমাগী করিসু লৈতে। ইচাগী খৌগংলবা থব্বায়-হকচাং মসিনা ঈংঙোকো।"

"ইমা ঐ ব্বায়য়ে।"

"তোম্বা, ইমানা হায়রিসে তাও। চাক থোংদোইনিকো। সে! ঙহাক্তং হীপলম্মু। ঐ চেঙ লৌরুখিগে।"

ফি শেৎচিল্লি। থোরকই অরাম-খৌরাংবগী তূংনফম ওইরবা য়ূমদুগী থোঙজাওদু লাম্থোক্লুনা।

কনাগী থোঙজিন্দনো ঐনা লেপ্পুগদবা, শূপ্নগী চেঙ খূয়া অমগী। পূন্য তৌবদা

জীবশিং অসিগী চাকখাও পূম্বা মৈ হৌনা চাকথেক্লে। অমুকসু মদুগী সন্মান ফংলি—মচাশিং থাকপা ঙমদবা মমা। অদু ওইরবদি ঐ কৈদৌগনি? পাপ। উম! ঐ পাপ তৌগনি।

মমিং তাবতদা মীয়াম্না হঙ্গোইনরবা ইচে লৈবাক্লেগী মনাক নক্লুরে।

"ইচে, ঐ... ঐ... ঐ... কৈদৌগদবনো খঙদ্রে।"

"ঐ খঙঙে, ঐ খঙঙে..."

ইচেনা চীনবান পাথোকপমখৈ চারম্বা ক্বাদু মহী কৃৎ য়োৎশিল্লগা মখা শমথরকই, "হিংনবগীদমক মালেমদা লৈবিবা মীওইশিংনা কারবার তৌই। অদুবু কারবার হায়বসি শেল চঙই। শেল পুথোক্নুনা কারবার তৌবা ঙমদবা ঐখোয়দি মদুদগী হেন্না ফবা কারবার লৈত্রবনি।"

য়ূমদা হেক থুংবগা পম্বদনা চাক থোঙ্গৎলে। অঙাংশিং কৌথোক্লগা হাঙলবা চাকখাওশিংদু থলহল্লে। তোম্বদু হৌদোক্লগা ইতম্পাক্তা পল্লদুনা চাক ইনবীরে। চরা কযা চাবা ফংজরক্রুবা পীক্লবা চীনবান্দু চোৎনা থব্রায় তাজনা চাবদু উরগা মাঙখ্রবা ইজ্জত্তু ঙাইহাক্তি কাউথোক্লুই। মৈ হৌনা চাক্লম্বা চাকখাওগী মৈরীদু তপ্ন-তপ্না মূৎখ্রবদা তোম্বা মরোল থোক্লকই, "ইমা, ঐদি চাক লাম্বসে যাম হৈনদে।"

হৌজিক ফাওবা মহাক করিমত্তা ঙাঙ-শক্লক্ত্রি। মহাক্লা ঐবু ব্বারৌরি; অরোয়বী পনখৈ য়ৌনা। ইরালনা ইপোৎ ফারবা মীশক অমগুম মনাক্তা চঙশিল্লি।

"তারিব্রা, চাক খরা ইনসিরা?"

উইশিল্লম্বা মমীৎ অনীদু মৈরীক কযা থোক্লা পাঙথোবকই। কিজবনা মাগী খূয়াদা চঙশিল্লি। তপ্না মখোঙ শোক্লুরি। পাপনা থাগৎলবা ইখূৎসি ইন্থোরকখি। অকিবা ফংলবা শকফমদা অয়ৌবী থৌনা ফূদোক্নুনা ঙংলগা হাযরকই, "শোক্লক্কনু, ঐগী খোঙ শোক্লক্কনু। পাপ চেল্লবা খোঙসিদা অমুক্কা পাপ হাপ্লক্কনু। অদুগুম্বা শারমচত্তু তোক্লো কয়ারক হন্না হায়খ্রেদনা। হায়যু, চীঞাক্কা, ফিগা করম্বনা হেন্না মমল য়াম্মী? নঙনা পাপতা তাল্লকপা চীঞাক্লা পাপতা হিংবসি ঐ পামদ্রে। ঐ হাত্তোকউ, ঐবু হাত্তোকউ।"

মথঙগী ব্বাহৈ খরদুদি নাহেখোলগা য়ানশিন্নখ্রে; তাবা ফংখিদ্রে।

ঐগী থম্মোয়গী মপাল নাইদ্রবা অব্বাবশিং মপাল থোক্লা মীৎলু য়ৌরক্লে। কপখি পেন্না ইথন্তা ফংবা চৈনানি, ইথন্তা খাঙজবা তাই।

তঙ্খায় শিববা মহাক ঐগী লেঙদ্রবা ইবলনি। ইবল অসিনসু ঐবু তূঙ্কৎচবি, ঐবু মীবাযবিবি। মীৎলু থূম্না কূপশিনখ্রবা পিগী কূযোম ফাওদোক্তুনা নীংঙাইদা তূম্লিবা ইচাশিংগী মাযথোঙ উবকই। ঙসি উখ্রিবা চাক চবা অমগী মোমোন মিনোক, মখোযগী থম্মোযদা মতম অমদা হূ ওল্লক্কনি। শোযবোই হাযবক্কনি— ঐখোযবু কৈদৌবৈ হিংহনবীবল্লি'নো?

"চৎলো নঙগী পাপকী থবক্তু মখা চখ্থকখো। ঐ থিংলবোই .."

হাযবা লোইখিদবা মাগী অকোনবগী বাহৈদা ঐগী থম্মোযদা চূবিবা ইঙেন থাগী নোংজুদু অখাক-অবাও লোযনবকখি।

"চৎকনি ঐ চৎকনি। ঐগী কবিসু লৈত্রে। কবিসু লৈত্রবা ঐনা কনাগীদমক হিংদৌবি। ইশা অসি মবীল চৎপমখৈ শূবনা নোংমগী ইচাশিংগী মবূক থাকপা ঙমদ্রে। ঐনা ঐগী মপালথোংগী কূযোম ওইবিবা ইশাগী শদোং অসি যোনবনি, নঙগীদমক ইচাশিংগীদমক। কবম্বা নুপীনা মশাগী ইজ্জৎপু পাম্মুদবা যাওবগে। ঐসুনি। ঐনা ইশাগী ইজ্জৎপু নুংশিজৈ। অদুবু ঐগী অবোযবী পনখৈ যৌবকপা মতমদা ঐগী মমল নাইদ্রবা লনদু যোম্থোকখি। মতমদুদা ঐগী থম্মোয শক্কতনা যোল্লবা কংলবা নঙগী নথানুংদা কপখি।"

"তোকও! ঐ তাবা ব্রাবে।"

নোংথাং কূপ্পগুম মৈবীক থোক্লম্বা মাগী কূৎশিল্লবা মীৎলুদু পিবাংনা পাথোক্লন্লে। অদুবু মবোল থোক্লবা মাগী পিবাংনা ঐগী অবোযবা অচেৎপা ফিবেপ্পু নমখাযবা ঙমদ্রে।

ঐগী মণি মতূমশিংদু মকোক্তা অমুক'মুক্তং নাম্থবীবে। অবোযবা ওইনা মতম পূম্বদা সেবা তৌজদুনা অহীং কযা মীৎশেন খাঙখ্রবা মাগী খোঙদু অমুক্তং শোক্লিংখি। অদুবু ঙমখিদ্রে।

কেবোসীনগী পাত্র থাঙ্গৎলি। ইশা পূম্বা লূপ্না হৈজিল্লি। মৈখেৎ পাযখৎলি। খেৎলি। মীৎ অনীসি চেজেৎ উইশিন্দুনা মৈ কৌবা লাইদা ইশাবু কখোকচৈ।

"হে! মৈ কৌবা ঈশ্বব নঙনা ঐবু লৎনদনা লৌশিনবীযু।"

তনীক-তনীকপা হৌববা খোঞ্জেল অমা ঐগী নাকোংদা যৈবকখি, "তোম্বী কবিনো নঙনা তৌবিবদুবো? নখূত্তগী মৈদু মূখ্থৎলু। মূখৎলো হায়বনি নঙবো। ইচা অহুমসিগী অমুক্তা খন্থখোনে নঙবো? নঙনা ঐবু থম্মোয শেংনা সেবা তৌখিবা

ওইরবা, মৈদু মূখৎলু। মূখৎলুনে তোম্বী নওবো।”

খূৎ নীল্লকখি। মৈখেৎকী পীল্লবা মৈরী মথন্তা মূৎচখ্রে। চেনশিন্দুনা মখোঙ থম্বাল অনীবু কোন্দুনা কপচখি। মহাকসু কপ্লকখি মখোল থোক্তনা। মীৎকী পি ফাওবা মথন্তা তৈথোকচবা ঙমদ্রবা মাগী থিংঙমদ্রবা পিশিং ঐগী মোৎলবা ফিজিনা তৈথোকপিখি। ঐগী পিনা মাগী মোলাং চোৎলে।

“তোম্বী নওগী পিদু অরেম্বদা তাহনগনু। চেন-চোংদুনা নওবু, ইচাশিংবু থাকপা ঙমদ্রবা পাপ চেল্লবা ঐগী খোঙদা তাহল্লু।”

ঐগী পিনা অহীং থেঙলবা ফাওবা মাগী মখূয়া থম্বালবু চাল্লম্মী। মদুগী মতূংদা তাবকপা ঐগী পিশিংদু মাগী মথানুংদনি। ❑

# মমা

মিষ্টর শর্ম্মা,

ঐগী অহানবা ফংজবা ইচানুপীগী বার্থ ডে লাক্লিবা তাং ২০ সিদা থোক্লে। অদোম্মা অদোমগী মিসেসকা লোয়ননা শোযদনা লেঙবীবকউ।

নহাক্কী মরূপ,

বামেশ

ওফিসতা পীবম্বা চিঠিনি। হবাওমনখিবনা ওফিস মতম লোইদ্রিঙৈ যুমদা হল্লক্কুনা শান্তিদা তল্লুই, "বামেশকী মচানুপীগী বার্থ-ডে লাক্লিবা তাং ২০ দা থোক্লে। যেংউ' চিঠিসে বামেশনা থাবকপনি।"

চিঠিদু পাবগা হবাওমনখিবনা শান্তিনা হাযবকই, "ঐদি হৌজিক্কুম চৎনিংলে। সুনিতাগা বেবিগদু উনিংবনা ঙাওবে।"

"ঙাওখৎলকঅনু খিৎ। তাং ২০ দো হংচিৎনি কুইদ্রেদনা।"

"হযেংদি নোংমাইজিংনি। হৌজিকমক চত্তুনা খূদোলপোৎ অমত্তং লৈবীরুদনা।"

"বহাদুব থাবসি; ঐ চোকথবে।"

মখা তাবমদে। মমীৎ অনীদু হাইফেৎ শাউবংননা শুক্কোক্লল্লগা বহাদুবদা থৌদাখি, "তাবিব্রা বহাদুব' বাজাবদা হৌজিকমক চৎলু। জপানগী লাইধি নুংশিবা অমত্তং লৈরুচো।"

যাথং পুবদুনা বহাদুব চৎখ্রে। ঙাইহাক লৈবগা মহাক হল্লক্কুনা মবেম্মদা লাইধি

উৎলৈ।

"কয়া পীরকই'সিদি, ওস্থোক্রা নুংশিরেদা। সুনিতাগী বেবিদুনা শোয়দনা পামগনি। হয়েং হোবি সেন্টরদা চৎলগা নীংথিনা পেক তৌহল্লুগদবনি।"

বার্থ-ডে নুমিত্তু ফনা ঙল্লিঙৈদগী শান্তি মকে শেমখ্রে। ড্রেসিং টেবল মমাঙদা লেপ্লগা মেক-অপ তৌনা তৌনা ঙাঙবসু লেপ্তে, "মীবু কয়াম তিল্লমদৌ মান'গে? সঙ্গদি চাউবনিনে অনীদো। অঙাংদুনা কনা মাল্লম্মি সুনিতা মাল্লম্লদি ওস্থোক্লা ফজরমখ্রনি।"

ঐঙোন্দা অমুক ওনশিল্লকই, "লোইশিল্লো কৈদৌর'গে! নঙ' হৌনবী নীংঙাইদবদু তৌরনু।"

বামেশখোয়দা থুংলুবদু ফনা ঙল্লি। কনা অমফাও' লাক্লমদ্রি। থোঙজাও মপান্দা পানবা কোল্লিং বেলদু নম্মী। খানশানা থোঙ হাংদোক্লে। কা মনুংদা খোঙ থাংজিনফাৎত্রিঙৈ শান্তিনা লাউ খোংলকই, "হিংচাবী! হৌজিক্তি নথম্মোয়দু ঈংলরিনিনে, কদায়নো বেবিদি? পুথোরকউ মখজাইদুদা পেন্না অমুক্তং চূপকে।"

রামেশকা সুনিতাগা থোবক্কুনা ঐখোয়বু ওক্লে।

"পূং কয়াদা হৌগদবা পার্টিনো, কনামত্তা থুংলদ্রি'সিবো?"

"মরূপকা মেডামগা খক্তনি অখন্ননা বার্তন তৌজবা। মরূপখোয় লেঙবীবক্লবনিনা হেক্তা হৌজবা য়াবে। করি হায়গে মেডাম।"

"নখোযনা ৱাবেম তৌদুনা লৈবে। কদায়নো সুনিতা নঙগী বেবিদো পুথোবক্লো, উনীংবনা ঙাওর'জাৎনি।

"পুথোরকঅনি কৈদৌবগে অদুক তহারিদুবো?"

"করিগী তহারোইদগে সুনিতা! ফংঙমদনা ফংজবা নবল নৎত্রা। ইবেম্মা, লাইবক ফবী! নুমিৎ খূদিংগী ঐনা প্রভু যিশুগী মফমদা প্রেয়ার তৌরিবনি, নঙগী নথাদা নচা'মত্তং পীনবীয়ু হায়না।"

"মদুগীদমক্তা ঐ অদোমবু থাগৎচরি।"

"খানশা! বস্তিদু ড্রেস-অপ তৌবা লোইদ্রিব্রা? পুথোকপীরক্লো। মাগী অন্টিসি মাবু উনীংবনা ঙাওরমাল্লে।"

করিনো ঐনা উখিবদুবু মঙলা, তাইবঙলা? নীংথিনা লৈতেংলবা হৌদোং মচা অমা। শান্তিগী অঙকপনা থল্লবা মীৎয়েংদু সুনিতাগী মায়থোঙদা থল্লকই, অদুদগী

ঐঙোন্দা, অদুদগী মিষ্টর রামেশতা। হৌদোং মচাদু পল্লদুনা খানশা উয়ুংগুম লেপ্পুনা লৈ। সুনিতানা, "খানশা! বস্তিদু মেদামদা পীবল্লো। নহাক ইমুংদা থবক লোইশিল্লুরো।"

খানশানা পীরম্বা হৌদোং মচাদু ইঙক ঙক্লা শান্তিনা পল্লি। ঐখোয়'নীগী চমম্নবদু বামেশনা কোকহল্লকই, "বস্তিগী মমা লৈখিদ্রে। নুমিত্তুদগী ঐখোয়না মাবু ইচা শক্লা য়োক্লকি। মহাক্লা সুনিতাগী নুমিৎ থানি। মানা ইবানীগী পোত্থাফম্নি। ঐখোয় কুইরে ইচা লৈতবগী অৱাবা কাউখিবা।"

ঐনা সুনিতাগী মায়থোঙদা য়েংলুই। মাগী মীৎলু অনীমক পিনা থুন্নল্লে। তাঞ্জাদুদা হৌদোং মচাদু খোংলকই, ঙ্যাও ঙ্যাও। মচাগী খোঞ্জেলদা পিরাং কংদনা সুনিতা মোমোন্নবকই। শান্তিগী তম্পাক্তা লৈবিবা বস্তিগী মখোঙ মচাদু তপ্ন-তপ্না নোম্লদুনা থেল্লকই, "ডোন্ট ক্রায়, মাই ডিযাব লিট্টল বস্তি। কাউবব্রা? ঙসি ইচাগী বার্থ-ডেনি, নঙগী মোমোন মিনোক্তো অমুক্তং নোকউদনা শান্তিগী মমাঙদা।"

শান্তি খোঞ্জেল থোকখিদ্রে। বস্তিবু মথাদা চেৎনা কোল্লদুনা কপ্লি। কবিগীনো হৌদোং মচাসিদা মখোয় অনীনা পি শীন্থনা কপ্পা ঙম্লিবা? মখোয'নীগী পিবাংগী মবোল খেন্নবমগদ্রা? মখোল থোক্তবা ঐগী ৱাহংনি।

খানশানা থৌবাং পূম্নমক লোইবে পাউ পীবকপগা ইকুই কুইদনা থৌবমদু হৌবে। বার্থ-ডে কেকতু শিন্থুংনা অচৌবা মযেক্লা হক্লদুনা থারি, "হেপ্পি বার্থ-ডে টু বস্তি"। হৌদোং মচাদু ঙ্যাও ঙ্যাও খোংলি। অথূম-অহাওশিংদু চানীংবনা মরৈ মচাদু শৎ-শৎ তিংথোক্তুনা মতিন য়োৎলি।

"বস্তি, ৱান মিনট সাইলেন্ট; পূম্নমকসি ইচাগী ঙাক্তনি।"

মচাগী মিংদা সুনিতানা কেক ককই, কেন্দল মৃখৎলি। ময়াম খূবাক চপ মান্ননা খূদুনা বস্তিগী মপোক নুমিৎকী য়াইফ পাউজেল পীরি, "হেপ্পি বার্থ-ডে টু বস্তি, হেপ্পি বার্থ-ডে টু মায় ডিয়ার বস্তি।"

রামেশনা মরক থৎনা ময়ামদা হায়রকই, "ঐগী সুনিতা কৈদৌঙৈদসু শৈবেং পাবা পামখিদে অদুবু মহাক্কী বস্তিবু নুংশিজবনা অহীং অমদা মরোল শুদ্রবা শৈরেং'মা ইখি। ঙসি মহাক্লা মদু ময়ামদা পাদুনা তাহনগনি।"

ময়াম খূবাক খূই। মচাবু মথাদা চেৎনা কোল্লদুনা সুনিতানা শৈরেং পারকইঃ

থোৎলবা থম্বালবু ঙমজবা
ইচাগী মায়থোঙ থাজনি।

উনগী চীংশাংবু ঙমজবা
ইচাগী ঙৌরবা কুচুনি।
পোমশাৎনবা গুলাপকুম শুমহৎপা
ইচাগী মোমোন মিনোক্লি।
পুন্সিগী মন্নবা অহীংদা
নাইতোম থোকপা থাবলনি।
ওলাংথাগী য়াক্লবা নুংশাদা
পুন্সি লম্বী চৎপগী
ইচানা তালা পামেলনি।

শৈরেং পাথোকপা লোইদ্রিঙৈদা বন্তি মমাগী মথাদগী চেম্লোক্লুনা ফমুংদা ফন চোংখৎখ্রবদা বার্থ-ডে থৌরমদু লোইশিল্লে।

নুমিদাংগী চাক্লেন্দু মখোয়দা চারে। ফমুংদা মমীৎ মচা অনীদু ইতূক তূকথনা উইরিবা বন্তিবু পুরক্লুনা ডাইনিং চিয়রদা ফমথরগা সুনিতানা হায়রকই, "বন্তি! নমিত্তু পাঙথোকউ। নঙগী বার্থ-ডেগীদমক নঙনা পামজবা এঞ্জাং থোংই, খরদং চাখো।"

পামজবা এঞ্জাংগী মনম ফংবদা বন্তিগী মমীৎ অনীদু পাঙথোরক্লুনা সুনিতাগী খৃত্তগী চিকন ফ্রায়দু ময়ানা তাপ-তাপ লাক্লুনা চারি। মমানা মোমোন তৌজে। চাক চানা চানা রামেশনা হায়রকই, "মিষ্টর শর্ম্মা! ঐ অমসুং সুনিতাগীদমক্তদি বন্তিগা মান্নবা নুংশিবা অতৈ জীব অমত্তা সংসারসিদা লৈত্রি। হন্দক মহাক কন্না নারুরে। মদুদা ঐখোয়'নী অহীং কয়া তূমখিদে। অদুবু বন্তিনা মীনোক মচা'মত্তং নোকপদা ঐখোয়গী অৱাবা পূম্নমক কাউখি। ইচাগীদমক ঐখোয় ৱারিবমখৈ পেন্দে। ৱার-ৱারগা মাবু নুংশিবা শক্তক চাম-চামা হেনগৎলকই।"

শান্তিনা হায়রকই, "বন্তিসে ওম্লোক্লা মরায়বক ফখ্রেদকো অসুক থৌজাল হৈরবা মমা-মপা অনী ফংজবসে।"

চাবা থকপা লোইরদুনা ময়াম্বু বিদায় পীরম্লগা ঐখোয়'নী হল্লক্লে। গাড়ি মনুংদা নৃংগী মূর্ত্তিগুম শান্তি ফল্লি। মরক-মরক্তা মাগী মীৎলুদগী পিরাং অতৎ-অখম লৈতনা শীন্থরি। মাগী পিরাংনা ঐগী থম্মোয়বুসু মরোল থোকহল্লি; মমা, মপা, হৌদোংমচা, বার্থ-ডে। ওইথোকপা য়াররোইদবা পূম্নমক ওইথোক্লি। মাবু থেমজিনগে খল্লকই, "করিগীনো অদুক নথম্মোয় শোক্লা কপ্লিদুবো? ইমোসনেল ওইমনখ্রেকো নঙ।"

"মখোয় অনীগী থম্মোয়বু ঐ মপাল নাইদনা থাগৎলি অদুবু ঐ কপ্তুবা ঙমদে, মমা অদুগীদমক।"

ব্রাহৈদু হায়বা লোইবদা মহাক মখোল থোক্লা কপ্লকই। পিরাংনা পাথোক্লবা মমীৎ অনীদু চেৎনা উইশিন্দুনা প্রভু যিশুগী মফমদা হায়জরকই, "প্রভু যিশু! বস্তিনা থূপখিদ্রিঙৈ, সুনিতাগী মথাদা মচা অমত্তং পীনবীয়ু। নৎত্রবদি মীৎমাঙদগী মণিদু মাঙখিবদা মমা ওইবী মহাক্কী থম্মোয় লাকানুং য়ৌনা চাক্লনি।"

হন্দক্তি ঐ মাবু থেমজিনগে খল্লুদ্রে। লোইশিনখ্রবা বার্থ-ডেগী থৌরমদু হঙ্গৎনা য়েংলুই। নীংশিংলকই– শান্তিনা থরায়না খোয়দাজনা পুখিবা খূদোলপোত্তু বস্তিগী মখূত্তা শিন্নরমদ্রে। দ্রোইং রূমগী সোফা মথক্তুদা তাদুনা লৈহৌরে। নীংঙল্লক্তে। মমা-মপাগী মমল নাইদ্রবা লন ওইরিবা মহাক্তুদা খূদোলপোত্তু পীবদা মখোয়না হরাওজনা মোমোন নোক্কদবদো উরক্তে। শান্তিসু মদুগী মরমদা কাউথোকখ্রমাল্লে অদুবু ঐ মদু মঙোন্দা হৌদোক্লুবা কিরে। হংগে খল্লুদনা হংদোকখি, "মিসেস সুনিতানা হৌদোং মচাদুদা অদুক নুংশিরিবদু করিগীনো?"

পিরাং তৈথোক-তৈথোক্লা মহাক্লা য়াম্না চীং-লেম্না খুম্লকই, "কবিগী নুংশিরোইদৌরিবনো? নুপীদি জীবশিংগী মমানি। জীবশিংগী মফমদা মখোয়না মিনুংশিদা খেন্নবা থমদে। মহাক্লা খল্লম্না য়াই, মীওইববু শেম্বীবা প্রভু যিশুনা হৌদোং মচাদুবুসু শেম্বীখিবনি।"

ব্রাহৈদুগী মতুংদা গাড়িগী সীটতা ঙারদুনা মহাক্কী ঈরা চেল্লবা মমীৎ অনীদু উইথখ্রে। ❑

# পোকেট রেডিও

“সুমদৌবনি ইবেম্মা, ঐখোয় অনী কৈথেলদা পোৎ-চৈ থাংদুনা হিংজবনি। অশীৎ অৱানথাগী অখাক-অবাও মবক্তা কৈথেলদা য়াবেকপসি অহলগা ওইশিল্লকপনে ওম্থোক্লা নাতে চাখিদ্রে। ঐখোয়গী চণ্ডজফম অমত্তং ইবেম্মনা পীনবীয়ু হায়জগে লাকচবনি।”

মোৎতাই-চুদাইনবা শকফমশিং, শেৎলিবা লেক্লা থাগৎলবা ফি-বোলশিং উবদা হান্নদগী মৈ হৌবল্লবা মন্ত্রিগী ইবেম্মদুনা য়াক্লা খাকথরকই, “হৈ! নোয়গুম্বা অঙাওবা লিশিং-লিশিংনি লৈবাকসিদা লৈবিবা। লোইনমক য়ূম পীয়ু, হায়রক্ল’দি কায়দৈ কোৎলুনি। চৎলো-চৎলো, ঐ থবক চিল্লি। ৱাথী-ৱাবেম তৌদুনা ঐগী মতম মাঙহনগনু।”

মখূৎ অনী লোন্নরল্লগা, মক লূকথনা থোবকই।

কংলা পার্কতা হৌরিবা মনা পূংবা উপাল অমগী মখাদা মখোয়গী পোত্থাফম্লি। নুমিৎ খূদিংগী মফম অসিদা অয়ূক্কী মথৌদাং পাঙথোক্লল্লগা মখোয অনী পোত্থাবে। মখল মথেলগী ৱারী শীংবুন লীনৈ। অমুক নোকমীন্নে, অমুক কপমীন্নে; নোংমতা থানবা লৈতে। নুমিৎ অদুদদি মখোয়গী অমনবা ৱারীশিংদু হৌদোক্লখিদ্রে।

“ইবানীবু অঙাওবা হায়না চৈ-থাংলকপদু, নঙ শাউনিংব্রা ইতাও কহ্নাই?”

“কদায়দৈনো, ঐদি ঙসায়দগী মাগীদমক কপ্লিবনিনে ইতাও।”

“এ! কমদৌনা? অদুক হৌন-খঙদবীদুইদমক।”

"মশাদু লাযনা'মা নাবে ইতাও, শাথীখ্রবজাৎনি।"

তোমালনা চঙক্লনা, "কৈনো হাযবিসিবো? ডোক্তব, মাইবা কৈসু বাৎপা নত্তেনা।"

"ডোক্তব, মাইবনা খঙদবা অকবা লাযনা মযাম্না নাবা মী লৈবাকসিদা মশীং খঙদনা লৈবিপোৎনি। কদায বেডি যাওবিব্রা? অমত্তা থক্কে, ব্রাবনা শ্ববগসি চনীং চমাঙ শম্নদ্রে।"

বেডি মচৈ'মত্তং মৈ চাকখিবদা তোমাল, কহ্নাইগী ভাষণ হাযনবিবনি, কৈথেল ফন্বীশিংনা। অহানবগী মৈখূ কামথোবকপদা কহ্নাইনা, "অচৌ অশাংদগী ঐখোযগুম্বা পীক্ত পীক্লবা মী মচা লাক্ষ লাক্ষ লোযনবীবী ইবেম্মদুনা মী অমদা কবম্বা বাঙাঙ ঙাঙগনি, কবি ব্যবহাব ঊৎকনি, খঙফম থোক্ত্রো?

"মানি চুম্মী।"

"নুংতিগী বেডিও পাউদা, যূম লৈজদবশিংবু খুন্দা লৈতান', লৈবাক অমগা অমগা তেংবাংননবা হাযদুনা লাউবিবশিংদ্, মাগী সনা শঙ্গা", বেডিও, টি ভি, খবব কবি বাত্তুনা তাবোইদৌবিবনো? কবিসু লৈতবা ঐখোযগী চঙজফম মচেৎ'মত্তং নিকবদা মানা মখোযদৌ হেক থীৎনা শার্উবিবা, মদু লাযনানি, শাথীখ্রবা।"

তোমাল বা ঙাঙদে। কুইনা খন্থবগা মঙক নোম্লকই, "উম' চুম্মী মদু লাযনানি। কোন্না খন্নবসি, ঙাইহাক্তং তিংথোর্কসিনা।"

মকোক্তা যেৎলম্বা মফৃৎ-মফৃৎ তৎলবা কোকশেৎশিংদু লৈমাযদা তিংথোক্লগা অনামক পোথানবা হোৎনকই। মমীৎশিংদু উইশিল্লি অদুবু কোক অনীদুদি মন্ত্রিগী মেম সাহেবকী লাযনাগী হৌবকফম থিবি।

"লৈবেহে ইতাও।"

কহ্নাইগী মনঙ্গল নোম্লগা তোমালনা হাযবকপনি। অফিং অফাই ওইনা কহ্নাই ফৃক হৌগৎলি, হংই, "হা' কবিনো?"

"ইবেম্মগী লাযনাগী হৌবকফম। মদু খঙলবনিনা লাযেংবসু ঙল্লনি।"

ঙাইঙমদনা কহ্নাইনা,

"কবি কমদৌননো? হাযবোনে ইতাও নঙবো। ঐ মাগীদমক ঐগী থম্মোযসে কপ্লির্বান। লৈবাক্কী মমা শক্লবী মঙোন্দা শাথীখ্রবা লাযনানা নাবা হায'সি ঐখোয'নীসু মাঙজদ্রো?"

"ঐখোয়সু লৈবাকসিগী প্রজানি। ইবেম্মনা ৱাবদা ঐখোয়গীসু শরূক য়াওই। ইতাওদা নত্তে নথম্মোয়দা কপ্পা হৈবা, ঐসুনি।"

তোমালনা ঙাঙবা লোইফাৎত্রিঙৈ কহ্নাইনা চৈহৎলকই, "ৱাচোয়দু তোকখ্রো। কৈদৌরগা ফনি শৎ হায়য়ু।"

"রেডিও য়াম পীকপা মচাদো মদুমা লৈরগা পীরুসি।"

কহ্নাই লোংনা অমুক হীপথখি।

"হুম! ফাগী ফরাংদৌনা। ইমুংদো মন্ত্রিগী ইমুংনি।"

"নোং ঙানবদগী অতিথি ময়ামগী সেবা, মন্ত্রি ময়ামগী মীফম, চাকচা-হৈজানবা ময়ামদু লাঙলিঙৈ কদায়'দৈ রেডিও পাউ তাবনো, করম্বা কালদা টেলিভিজন য়েংবনো, খবর পাদোইনো?"

"মদুসু চুম্মীনে।"

"অদুনা মানা চৎপদা ফৃরিৎখাউদরা, ব্যেগতরা হাপ্তুনা কোইপু-পুবা য়াবা রেডিও মচা'মা পীরবদি মদুনা অদুম লায়েংজখ্রদৌনি।"

ফোঙঙমদ্রবা পাউখোঙগী লংলা-লংজিন ফংলবগুম হরাওনা কহ্নাইনা হায়রকই, "চুম্মীনে, ইতাও।"

"চুম্লক্কনি চুম্লক্কনি সুম-সুম চুম্লক্কনি।"

নোংমগী শিম্বা লোইরদুনা কৈথেলগী ইমা-ইবেলশিং মপোৎ-মচৈ লোইশিন্নরে। কহ্নাই, তোমাল অমনা অমগী মকোক্তা পোৎশিংদু থোঙ্গৎনদুনা মাগী-মাগী অপাম্বা লমথুংফম য়ৌহনবীরুই। কৈথেল খমখ্রবদা কুবেরগী চাক হোটেল তম্লকই।

চাক চানা-চানা কহ্নাইনা কুবেবগী মচা অতোম্বদু কৌশিল্লি।

"নঙগী রেডিও মচা'মা লৈবদু করি কৌই।"

"পোকেট রেডিও কৌই। পাম্ব্রা ইপু অনীবো।"

তোমালনা ওক্লকই, "পাম্বা হায়ববু হৌজিক-হৌজিক্কী দরকাররনি।"

মতৌ য়েংনিংদুনা কুবেরগী মচানুপানা লক্লরকই, "ঐখোয় হোটেলদা নুমিৎ খূদিংগী পাউ তাবসি নুঙাইত্রে, অনৌবা'মা লৈরগে খল্লেনে।"

"এরা ইবো, অদুই নত্তেদা। ঐখোয়'সি অঙ্ক'মনি।"

চাকচা তোক্লগা ফনা থেঙলবা ফাওবা কুবেরগী মচানুপাগা রেডিওগী মরমদা ৱাতান্নৈ। অনৌবা রেডিওগী অনৌবা আশাদা মোমোন তৌনা অহল অনীদু অহীং

য়ারেক্লুনবা কৈথেল শঙ পাংলকই।

ঙসি মেম সাহেবকী মপোক নুমিৎনি। নুমিদাংগী পূং তরুক চপ চানা মপোক নুমিৎকী য়াইফ থৌরম পাঙথোক্কনি। মন্ত্রি সাহেব ওফিসতগী ঙল্লপ হল্লক্তুনা অৱাৎ-অপা য়েংশিল্লি। মেম সাহেব মকে শেন্নি।

তাঞ্জাসিদা মনাই অমনা হঙ্গৎলৈ, "সাহেবপু অহল অনীনা অমুক্তং খুরুমজগে হায়রি।"

"চঙহল্লকউ।"

মোৎতাই-চুদাইনরবা অহল অনীদু চঙলক্তুনা মন্ত্রিদা মখূৎ লোন্নরে।

"পাবূং অনীবু করি পাম্বীবগে?"

"ইবুংঙো, ননাই কহ্নাই, তোমালনা ইবেম্মগীদমক খূদোল'মত্তং পীজগে লাকচবনি।"

তোমালনা মোৎলবা মাগী কোকশেৎনা চেকশিন্না য়োল্লকপা রেডিও মচাদু মন্ত্রিদা পী।

"মসিমত্তা ইবেম্মদা পীবিয়ু।"

"মসি পীরমদ্রবসু পাবূং অনীগী অপাম্বদো ঐঙোন্দা হেক্তা হায়য়ু।"

মন্ত্রিগী শেবান্নবা পূক্লিংগী ইহুল কহ্নাইনা উবদগী হায়রকই, "ইবুংঙো, সংসাবসিদা অথোই-অহেনগী লমজেল য়াওদ্রবা, পোৎ থাংলগা ইবূক্তং থাকচবা, তোল্লবা ননাই ঐখোয়গী থোইদোকপা অপাম্বা লৈজদে। ঐখোয়গী মমল য়াওদ্রবা খূদোলসিমত্তং লৌশিনবীয়ু।"

"নখোয়গী খূদোলসি ঐ লৌগনি। অদুবু হায়য়ু, মসি কদায়দগীনো?"

কহ্নাই তোমাল মরূ লূকথখি। মন্ত্রি সাহেবনা মখোল থোক্তনা কবেম্নবা মীনোক'মত্তং নোক্লগা মখা তাবকই, "হূরাল্লকপা ওইরিনিনে।"

কহ্নাই তোমালগী খুইরবা মীৎলুশিংদু পিরাংনা থূমখ্রে। মোৎলবা ফৈজোম-কুঞ্জা মচীনা শেংলবা মথম্মোয়গী ৱারোল য়াওরবা পীরিকশিংদু তৈথোকচৈ। খোঞ্জেল তনিক্লা থোকখ্রবা থৌদোকশিং তল্লকই। নোংমতা মায়থীবা নংখিদ্রিবা মন্ত্রিগী মায়থোঙ ঙাঙলকই। মখূৎ তিংথোক্তুনা হুমাংমল মতূম-মতূম্না লৈজখিবা খূদোলপোত্তু লৌশিল্লি।

অহল অনীদু হনখিনবগী বিদায় নিরকই। মন্ত্রিনা খাম্মী, "নখোয়গী ইবেম্মগী মপোক নুমিৎসিদা করিমত্তা চাদনা হনবীখিনু।"

"ইবুংঙো সাহেব, ঙসিমক ইবেম্মগী লায়নাদু ফগনি থাজদে। নোংমা ফরগা লাকচগে।"

মেম সাহেবকী মপোক নুমিৎকী থৌরম পাঙথোক্লবা শেম-শাবা পূল্লোই লোইরে। মন্ত্রিনা কহ্নাই, তোমালগী খূদোলপোত্তু মাগী মেম সাহেবতা পীরে।

"সে! মসি নঙগী য়াঙ্খ্রেশুবা নপোক নুমিৎকী অহানবা খূদোলনি।"

খূদক্তা মতম পূম্বদা লোয়নদুনতা লৈবা মেম সাহেবকী করেম-কথাইনবা মিনোক্তু নোক্লগা হায়রকই, "হৈমা সিদি কৈকান'দোইবা?"

ৱাহৈদুগী অর্থ খঙলবা মন্ত্রিনা খোঞ্জেল কল্লপ হায়রকই, "নঙনা নপুক্সিদা ফংখিবা খূদোলশিং, ফংলক্কদবশিং, মদুদগী মসিনা খ্বাইদগী মমল য়াম্লবনি। খঙউ! মসি ফংনবা হোৎনবদা মীশক অনীগী চরা কয়া-কয়া শীৎখ্রবনি। মতম পূম্বদা অপীকপবু মীরায়বা তোল্লবা ৱাখলদু থাদোকউ। ঐগী ঙসিগী লাইবক, নঙনা নকেতা শেমদুনা হিংলিবা মহীং, মদু অপীকপশিংগী থৌজালননি। কোন্না ৱারী তম্লগে। মপান্দা মী লাক্লরমাল্লে। থোক্লসি।" ❏



